# লৈ মনা অমতং

নী দেবী



রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

# লৈ মনা অমতং

নী দেবী



রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

১ ৯

## অইবীগী ৱাহৈ খরদং

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারীমচা খরদি *সাহিত্য*, *ঋতু*, *সাহিত্যগী পাউ*, *ৱাখল* অমদি *অশৈবা* নচিংবা চেফোংশিংদা হান্না ফোংজখ্রে। ৱৌদিও প্রে ওইনা শান্নখিবসু হাপচিল্লবে। ৱারীমচাশিং অসিবু অমুক হন্না ফোংদোকপা য়াহনবীবগীদমক মরী লৈনবশিংবু থাগৎচবি। হান্না ফোংখ্রবা ৱারীমচা খরগী মিংথোল অমদি পাত্র খরগী মমিং-মথা ওল্লোকচৈ।

লাইরিক নম্বগী থৌদাং লৌখিবা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল অমদি কংলা প্রিন্টর্স, ইম্ফালবু থম্মোয় শেংনা থাগৎপা ফোংদোকচবি।

দাউ য়াদবা, তম্বুবকপা কয়ানা নমহল্লুনা মতম শাংনা পল্লুববা লাইরিক অসি ওসিদি ময়ামদা খুৎশিন্নজবে।

ইম্ফাল

নী দেবী

এপ্রিল ০৩, ২০০৯

## য়াওরিবশিং


লৈ মনা অমতং ১

শাক্সিনবা ৯

মমল ১৪

য়োং কৌভা প্লাষ্টিক বেটবি অমনবা ২১

কুশুম ২৭

শংব্রে মনাগী চেঙতী মনম ৩২

চাঙাক্কী বাবী ৩৭

অহীং মমৈগী থাবল ৪৫

লৈকংদা নাম্বুবা ৫২

মগুলাক্কুবা ৬০

রাধেশ্যাম ৬৯

নুপী (১) ৭৮

নুপী (২) ৮১

অশিবগী মচা অশিবা ৮৭

হৌদোং তুবেল কৃষ্ণদবী ৯৬

## লৈ মনা অমতং

হন্দক মরক ভানথোই হীহে হৈনীংঙনা উই। অদোংবদি মাগী হৈনীংঙবা মতৌ অসিদি অনৌবা নত্তে। হন্দক মাগী মায়থোঙদা নৌনা তাবক্কিবা মথিসিদি খোয়বাঙ-খোয়শাউনবা অমদি লৈতাফম খঙদবা পুক্কিংগী মর্মিনি। মহাক অহীংচুপ্পা তুমদনা ফমুংদা থাওন-থাওনদুনা লৈ। দণ্ডগুম্বা চায়। চাদবনা নমই। কররিগুম্বা মথৌ অমতদা মপুক্কিং খোয়জঙদে। নুংশুক নুংজানে।

মচাগী মঙং মত্তৌ পুম্বা মমা শাক্তিনা খঙই। অদুবু খঙশিন্নদে। মমা মচাদা লৈমিন্নবা ইমুংসিদা মচাগী ওইবক্কিবা মতৌসি মমানা থানীংদে। হীবম অদুদা শাক্তি থাওনীংদে। হীবম অদুগা মহাক মবী শুক্রে লৈননীংদে। শাক্তিনা শাস্ত্রদি মহাক্কা খঙশিন্নদা লৈরিঙৈ মচাগী হোংলক্কিবা মতৌসি মতোমতা ফজখিদুনা মনা মনিন নাইদনা হান্নগী ফীতমদা হঞ্জিনখিবনি।

"চাক থাংদোক্লবো," চাক থিনা-থিনা মহৌশাগী মহৌশা শাক্তিনা মচানুপীবু কৌই, "তারক্রা-ও ইবেম্মা?"

মীকুপমুক্তী তুংদা থোক্লেল ইতা তানা ঙানথোইনা খুম্লকই, "ঐ চাক চানীংদে।"

"করিগী ?"

মহাক খুম্লক্তে। শান্তি চাকথুমদগী প্রপ-প্রপ থোকুনা মচাগী মনাক্তা চঙলকই। ঙানথোই ফক্লাংলোমদা মমায় লৈশিনখি।

"করিগী চানীংদ্রিবা?"

"ঐকসু তৌদে।"

"মদুনা চৎনবা য়াদৌরিব্রা? কয়ানি শুবে নঙনা অসুম্না তৌবক্রিবসে নপাঙলনা পুদুনা হিংগদৌরিবনি হায়বা করিগী কাউরিবনো?  হৌগৎলু, ঐহ না য়াম্না ঙাঙঙনিংগনু।"

চন্দ্রকি ঙানথোই দতিগুম্না হৌগৎলকই। ফমুংদা তুমিন্না মক্ত লুকথাদুনা ফম্মী। মচাগী ময়েং তাববা, কম্লবা মায়থোঙদু উকবগা শান্তি হেন্না থোয়বা ঙলকই। মপৃক্লিং ফাওপ্লক্তে।

নঙবু হাৎলম্লগা মশা হিংনবনি চেনখ্রবা মী অদু হিংগদ্রা শিগদ্রা হায়বগীদমক নঙনা নথবায় থাগদবমখৈ য়াবিবদবু নঙবু করিনো? মখোয়গী মখোয়গী ফাজিন্না শান্তিনা হায়বকই, "মখোয় করিগী শিগদগে মখোয়দি অমগা, মীনা তুক্কচনবা, মীনা কিনববা, মী অমগা মী অমগা হকচাংগী মরী লৈনবা শন্দোকপা তমথীবরা শায়নানা শাদুনা শিখিবা মপা-মমাগী মচাসু নত্তেয়ে মখোয়দি। করম্না শায়নানা মখোয়বু শিহনবা ঙমগদগে? নঙবু ঙাওবরা-ও।" শান্তি মখোয়গী নীক্লকই। নহাক্লমখৈ চেকশিন্না লোতুনা থম্লকপা বাশিংদু কদোমদগীনো কোক-কোক্লা ঙাঙথোক্লুবে। অদুগা মচানা বাহৈ অমফাওবা পাউখুম্লকুনা মমীংতগী মপি শীম্বকপা উকরগদি মহাক নুংনাংলকই। খম্লকই - মহাক্লা ঐখোয়গী ইচা ওইকবসিবুবা ঐমক্লসু মঙোন্দা মবাল ওইনা থঙজিন্নীংশিনদসিবু ঐখোয়গী ইচা ওইনা পোক্লুবসিমক মহাক মতোমতসু নিন্দা তৌজবপ্রোইদ্রা? তার্বাক্লিবা পিবীকশিং অসিগী হৌবকফম নিন্দা অদু নত্তবরা? ঐখোয়সিবু মাগী মপা মমাবা নৎরগা মাগী য়েক্লবরা?

ঙাইহাক নুংথংননা লেপ্লম্লগা শান্তি মচাগী মনাক্তগী তপ্রা থোক্লকই। অদুগা অমুক কনাসু লৈতবা চাকথুমদুদা কয়া কুইনা মথক্তা তুমিন্না ফম্লরবনো ফুক হৌগত্নুনা মচাগী মনাক্তা অমুক চঙলকুনা হায়রকই, "ইবেম্মা, মীনা নোক্লখিনি। মী শায়বি, ইমুংসিনা, মশামক্তা, মীগী নুপীসিনা তাম্র থঙত্রগা করি থনখিনি। অরেম্বদা নৌনা

বদনাম ওইনবনি। নরায়বক্তা তন্নমত্রবদুনি কাউথোকখিবনা নগুগী অকবা ওইগনি। মাগী অন্না-নুংগুাইগা নগুগা কবিসু মরী লৈনন্নবনি হৌজিক্তি। অমরোমদদি নগুনা তৌরিবসি পাপনি ।" থনুংদু ইফুন-ফুনগৎলক্লুনা মহাক মখা তাবা গুন্নক্লে। মচাদা য়েংলম্বা মীৎয়েং অদু লৈথোক্লুনা শীক্লা ফাংলিবা থোগুনাউদু লান্না য়েংলকই। মীৎয়েংফমদি খগুদে। মমীৎ অদু ঈবা চেন্নকই। মচাগী মমাগুদা মশাগী অশোনবা উৎনীংলক্লদুনা হায়নীংলম্বা পূম্বা তোকথোক্লুনা মহাক্লা থংহায় হায়বকই, "কান্নদে, প্রপ-প্রপ লাক্লো অবেম্বদা মতম মাগুহনগনু, চাক ঈংস্রুনি ।"

মহাক অমুকসু মচাগী মনাক্তগী হন্দোকস্ত্র।

শান্তি নীংশিংলি। মখোয়না য়োনখিবা ইংখোলদুদা অনৌবা ইমুংসিনা য়ূমহোংলক্লুনা লৈববা মতুং চহীমুক্তী মতুংদনি গুানথোইগী মপা লৈখিদবদু। গুানথোইগী মশাগী লায়না-লাইওং পূম্নমক ইমুংসিগী মীশিংনা খগুই। মতমদুদদি লাইবিক লাইস্ত হৈবা ইমুংসিগী মীওইশিং অসিনা মমা-মচাগী মফমদা চিংনবা, হন্নোইবা মানবা লোনচৎ অমতা চৎখিবা লৈতে। অহোয়নদুম পূক্লিং হন্নববা মখোয়গী পূক্লিং থৌগৎশিখি। উৎসব-মেলা, ধর্ম-কর্মগী থবক-থৌবম কয়াদা মমা মচাবু চংথোক্লুনা সমাজগী এচি-মকমদা ফিক-ফিবাং খুমদুনা লৈজনবা তাক্লা শীবীখিদে। পূক্লবু নবেক মহাউ থোক্লা হিংননবা শাউতাক কয়া শীবিখি। অদুক য়াম্না অনৌবা ইমুং অসিদগী শান্তিনা আশা তৌকদ্রগসু অফবা য়ুম্লোম্নবা অমা ফংজবদা নাইতোম তাবগী অচৌকপা অদুমদি কোক্লগদবগুম খগুখি।

অদুবু মখোয়গী মীনুংশি, থৌজালদু কুইখিদে। মচানুপীনা মফম-মবাং খগুদনা ইমুংদদা চেংশিনখিবা অদুনা ইমুং অনীগী মবক্তা লৈনবম্বা মবী পূম্বা থদংখি। নিকদনা শীবিখিবা থৌজাল অদু অমুক লৌথোকখিবদা ফংহৌবা ইকায়বদুদি শান্তি খাগুবা গুন্মী। অদুবু লান্নদনা ফংখিবা দগুি অদুদি মহাক খাগুবদা এানা থোকখি।

নোং গুানফুং-গুানফুংনবকপা মতমদনি য়ুম্লোম্নবগী মতৌ মনাওদুনা মচানুপীবু মমূমদা থিন্নকখিবদু। শান্তি অহীং চুম্না হাগুলবা মচাগী ফম্মাগুদা ফমদুনা লৈরম্বনি। থোগু হেক কানশিল্পকপগা মখূদাং শাযদুনা চিংলক্লিবা মচানুপীগী মখুত্তু ফং কন্নেক্লগা নুপী অদুনা শাউবনা মখোলেল নীকপমখৈ হায়বকখিবনি, "নচাসে লৌশিন্নুসে ইবেম্মা, খোম্নম নশ্নিবা মখোয়না কয়াদা তৌ-গুমস্ত্রবনো! ঐখোয়না মাবু লূনা তৌকম্বদু মহাক্তি ভাব অমদা চৎত্রমান্নেনে, মতৌনা খোম্নিদি!"

চুম্মী। নৌবিবা অঙাংনি। অদুনবু মৈ পায়কবিবনি। মহাক্কীদমক অফ-ফত্তা বাহৈ অমা হায়বি-তাকপিনবা কনা অমা লৈত্রবা অঙাংগুম্বনি মহাক। মমা লৈন-লৈনা নোংমতা মচাগী পুক্রিং য়েংশিন্নবা ওমখিদে। মপা লৈরম্মী, মমিংতগী, মবুং অমা মৌপ্পা অমা, মচে অমা মনাও অমা লৈবা নত্তে মহাক্কী। অসুক নাইতোম তাবা পুক্নিবু কবক্সা হিংওমগদগে' মদুগী মহয়নি শুসি মচানা তৌ ওম্বা তাঁববা। অদুবু থৌবাংবনা ঈশিং লৈবা মায়ৈকদা চঙশিনবদি হৌনশানি। কবক্সা ফাকগদগে ঈনখৎলকপগী থম্মোয়বু' পীক্লিইঙদগী লোয়ন-লৈমিন্নবকপা নত্তে দুমথংনৈ, ইংখোল অমত্তদা পুন্না লৈমিনৈ হায়দুনবু মপুং মতৈ ফাগৎলক্লিবা পাখং লৈশাবীবু খা য়ুথক্তা মচিন মৌপ্পাগী মবীনা নম্পুন হেক্তা পুনশিনবা কবক্সা য়াগদগে' মসিবু মচানুপীখক্তগী মবাল্লা' অদুবু শান্তি বাহৈ অমত্তসু পাউখুম্নক্তে। অহাং অমা কায়নক্ববা মচাগী মশক উবদা ঈহৌবকপা মপি থিংন-থিংনা ময়ুম্মক্তদা অতোপ্পগী মচিন্দগী মচাবু চৈবা মহাক তাবি।

"ইবেম্মা'" নুপীদুনা মখা তাবকই, "নুপা য়াওদনা অঙাং য়োকপা হায়বসে য়াম্না চেকশিনগদবনি, অঙাং কুপ্পা লেপ্পবা তাবনি, নীংথিনা তাকপি তপ্পীগদবনি ।"

"ঈনম্মা'" শান্তি মমায়দু খবনা হেন্না লুকথখি। ইশোন শোম্বনা হায়বকই, 'অঙাংনি, খঙদদুনা থোকত্রমাক্লে মতিক মপা নত্তে, মতম চাদে, খঙনবা তাকচগে।"

"ইবেম্মা," নোংমতা মায়োক্লদুনা বা ঙাঙনখিদ্রিবা মতম পুন্নদা চাং লেমদুনতা লৈবা নুপা অদুনা হায়বকই, "মী অমগী পুক্নি মাঙহনবগী মথালবু শোয়ন্ত্র হায়বা বাহৈসিগা হেক্তা কোক্লবা য়ারদি কৈদৌনা বাকদগে, পাক্কল থোকপা য়াবা মফমদা থোক্রমদদুনা তৌবনি, কনাগুম্বা ইপা চাবদা থোকপা ওইরবদি খঙগদবনি ।"

বাদু তান-তানা শান্তি মমায় মমীৎ ইশা-শাগৎলকই। হায়ফম তৌফম খঙলক্তে।

নুপী অদুনা অমুক হায়বকই, "নশামকসু চৈনা অমগা লোয়নদুনা হিংলিবনি, মৈচাক অদু খাঙলিবনি, অদুগা কবিগীনো নঙনা অতোপ্পবু অমুক মৈচাক অদু পীনীংলিবসিবো?"

শান্তি নুপীদুদা হাইক্কেতর য়েংলকই। হায়বক্লিবা বাহৈশিংদুগী অর্থ মহাক খবমথৈ লৌশিনবা ঙম্মী খরমথৈ ওমদে। মহাক্কা অখঙবদুদমক পাউখুম্নকই, "ইশামক মৈশা লাংলিবা ঐনা অতোপ্পবু করিগীদমক মৈশা লাংহন্নীংলুদগে ইনম্মা

নচল তশেংনা খঙজহৌদবনি। ইবনাই মৈশা অসিনা কনমনখিবনা মৈচাক খাঙবা হোৎনখিবগী ইচা চাউরে খঙহৌদ্রে ইনম্মা। অসুক কুইবসি ঐ ইচাবু কাউকবে। ঐবু ঙাকপিয়ু।"

"নঙনা লানবরা নচাগী মবাল্লা," তাপ ওক্লুনা নুপাদুনা হায়বকই, "অবানবদুগী মহমদি ঐখোয়গী ইথক্তা তাববেদনা। বেদিওদা, টিভিদা, খবরদা, কয় কয়ানো লাউবিবা, লায়না অসিবু থিংনবা, লন্দোক্তনবা লৈবাক হুপ্পা হোৎনননবিব। অদুগা নলা লাইবিক হৈত্তবসু নত্তবা, বুদ্ধি লৌশিং হফুববা হনু হক্টীমকসু নত্তবা নঙন অদুক কোমথোক্লিন্সিদু চুদ্রু চুম্লিব্রো? নশাসু মুলা অমুক্তা খন্দুনা য়েংঙুনে।"

হৌজিক্তদা জ্ঞান তাবকই শান্তি। মহাক কয়াদা কোমথোক্লববা' ময়ামগী মীৎয়েংদা মহাক্কী মচা অসি লায়না লকপা নুপাগী নুপীনা পোকপা মচানি। মহাক্কা মনম ওইদুনা পুক্কি কয়া মাংবা য়াবিবনি। অশেংবদুদি মহাক্তনা খঙজবনি। কনানা মাগী দ তাবিগনি। মখা তানা কবি অমুক হায়নীংঙাই লৈবিবগে মহাক্তী।

নুপা অদুদি মখা তাবক্লি, "মপা অদু অঙাং অসি পোক্লিহৌদগী লায়না অদু নাবক্লর্বনি, নংগগা অঙাং অসি পোক্লবা মতুংদা লায়না অদু নাখিবনি হায়বা কনানা হায়রবা হুম্বগে। ইচা অনি' শুবা নত্তে, মা অমা মাঙখিবদা ঐখোয়গীদি পুম্নমক লোইববনি। মখ য়ুইনা হোন্দোক্লনা মহাক্লা অমুকসু হায়বক্লি, "কবিসু খঙজাদ্রবা ইচা অসি ট চাংয়েংলুবা তাবি মঙদফা ও মঙলুদবা থৌদৌনি।"

"তাদা ।"

লহক্লদি মৃত্যোবগী ইকায়খুম্নবদা মচানুপীগী ইজ্জৎপু, পুক্নিবু, মতিক মপা নত্তবগা লাইন্দুনা কাত্তেম্নবা হোৎনজকবনি। মদুগী তৌবিমল্লা মহাক্লা মচাগী মমাঙদা ইকায়বা লংলিবসিবো। শান্তি মমীৎতা ঙানথোইগী মপাবু উবকই। লায়না পক্লদা পক্ল' মহাক্লা লৈবিহৌ মমা মচাবু কনানসু লাকচবা ঙমখিদবা মতম অদুবু খঙহৌদনা নীংশিংলকই।

নুপা অদুনা মৃদে গী লীংলদুনা অবোইবা ওইনা হায়বখী, "কবিগুপ্পা ফত্ত নুংদা থোক্লর্বাদি ইচাগী শাপ ইবেম্মনা পুগদবনি।"

হায়হৈ-তাহৈদ্রবা বাহৈলশিংদুগী পাউখুম শান্তিসু লীনীংখি। মহাকসু খুম্নীংখি— 'শাপ অদুগীদমক্তি ঐ কবিমতা কিজজদে। চিংনরিবদি কবিগুপ্পা শাপ পুগদবা মীলক অদু ওয়ানা থোক্লবগদি হায়বসিনি। উপাই পুম্বা লীজিন্নদুনা অচুম্বদু লোয়দনা খঙদোকপিয়ু। ইচাসিবুসু চাংয়েংবিয়ু। নখোয়গী চাংয়েং অদুনা কবিগুপ্পা ইচানা মায়

পাক্লবদি হৌগৎচরকপদা ঙাম্নরিবা যাগী পুন্সিবু নখোয়না কনবীরম্মু।' অদুবু, নুংগুম কনশিনম্নবা মখোয়গী থম্মোয়দা শোন্নবা যাগী বাহৈগী মকম লৈরম্মোই হায়বা খঙলকই শাম্মি। মহাক ভূমিন লৈহৌই। তরং-তরং হন্দোরক্লিবা নুমিৎকী মঙালদা নোংমগী ভৌগদবা শিন্থানা শাম্ভিগী মাযকৈ তাক্লকই।

অচুম্বদু খঙবদা মতম চঙখিদে। মখোয়না ঙানথোইবু চিংনরম্বদু অরানবনি খঙলকখি। অদুবু শাম্ভিনা থোক্লগম্না চিংনরম্বদুদি থোক্লখি। মচাগী তাংদাংবা চাংয়েংগী ফল অদু হেক খঙবগা মখোয়না মচাদুবু লোম্না মহৈ তম্না থাদোকখিবদুনা মফম খঙদনা য়েংশিন্নরম্না অঙাং অনীগী লম্বী লেৎতোক্লবা পাম্নে ওইখি। মতম খরগী মনুংদা অতোম্না নুপী হায়কদুনা মহৈ তম্না লোইড্রিবা মচাবু কৌথোক্লুনা চাউনা লুহোংখি। মীচম্ভ লৈজম্রবী নুপীমচাদুগী লাইবক্তা দাগ অমা, দাগতুগী মথক্তা পাউথোক অমা থোনগৎশিবম্নগা মখোয় মতম পুম্বগী ওইনা নানথোকখি।

অদুগা ঙসি, মীবমদা লায়েংবা পুখিবা মীগী মচা লম্নানবা অদুগী ফত্তবা পাউ তাবগা মহাক্তা অঙাওবী শাবি। মমা অমা ওইনা মচাগী অসিগুম্না থৌওংসিবু শাম্ভিনা কখম্না যানীংগদগে'

ঙানথোই ফমুংদা কত্তুনা লৈবম্বনি। থোঙ্গালদা গাড়ী খার্মখিবগী মখোল তাবদা মহাক মপাম্নোমদা চেনথোবকই। মথৌ পূন-পূনা নুমিৎ চুম্না মচাবু চাউশেন শেন্নদুনা লৈবম্বনি শাম্ভি। অদুবু ইখঙ খঙহৌদনা ভৌবক্লিবা মচাগী মতৌদুদা ঙাইহাক হূইঙক-য়েঙক্লবিঙে মচানুপীদি থোঙ্গাল য়ৌম্রে। ভাব তাবকপগা শাম্ভি মথৌ থাদোক্লমদুনা মচাবু তান্নবকই।

"   নঙনা ঐবু থাদোকপা ঙম্নবসু ঐদি নঙবু কাউথোকপা ঙম্নোই চিঙলেম্বা। নঙনা ঐবু হম্না-হম্না ঈনথোক্লিবসিবু করিগীনো?'

মীনা ইকোয় কোয়শিম্লিবা গাড়ী অদুদগী থাংথবক্লিবা কূ অদু কোম্নদুনা মচানুপীনা ভৌবম্লিবা মতৌ অদু উবগা নাক য়েং য়েংলুবা ভৌদনা মচানুপী তম্না চুম্নড্রিং চঙশিন্দুনা মচাবু চিংথোক্লবা লাক্লকই শাম্ভি। মহাক্তা চিংথোক্লবা হোৎনকবা খূদিং মচানুপীদি কূ অদুবু হেম্না হেম্না চেৎশিম্না অসুম কোনশিনম্ভি। ফজফম লৈত্রবা মচানুপীগী থৌওং অদু উরগা ইকায়বা অমদি মপূক্লিং নুংশিবনা অহোয়নদুম মীৎলূ ঊহৌরকই শাম্ভি। শিবাং থাংবা মমীং অদুনা কোয়না অমুম্ভং য়েংজরকই। মফমদুদা লৈবম্না পুম্নমক ঙানথোইগী মতৌদুবু ইঙক-ঙক্লা য়েংনম্নি। চিঙলেম্বগী মপা, মমা,

চিঙলেম্বগী নুপী, মখোয়গী মায়খোঙশিংদু ইমক মকশীম্না লূকখদুনা লৈরি। শান্তিগী মমীংনবা? মখোয় পূম্না অমত্তা লেঙদে, হাইদে, ম্বখ হোন্দবগুম চপ-চপ লেপ্তুনা লৈরি পূম্নমক অশিবগুম। অদুবু মচানুপীদি কপ্লি। হিংলিঙৈ মতমদা, মতম কুইনা কৌনীং-কৌনীংনা কৌজবা ফংখিদ্রবা মিং অদুতবু হন্না-হন্না কৌদুনা মনীং তম্না কপ্লি, "চিঙলেম্বা নঙবু ঐগী ওইজবা ফংদ্রবসু ঐদি নঙবু য়েংদুনা হিংলিবনি। নঙ কদায়দা চংলিবগে নঙনা চংপা মফমদুদা ঐসু লাক্কে চিঙলেম্বা চিঙলেম্বা ।"

ইকায়-ইকি খাংবা লানথুবা মচাগী মতৌ য়েংঙম্লক্তে শান্তি। মচাগী মকোক্তা লানবিবদুনা মচাবু থেমজিল্লি, "লাকও ইবেম্মা, মূমদা চঙলসি, নঙনা তৌবিবসিবু কবিগে? হৌনদেসে হন্দোক্লসি, অসুম্না তৌদুনা লৈবা য়াবা মতম নত্তে, ময়াম থুইদুনা লৈরে লাক-ও ।"

থুম্মোইদা য়েংঙমদনা মমায় লৈথোক্তুনা লেপ্লম্বা চিঙলেম্বগী মপাদু থম্মোয় ইক্লা কপ্লকই। থানথোইগী মনাক্তা চঙলক্তুনা হায়বকই, 'ইবেম্মা, ইপা নঙোন্দা লানগ্রে ইপাবু অমুক্তা থাকপিয়ু।"

চিঙলেম্বগী মপানা বাসি হায়বা লোইশিল্লকপদা ঙসাইমখৈ মমানা চিংথোকপা মদুদা কুদা চেংনা কোন্দুনা লৈবম্বা থানথোই মনাক্তা লেপ্লিবা চিঙলেম্বগী মপাগী মখোঙদা থুংবক্তুনা হায়জবকই, 'পাবুং মাগী অবোইবা মথৌ মঙম অসিদা ঐবুসু লৈ মনা অমতং কংচবা ফংহনবিয়ু।"

ক'বসু খঙদ্রিবনি খম্নুবা মচাদুগী মচীন্দগী থোক্লক্লিবা বা অদু তাবদা শান্তি ইংঙক থুক্লা চিঙলেম্বগী মপাদা য়েংলকই। পাউখুম পীবক্তুনা চিঙলেম্বগী মপা খোঙ্জেল থোক্লা কপ্লকই।

'ইবেম্মা!' তেংথা না-ওইনা কপ্লম্বা চিঙলেম্বগী মমানা ইফোং ফোংনা হায়বকই 'ঐখোয়না নঙোন্দগী থুপ্পী হায়দুনা মুনখিবা ইচা অসে চম্বনা ঐখোয়গী খৃৎতগী অমুক মুন্দুনা পুগে। ঐখোয়না নঙবু লায়না শকপীনি কিকবদো অতোপ্পা লায়না অমনা ইচাগী পুক্তি লৌগ্রে। নঙোন্দা লঙজখিবা দোমনা দোপ্পী ওইদুনা ইচাগী পুক্তি তুম্না চাকগ্রে পূম্নমক লোইরে, থুসিদি পূম্নমক লোইরে ।"

মপাগী নাপলদা মশামক চাং তাজবগী থম্মোয় শোক্লবা মপাউ অসি কবিথুম্বা অতোপ্পা মফম মতম অমদা তাবম্বা ওইবম্লবদি কল্লক পেল্লম্বসু য়াবনি শান্তি। অদুবু কদায় থুসিদি অহোয়নদুম মমা অমগী থম্মোয় শোক্লবা মপাউ অদু তাকবদা মচাক মমীংতগী মপি শীদ্বরক্কি। শীদ্বরক্লিবা মাগী মপি অদুগী অর্থ অউবশিংনা করি ওইনা

লৌশিংগদগে হায়বসু খন্নুব্রে মহাক। মচাবুসু থেমজিন্নুব্রে। কুম্মে অসিদা, কনানা মায় পাকপনো কনানা পাক্কবনো, হিংলিবনা কনা, লিরিবনা কনা   মহাক অমতা খঙলক্লে। মফম অদুদা লেপ্লিবা মীশিং অদু মাগী মমীত্তা লৈ মনা অমমম ওইনা উরকই   । মচাগী বাহৈ অদুত্তা মাগী নাকোংদা হন্না হন্না তারকই—'লৈ মনা অমতং   লৈ মনা অমতং   ।'

## শাজিন্নবা

থোঙ্গালদা গাড়ী খাম্লগা নুপা মরি-মন্না খোঙথাঙ কল্লপ কোম্মোংদগী মরী-মরী চঙশিল্লকই। মচীন মচীন্দা কবি-কবিনো শাউনা-শাউনা ঙাঙন-শোগাবদুনা চঙলক্লিবশিংদু চপ মান্নবা মৈতৈ যুমজাও অহুমথক পবেং শানা লৈবিবদুগী অয়াং ইথং থংবা যুমদুগী মাঙ্গোলদা অপনবা লৈতনা চুমথ্রিং কাখৎখি। মখোয় পূম্নমক লোন্দুনা লৈবিব থোঙজাওদুগী মমাঙদা পূল্লপ ওমশিন্দুনা লেপ্লগা নুপা অমনা শায়বকপা লীচৈগী চৈখোক্লা থোঙদা কোক-কোক শুই, খবনা মখূৎ খুড়ুমনা দং-দং থীখি।

"থোঙ হাংজু, থো  হাংজু, থোঙ হাংজু!"

নুমিৎ বাতোন লানখিবা কুইববনি। হৌজিকফাও থোঙ লোন্দুনা ইমুংদা মথন্তা ভূম্লিবা জয় মীৎকপ থোকপদা মতম খবা চঙই। থোঙ পাক হাংলক্তে। মপান্দগী ময়ামদু ঙাইঙম্লবক্তে। খোল হাইগৎনবকই, "হাংগে হায়ব্রো হাংঙোই হায়ব্রো? থোঙসি থুদেক্লগে  ? য়াম থুনা মপান থোক্লকউ  !"

লৈমায়দা উপ্লাং উপ্লা ভূম্লিবা জয় তপ্লা-তপ্লা মীকপ থোক্লকই। মপা অদু

ইত্তেক-ত্তেক ইরুম লৃম্মী। মচী লেঙমীংদে। মমীং পাঙনীংদ্রি। মপান্দা ঙাঙনরিবশিংদুদি ময়েক শেংনা নাকোংদা চঙলকই — " মনীংদকা চেনখিনি মনীংদা খরা লৈমু, নাম্বোকহনখিবা রাদে, মা ঙসি খিক তৌগদৌরিবনি ।"

অরাং য়েনখা, মনীং-ময়া কোয়চং চংলিবা খোঙউপ মখোলশিংদু তাবকপদা মীকপ থোকপদা ঙাম্বিবা জন্ম ঙাইহাক্তি বুদ্ধি থোক্তে। মপৃক্কিং চিংশিন্দুনা হাইরেং খম্নবা হোৎনরিঙৈ ঙাঙনরিবশিংদুগী মবক্তা অখঙবা খোঙেল য়াওবক্নুনা বা পৃম্না মথন্তা থোকচরক্তে।

খঙহৌদনা মমীং মনা শিংগৎলকই জন্ম। ট শাগৎলকই। ফুক হৌগক্নুনা মঙক অমুক্তং পেন্না নোম্লগা খোঙথাং লৃম্না থাংদুনা শামুগুম নোংশাগুম ফন্দুনা থোক্লকই। থোঙ ময়া নক্না খোঙফম চেংনা লেপ্লদুনা মখূৎ কয়া পুনা চিংই। থোঙনা অনীমক মখোল থোক্লা শাবাক ফাক্লা খংহাং হাংদোক্লকই।

থোঙ হেক হাংদোক্লকপগা মপান্দগীশিংদু অমুক্তদা গ্রং হৃপচিন্নক্নুনা জয়দু ভুংহয়া টর্নশিন্দুনা পৃম্লপ ইমুং য়ৌশিল্লকই। ইমুং য়ৌবগা মবোল-মবী অমতা চায়-খোঙনা লীচৈ শায়বা অমা য়াওবিবদুনা জয়গী ফৃবিং য়াওদা নক্কন্দুদ লীচৈদুনা হাইগক্নুনা অমুক্তং কম্ববকপদু জয় গ্লান তাহৌদে। ঙাকংথোকপ, চেকশিনদ, লয়থোকপা করিমতা নংহৌদে। মদুনসু লোইদে। অমনা মমাঙ্গদা খৃবাক্লা থাজিল্লকই। অমনা মখূৎ ফাদুনা ফক্লাংদা নমশিন্নব লাক্লবকই। মী মবি-মঙাগা মতোমতগা লাম্বা শাবা নোপ্না থোকই। গতি লৈতে জন্ম।

থবায় চাক্লবা জয় কপঙাঙদা নোং খাকপগুম লাউবকই 'কৈনো' ময়াম্না পাম্বীবিবসিবো কৈনো ?"

"লাউজনগসু তৌহনেহে।"

লীচৈদু অমুকসু হাইদংলকই। হন্দকমৃক্তি জয়না মখূৎ অনী চঙদুনা হাইথবকপা লীচৈদু তাপ ফাহৌবে। লীচৈদু ফাজিন্দুনা ঙাইহাক থম্নবগা খংথা অমুক থাদোক্লমদুনা থংনবা মনুংগী কাবোমদা নুংশিংকুম য়াঙনা শাইশিনখি। মহাক্লা কাচিন কোয়া চঙ-চঙদুনা কবিনো খিবিঙৈ ময়ামসু মাবু তান্ন-তান্নদুনা কাদু য়ৌশিল্লকই।

অহল ওইববা জয়গী মকুবোক্কু থুগায়-খোংকায়বম্লিবা, মানা রানা তমজখিবা মচানুপীগী উপু-নুংবু, থুদেক্লম্লিবা ফিয়ান, কাম্বল চৈখোক, ইমুং থুংনা চাইখায়রম্লিবা চাক-এহাং, পৃখম-তেজোং পৃম্লমক্কু উকরগা চঙশিল্লক্নুনা মনাউনুপাগী মখূত্তগী লীচৈদু তাপ মুন্দুনা লৌবগা মমাকনুপাগী কম্লাক্তা, নীংজোনদা

অমুক-মুক্তং লেং-লেং কল্লে।

হৃদক্তি চৈনা হৃঞ্জিন-হৃঞ্জিন ফংলবা জম্ম খাত্তবা ওল্লক্তে। খুংলায় থারুববা কৈগুম ভুংলদুনা হায়ববকই, "তৌনগুমসিকো খন্না খুংকন-পাজল্লে হায়দুনা তৌনগুমসিকো ঐগীদি ইপা-ইচা লৈতবোই নীংব্রো" পান্নগা হেক্তা তৌনসিনে, অমমম পানসিনে এবা, লাকচল্লেদা ।"

চাকলাওলোমদা অমুক চেনশিন্দুনা থিল্লে।

ভাঙ্গাসিদা মুমথংননা লৈবিবা জম্মগী মচিন-মনাওশিং চেনশিন্নবকই।

জম্মগী মমাম্বা অহল মোহেন্না চত্তলকপগা জম্মগী মকুবোকপু থেমজিন্দুনা হায়বৈ, "অমুক্তা তপথবিখো মাম্মা, কবিনো তৌনবিবসি ঐখোয় তশেংনা জ্ঞান তাজল্লে অমুক্তা তপথবিখো কবিনো কবিনো হায়বদু ইংনা অমুক্তা খন্নখিসি কৈদৌবগে। '

খম্বীগনু ইবুংঙো, খম্বীগনু ' খংনবা খাম্নবা মীদা থোক ওনশিন্দুনা জম্মগী, মকুবোক্তা খুম্নকই, "ঐগী ইচাবু কনা লৈজদবগুম উশিং থওইদনা হুই-তৌন্দ গুম ফু-চৈদুনা তাম্মোকপিবকখিবা মতমদুদা ইবুংঙোখোয় কৈদৌদনা লৈবক্তৌবগে। ইবুংঙোখোয়গী ইনাউসিনা চৈ চাববা মতমসিদা মমাম চেংথে'কপিদক্লিসবো।" জমদা অমুক ওনশিনখি, "হৈ পাপী! হায়মু ঐ ইচাই মবাল কবিনে। ইচাই মবাল পুথোকপা ওমল্লবদি নত্ত তুসি নখোত্ত নখুং লোইনা থুদেক্তৌবর্নি ।"

ইক মবা নংলবা জম্মগী মমাম্বনা খোল্লেল খিতং তপথদুনা হায়বকই, লাউর্বিগনু মাম্মা, তবাংদো ঐখোয়দি, থংনবা খুলসিদা লাগেগী ইচানুপী অমগী লুহোংবা যাওকদুনা খবা থেত্তনা হম্নক্তে। ঐনা হম্নকপা মতমদদি জম্মদি ইমুংদা থোত্ত লোনশিন্দুনা লৈখিবল্লে। ঐনা ফনা হায়দুনসু থোত্ত হাংত্তু যাখিল্লে। অদুগা মমা মচনা ঐগীদা লৈবম্মি। ঐনা হংবদা বাণীসু খংনবগী মবমদু শুকখত্ত খত্তদে হায়বে, অদুবু থোকল্লবা থোকল্লে অহীংসিদা লোম্নবদি মাসু লাউবা খন্না হম্নানি নোংতাম্নগা বা তপ্পা তাত্তনখিসি চংখিনু হায়দুনা ঐদি বাণীকুসু ফনা খাম্ননি। অদুবু মাসু মানা তুবদুনা মপ্পিত্তদা মচা অনীদু হৌদোক্তুনা নমদুনা হেক্তমক পুদুনা থোকখিবর্নি ।"

'মাবে ইবুংঙো মাবে, কায়দে, থবক মখা চখসি, ' রাণীগী মপানা লাউনা হায়বকই।

অহলদুগী মায়থোঙদা অমুক্তং য়েংলম্লগা মনাওদা ওনশিন্দুনা মথা তারকই মোহেন, "হায়মু জয়, নঙনা তৌরিবসি করিনো? ঐখোয়গী মায় করিমতা য়েংদবসিবু করিনো নঙবো' নঙনা পাম্রিবসি করিনো শেংনা অমুক্তা হায়মু তাসি।"

বা ঙাঙদনা শেংলিবা মোজ্রাউগী কুমীংথাউশিংদা হূম-হূমদুনা থিবগা নীংথিনা থূপচিল্লবা মচু ষ্টাংলপ চঙলবা মল্লবা চে অমা পুথেক্লকুনা মদুমু ফক্তেক্লগা মকুবোক্তা লানশিল্লি। মকুবোক্লা তঙক-তঙক চেমু য়েংলিঙে জয়না করেম-কথাইননা হায়, "ঙরাং থুম্মাথোংগী পান দুকান অমদা থেংনবকপনি, অম্বাইদুদা লৈবা প্রেস অমা মফম হোংখিবদা হন্দোক্লকপা চেখী-চেকুমশিংদুদগী পান দুকানগী নুপীদুনা পোৎ য়োম্বা য়াগদবমখৈ থন্দুনা লৌশিলহৌবদা য়াওবকপনেমে, মখী-মখোঙ লোইনা থিগৎলক্লবনি ঐ ।"

বাদু লৌশিনবা ঙমদ্রদুনা মোহেম্না হংলকই, "কবিগী চেনোনে জয়, মসিদি বার্তোন নৎত্রনে?"

"মাম্নি তাটৌ বার্তোননি, তাটৌসু য়েংবিয়ু মীশিংসি কয়া ঙম্নবম্লগে হায়বদু । ইতৈমা অহলনা পুশিনবীবকথিবনিদনা কনানো কবিনো খঙদবশিংসে, তাটৌগী মায় য়েংদুনা য়াথিবনি ঐদি হূ' মণিপুরসিবু কয়া চাউবা লমনো তৌনবিবশিংসিবো?"

জয়গী মকুবোক্তু পাবা লোইববা বার্তোনদু পায়দুনা ঠৈমায়দা মীংয়েং থমেদুনা হ ঙাম্রদনা ঠৈখি। মতৌদুদা ঙক্লবা মনাউনুপানা চেদু তৌদুনা য়েংই। পাবা লোইরে। মাসু বা ঙাঙলক্লে। পিশূম শূকচিন্দুনা ভূমিন লৈথোকম্রে।

"কবিগী বার্তোননোনে, ঐ অমুক্তা য়েংগেসে।" তৌবিবশিংদু তাব অমতা তাম্রবা মোহেম্না বার্তোনদু তৌদুনা খোক্লেন হৌনা পাবকই—"শুভ বিবাহ লাক্লিবা তাং ৮।২।২০০০ ইং, ফাইবেলগী ১০ নি পানবা, নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুংথিল পূং ১ তাবা মতমদা ঐগী ইচানুপী কুমারী কৈশাম বাণী দেবীগা সাং শিংজমৈ কৈত্রি লৈকাইদা লৈবা শ্রীহাওবম ইবোতোন সিংহগী মচানুপা শ্রীমান সন্তোশকুমার সিংহগা লোয়নননা শুভ-বিবাহ তৌজগদৌবি "

বার্তোন পাবা চপ লেপ্লগা মোহেন মথাগী বীনিঙতা য়েংই। ইঙক-ঙক্লা ময়ামদা মথাং-মথং অমুক য়েংলবই।

"পাবিথো পাবিথো মথা পাবিথো," জয়না মঙক নোমদুনা হায়।

মোহেম্না মথা পাথে—" সন্তোশকুমার সিংহগা লোয়নননা শুভ-বিবাহ

তৌজগদৌরি। থৌরম অসিদা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব, অহল-লমন, মরূপ-মপাং খাই খিবিক্লা মতম চানা লেন্তবিবক্লনা নৌনা গৃহস্থাশ্রমদা খোঙদাজবক্রিবা বব-কৈনা অনীবু মঙ্গল অশির্বাদ পীবিবনবা পত্রনা নিমন্ত্রন কচ্চবি। পত্রনা নিমন্ত্রন কচ্চবগী অপরাধ থিবিক ক্ষাকপীগনি। বীনিতগণ—কৈশাম বিধু সিংহ (মপা)। শ্রীমতী কৈশাম ওংবী ইবেমহল দেবী (মমা)। কৈশামপাং, কৈশাম লৈকাই ইম্ফাল।" পা ব' লোইরে। মেংহৈনসু বা ঙাঙলক্তে। মক লূকথক্তে।

বাণীগী মথুবানা তপ্না হায়বকই "কনাবু ওইবিদৌনো" মিং-নুং, লৈফম চপ হেক্তা মায়বসিদি অঙকপা হায়বদুনি।"

মাদু তাবদা জয়লা নংঙৌবরোইদবগুম মঙাপু ফনগাত্তুনা খুম্বকই, 'ঙ ঙ নঙ্ঙ নত্তে, সুকনং নত্তে ঐখোয়সু হৌবোঙ মনুংগী ভালমক্তি নঙঙদনা' কৈশামপাং কৈশাম লৈকাইদা, কৈশাম বিধু কৈশাম বাণী কয়া শুবগে' ঐ লোইনা 'থাগৎলুববনি নবায় মীনি, হেক্তা নমথাক তৌনি, পুন্সি চুম্না খঙলবোই 'সি নংত্রো' মীহাৎপা' তৌঙখী' মীগী মপুন্সি মাঙহনবগী ইজ্জৎ মাঙহনবগী দাগিবু খবা ফু 'চবখক্লনা লোইবা মত্তো ও' জেলদা থাজিনগদৌবিবনি কেস তৌগদৌবিবনি, লেন্না তোক্লোইদৌবিবনি ঐ ।'

তৃপিম্না তাদুনা লৈবা গুপ্রক্লবা মকুবোক্লা মথৃৎ অদু ডিংথোক্লনা হাঙ্গংনা মাবু খার্মজিল্ল। বা ঙাঙগদবগী অহানবা হোৎনবদা, থৌনাউদগী খোজেল থোক্লকুদুনা অমুক্কং থৌদেন্নুবগা, হিংনা স্নান তানা হায়বকই, "মসি কানিসু নত্তে , অা, ঐনা থবক তৌবইঙদা জি পি ফঙদগী পেজ লৌথোক্লবা হোৎনবদা ঐনা ইচা নুহোংবগীনি হায়জিন্দুনা নমথিবা বাঙ্ত্তোননি, ঐ হৌজিক্তদা নীংশিংলক্লে । চুম্মী, ঐখোয়' ওফিস ময়াদা লৈবা খুম্নাঙথোংগী প্রেস অমদা নমথিবনি, অদুগা, মসিদা থাওরিবা নুপা মমিং, নুপা মমা মপা, লৈফমচিংবশিংসিদি অপেংবা, অতিংবা অমতা নত্তে, পৃথমক শেমজিন-শাজিনবমক্তনি ।"

### মমল

অতিয়া পৃক্তা নোংনা শীনম্রবা লমতক থাযেগী অয়ুক্কি। চীংয়া পক্তা লৈহৌরি শীক্রবা থুক্কংগী মশীং য়ামথ্রবা য়ুমশিং। নাক য়েংঙা ওন্নু ওন্না শন্দোক'খুংগা শাক্রবা কৌবুক্কোলংগী ময়ায় ফাওনা চংলিবা সড়ক অদুদা হাইনা হন্না লাউ 'খ' লদুনা ইম্ফাল তম্না হাইগংলক্কি অয়ুক্কী অতুনবা গাড়ীদু। লমথাতুদা গাড়ী থাম্লদুনা 'খ' মচুগী শাল অমা মকোক থুমজিন্দুনা ইনবী শজিবুগী লোমশাংনবী হুনা'বকুম্ন চৈ তবামতা তবাতকক্কী নুপীমচা অমা সুব থবেং-থবেং হোল্লদুনা গাড়ীদা কাপ্পংলকই। তপ্না তপ্না চত্তশিনখিদুনা মনীংবাইগী সিট অমদা নুপীমচাদু ফমপ্রে। হেক মমখিবগী গাড়ীগী মিংশেল চনবা থোত্তনাত্তবা ঙাওদুনা মমীং তপ্না উইশিনখি। বস মনুংগী চনাতুনবা মাগী নাকোংদা চত্তদে অদুবু থম্মোয়মনুংগী মৈথী অদুন মীংলুগী চিংচেন্দুদি মনীং তমহাল্ল। লায়ববী মমা, পীক্তিবা মনাওশিং কায়না মৈশানা পুক্নগী অহানবা ওইনা থম্মোয়থু মৈরায়রক্কি ।

তুংওইনবক্কিবা লমদম অসি মহাক্কী লোক্তফমনি। চহী নিশালগী তুংদনি থবানা

মহাক্কী পোক্নফম খুঙ্গং অসিদা লাকখিবা। লাকখিবা নত্তে, মাবু নমদুনা, খেমদুনা য়াওশঙ কুম্মৈ য়াওহনবিবগী নামাদা মহাকপু তাংজফম পীবিবন্না ইমুং অদুগী য়ুম্বুবেপ্পীনা মাবু মফমসিদা থিনবিবক্নম্বনি। অদুগা ওসি থামুক্কী তুংসিদা মশাগী অশেংবা ময়ুমসিদগী মহাক মতোমতা লোন্না চেন্নক্নিম্বনি।

নুমিৎ কয়ানি তৃম্ফম-চাফম খঙদত্রুবী মমা ওসিদি মীৎকপ থোক্নহৌগ্রি। কবিসু খঙজগ্রিবা মৌপ্পা-মনাওশিং নিগ্রা লাইবেপ্পীগী তম্পাক্তগা নীংগাইদনা য়াতাজহৌবি । তান্না অসিতবু শোন্নদুনা মহাক অহীং লেন্নক্নবনি। মমাগী মোন মখাদগী ত্রং উপুগী শো কৌদুনা লোন্না শেল কৌথোক্নক্নিবনি। অমম অঙান লিন্নবা মতম কনা খঙগ্রি উগ্রিগী মহাক ময়ুম থাদোক্নপ্নবনি।

তৌবসু মহাক্না ময়ুমদা লাকখিবা নুমিৎ অদুদগী হৌনা কবিগুম্বা মথৌ অমতদা মশৃক্লিং খোয়জঙদনা মচী-মচাদা চপ চপ লেপ্নুনা নংত্রগা ফমখিবা মফম অমদা অদুমক ফমদুনা অপু-নবা বাখল অমদা লুপ্নুনতা অদুমক মবৈরবনি। অদুবু মমাগী বাখন্নদি খুঙ্গং মচীদা পোকচরবসু শহরগী ময়োলদা শারেপ ফারকত্রবী মচানুপীগী মতৌদুবু খুঙ্গং শহরগী খেন্নবা পুক্নি মহীং অদুদা মশাবু চুশিন্নহনবা ঙমদবদগী থোক্নিবনি খন্দুনা থোইনা নাচুংলুদে। অদুগদি থাখায় অমা হৌক্নন্নক্নবা, য়াওশঙ হেক লোইখিবা নুমিৎ অদুদগীদি মচাগী শীচংডা কা হেন্না অশাংবা অমমুক লাক্লিবদুমদি মমাদু উদবা য়াবক্নে। মচানুপীনা ময়াদা চাক মক অমা হুকউ হায়বা য়াদনা শকফমদু অনা শক্রোয়নদুনা ফমুংদতা এতম লেন্নকপা, গাড়ী মখোল অমতং তাবদা খোঙ্গালদা চেঙ্গোক চেঙ্গোক্নুনা যেংলিবা, কবিগুম্বদনা লোন্না-লোন্না কপ্নম্বগুমসু তৌবা—অদুগুম্ব মতৌদুদদি অশঙবী মমাদু অশঙবী ওইবা য়াবক্নে।

য়াওশঙ লোইপ্নুবা মতুং হুপ্লি কোনবগী নুমিদাংদু অঙাং পৃম্নমক ভূমহন ঈশহনপ্নগা মচানুপীগী মনাক্তা চঙশিন্নক্নলা মমান বা পৃপ্পা তক্নলা হংলৈ। কবিবু লোংলুবা ঙমগদগে, লোংনীংলুগদগে উশাই লৈত্রবী নুপীমচাদুনা, মশৃক্নিদ মশৃক্লিংগী বাকং অমতসু থাঙ্গংচফম কনা ফংজনক্নবীদুনা। অমম্বোমদা মহাক মমানি। অসিগুম্বা ফীতমদি নুপী অমনা, মমা অমনা মীংনা য়েংবতদা মনুং-মশান পৃম্নমক খঙদোকপা লৌশিনবা অকন্বা নত্তে।

মমাগী বাহংদা কপ্পা-কপ্পা, মতং-মতং শাউথুন্নকপা মচাগী বাহৈশিংদুনা লোইশিনফম খঙদনা লোইশিনত্রবা মীকৃপ খবগী তুংদদি কপ্পম্না মচাদু তোকত্রগা মচাগী

মহুৎ শিন্দুনা মমাদু হীক-হীক তৌরক্লে। মনা কুইনা মথন্থোর ফাদুনা তুমিন খাঙজনবা হোৎনজরম্বনি। অদুবু ঙাইহাক্কী তুংদদি কাগে খক্সবা মথন্থোয়মু মপূ কানা হাংদোক্কনা ও-খোংনা কণখোক্কেক্ল।

এথংগী নুমিত্তদি নোংঙাঙ্খ্রিওদা মমা লৈবমম্রে। নুমিৎ চুমদুমা থবানা মপৃক্কিং পাঙডক্কনা মমাবু থৌবাংনা ঙাইজবগী মহয় ওক্কবা পাউ অমা ভাবনা ওইবরে । নুমিদাংদু পং নিপাল্লোম ভারন্নগনি। থবাগী মমদু হাক্কা কনক্কবা খেঙথাংদুদগী 'খাজাপ ফার্নাশাক্কপদগী অমুক হেন্না কনখৎলক্কনা ইমুং থৌবকপা খঙ্গহীদে। দা জান অমতা হায় খোঙনা ফীডম কাযনা হোৎচিন্নক্কনা মচাবু মদ-শাগল পাযদুনা ইমুং লময়ামদা 'চংথোক্কক্কগা মমাযদা খুৎপাক্কা হঙন-হঙন থাবিবরে, নর্মশিন্দুনা এনজদদা খুড়ুম্না পেম্ন পেন্না তুবীবে, লুশম পাযদুনা নর্মশিনবিবে। মথুৎ খদ পোক্কবদা মচান যাওইরকই, 'নবেন্মা অমা লৌদুনা লুহোংলম্লেনেহে হৌদি, নতিক নঙনা কবিগী থা লাম্নবিবনো মীনাইনুবী নঙগুম্বনা, নঙগুম্ববু কনানা লৌবিগনি হাযদুনা হাকবিবনো হাযবনি ইকাযখঙদবী নঙবো, নঙদা চৎপিন্ত্রো। নঙদা চৎপিন্ত্রো কদাযদনো ।"

থবা মমা গুগী মাপ কমা যাম্না ত্রাখ মলামকফ ও খঙজদে। ইক ইক লাউমা মন থাংবগী খোঙ্গল মশাং খঙদনা তাখিবদু নঙনা কবিগুম্বা বাইর অমা মীকপহাল অমা এচান্দগী থোক্কক্কে।

থবাগী মমানা হৌবক্কিবা ইবাং মতাদুনা বাক্কম অদু লোৎশিন্দু' থম্বদি ওইথোক্কে। নুমিদাংদুমক্তদা কনানবু চেম্নুবনো দৃম অমদগী দৃম ত্রমদা পন্ত্রি অদু এথং-মথং চৎনখিদুনা অকোয়বদুদা তাবিবা ইমুং মতা-তবাগী অমম্বা মী মুমদুদা পুন্নবে। ঙাইহাক্কী মনুংদা থবাগী বাক্কমদু থবাগী মবম্নাই বা ওইখিদ্রে। থুনগী বাথেক ওনখিদুনা থদক্কুমক্কো মযাম পুনম্রে। মাতাম্নবে। থবক পুম্না মীয়ামগী ওইন্দ্র, মীথাম্না শান্দোকন্ত্র।

নোংঙাম্নগা থুদনা পঞ্চায়তকা বাকৎ চে লানখৎলে। থুদক্কা পঞ্চায়তকে মীফম পাওথোক্কে। পঞ্চায়ত মীফমগী বারেপ মতুংইন্না, পঞ্চায়তকী মীহুৎ অনী, মখোয়না নেক্কবা নম্বা অনী, থবা মমা, পুম্না মীওই মঙা ইন্দ্রাল চৎন্ত্র। মবাযবক্কা চিংশিনবিদুনা মহাকপু মাঙ তাকইনবিরক্কবা ইমুং অদুদগী মহাক্কী মৎশিন্তুব, ইজ্জৎকী মমল হাযগন্ত্রা নৎত্রগা পিদোলহৌরবা মাগী মপূক্কি হিংজহৌনবা চাকথুং কৌগন্ত্রা কবিগুম্ব দাবী অমা মযাম চঙদুনা তানবিক্করে।

অতোপ্পা নুপীগা লুহোংড্রে হায়দুনা ঐনা ইশাবু য়োক্লোক্লুনা মঙোন্দগী ইশাগী মমল লৌরম্রা? . কক্সা, ঐনা নঙবু তরাই-তরাইনা নুংশিখিবা নত্তে হায়বদি নঙ লোইনা নীংশিংলমগনি। অদুগা অসুক কুইনা নথুং চল্লকবা ঐগী পুন্সি, ঐগী থম্মোয়, ঐগী হকচাং, হৌজিক ঐনা কনাদা শিন্নরুগদগে? চুপ্তম ওল্লবা হকচাং অসি মৈনুংদা লংশিনখিবা নত্তনা চন্নফম লৈরম্রোই ।" মীকুপ অমতং পন্দুনা, মতিক য়োংথক্লবগা লেপ্পা লৈতবা শিন্নাংগা শিবোইননা মহাক্না অমুকসু হায়বক্নি, "করিসু লৈতবী মীনাইনুবী অমগী মমলবু অসুক য়াম্না লৌনব্রা? ইনাও! লৈশাসি লৌশিন্নু, ঐগী ইমলদুনি, ঐগী সংক্কাবদা ইপুবোইববু মৈ চুহনবীবকউ, মদুগী মমল ওইনা ঐনা নংত্তাদ্দা অমুক হন্নবনি । নিয়মগী মতুংইন্না নঙ ঐগী ইনাওনি, ঐ অসে মশক উবা ফংঙ্গখিদ্রবা ইচা অনীগী মমা ওইহনবিস্রবনি নঙ ঐগী অপুনবা ইপুবোইবসিনা ।"

মৌ অনৌবীদু মচীন্নাল খঙ্গিজ্জং লেত্তনবা হোৎনকবনি অদুবু নৌবিবী নুপীমচাদুগী থম্মোয়দগী থোক্লক্লিবা মৈগুম্না শেংলবা অমদি মৈশা চেন্নবা বাইহৈশিংদু তাকবদা এচীন মরৈ পুন্নমক কংশিনখিদুনা বাইহ অমতা মচীন্দগী থোক্লক্লে।

নুপীমচাদুগী থৌববা বাবোলশিংদুগা মায়োক্লনবা থৌনা কনাগীসু লৈতবগুম কনানা লৈমায়দা তুখিন্না য়েংদুনা, কনানা অতোপ্পা মায়কৈদা মমায় লৈথোক্লুনা লাগুক-লাগুক লেপ্পুনা লৈনে। মীকুপ খর্বাদি মফমদু পুমচীক চাকই। তাক্লক্লুনা থবানা মবুক্তা য়েপ্পশ্বা লীক্লিমচা অমা পুথোক্লক্লুনা কবিনো মহী অমা মমীং উইশিন্দুনা খুংলৈ থুনা থকচিনখি।

হাঙলবা লীক্লিদুনা থবাগী মখুত্তগী নাম্বোক্লুনা সিড়িদা ওক্লবকপগী মখোলদুদা মাখলদা উংদুনা লেপ্পন্না শবং মমায় চক্কংনা য়েংলকই। মহাক্না মখোল হৌনা তাবক্লিবা লীক্লিদু খুনগত্তুনা য়েংলিঙে থবা লৈমায়দা হাইথবক্লে। মবুক্তা, থবাক্তা, থৌবীদা মথক্তা মখুংনা পায়শিঙ্গদুনা থবো থবো ওল্লক্লে। থবাগী মনাক্তা নকশিনবা তুমদনা চুবি তাফমদুদা শবং লীক্লিদু পায়দুনা চপ লেপ্পুনা লৈ। থবাবু কোনখংকে তৌক্নবা খুন্নুরেপ্পীনা খংহন্ন হন্দোরক্লুনা মনাউন্নুপা শবংতগী লীক্লিদু লৌদুনা য়েংলগা ইত্তক ওক্লা হায়রকই, "কন্নিনো সিবো?"

বাদু তাবদা খুন্নুরেপ্পীদগী খুন্নুবেন্না লীক্লিদু লৌদুনা অমুক য়েংই। খংপ্রেক খংনা মহাক্না হায়বকই, "ইস! সিদি মাঙ্গি কদায়দগী লৌকবিবা ? কমদৌনি তৌরিসিদি!"

খঙহৌদনা থবা মমীং-মনা ওনখৎলক্রে, মখোঙ-মখুং ডিংথোক্লক্রে। মচীন্দগী ডিস্মোংগা কোন্নবা করি-করিনো লেপ্তুনা ওথরক্রে, ঊ য়াওবক্রে, মমাঙদু পূমকা কাহৎত্রে। ওইবক্তিবা মতৌদুদা পাখৎখিবগা কিবগা তিন্নখিদুনা পূম্নমক কৈদৌগদগে হায়বা খঙনদবগুম তঙক-তঙক কুপ্নে য়েংবগুম য়েংদুনা ভূমিন-ভূমিন লেপ্তুনা লৈনৈ। ইথক-থক্কৎনা যুম্বুরেম্বীনা থবাগী লেকথবক্রবা মঙক্কু মতম্লাক্তা চিংখৎশিদুনা খাঙহল্লি, ফিজিনা থবাগী মমায়-মমীত্তু ঙৈথোক-নাম্থোকপীদুনা স্বব চাউনা চাউনা হোল্লদুনা ভাব ইতা ভাদনা মচীন্দা শোল্লি— 'ডাক্তবখানাদ' পুগদবা সিদি' কবিনোনে থবা কবিনো ইবেম্মা নঙনা' তৌবিবর্সিবো' অসুম্না তৌবা হৌনক্লনে নঙবো।''

## য়োৎ কৌতা প্লাষ্টিক বেটরি অমনবা

খোজাল্লোমদগী তক্কিং-তক্কিং চঙলক্লুনা মঙায়না মমাদা হায়রে, "লৈপা চান্মদা পীয়ু।"

ঋদু তাবদা খাম্মেন মখোঙ শোম্লন্বা মমাদু লোক কংখু খুবকই। ঙাইহাক খুরুম্বগা অমুক অনীবক থৌদেম্লকই, অদুগা তূমিন অমুক লৈখি।

সঙায় মখুৎ-মশা প্রোক প্রোক থেক্লুনা অমুক ফম, অমুক লেপ মমাগী মওং ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ। মমানা মঙাঙলক্লুবদা হাক্কজবা হোৎন-হোৎনা অমুকসু হায়রকই, "চান্মদা পীয়ু হায়বনে, ইমানবে মমা শিবগী শোবাৎ অমতা চৎলুগে।"

"চৎলুনু চৎলুনু কদায়দে চান্মনো ঐবু তনব চাত্রো?"

"এ' কবিনো হায়বিসিবো, নঙদি হয়েং শিবরোইদ্রা?"

"ঐগী শোবাৎকা শোনবীবক্লনু," থাঙজৌদুনা লৈবাক্তা কয়া-কয়া খিন খিন্দুনা মতম ঙাইহাক লৌকম্বগা নে তানা হায়রকই, "নঙনা নোঙাল্লমদাই হৌগত্লুনা চৎলুরিবদি পোৎয়েং থিকবিবা ওইবে।"

"ঐনা কদায়দা নোঙাল্লমদাই হৌগত্তনা চংলিবা ?"

পাউখুম পীরক্তে মখা। থবক কনখৎলকই।

তেম্পাক লৈতৃম পায়-পায়দুনা পংলংদা অসুম লংলক্লদগী ফৎ চংখিদুনা শক্তোং মনীংলোমদা চঙখি সঙ্গ্রম। শক্তোয় মনীংদগী থেক্লেক্লগা মৃমগী মখা য়েনখাবেমদা অমুক চঙখি। ঙাইহাক্কী তুংদা অবাং য়েনখাদগী থেক্লেকই। থবক শৃবা লোইদুনা মমান' মখৃৎ-মশা ইমোৎ মোৎনা শুমাঙ মচীদা ফল্লম্বা উবদা ঙাইঙমদনা হায়বকই, "অস, অমুক ফমদনা লৈবে, কোক পীরবো।"

"তানীংদে চংখোকত্ত্রো চংলো আদা , বাগা বাবনে " মমানা চৈবকই, "শোবেন কনাগী শোবাৎলো অয়ুক্তা শোল্লিবা শোবাৎচুবো। মমাঙদা চঙলিন্দুনা লেপ্লবিবা সঙ্গ্রয়বোমদা মতুং থোক ওথোক্লুনা ফমখি।

মমাগী মমাঙদা অমুকসু চঙশিল্লকই সঙ্গ্রম ' এস, কনানা অয়ৃক্তা শোল্লি হায়বগে, পৈশাদু লৈবকান্দা চংমিল্লনবা ইমান্নবা হায়দ্রীদোইনে ইথস্তা কমাইনা চত্তোইনে থোঙনা ।'

মমাদু তুমিন্না ফমদুনা লৈ।

ঙাইবমইখ ঙাইবগা মমানা মখৃৎ-এশা হাদোক্লনা ইমুং চঙলকপদা এমাগী মতুং ইল্লবকই সঙ্গ্রম। ইমুং য়েবকপদা উপু শো শেমদুনা লৈবম্বা মশা উপদগী মমাং খংলৈ লৈখ্রগা চাকশাঙলোমদা চুমত্রিং হাইজিনখি।

চাকথুম্মাঙদা ফক থাদুনা মমাগী মনাক্তা লাইবিক ঔবাইবিবা মচাগী মনাক্তে ফমজিল্লে। মচান' ইবিবদু অচুম-অয়াল কাবক কাবক চুমথোক থোংঙাকপি'। ঙাইহাক লৈবগদি সঙ্গ্রম, শকথদুনা লাইবিক ইথিবা মচাবু য়েংন য়েংলা বা মচেং অমা ঙাঙদনা চপ য়ুংদুনা লৈখি।

খঙহৌদে, চাক থোংলম্বা মাগী নুপীনা প্রপ-প্রপ হোৎচিল্লকুনা মচাবু মখৎ পায়দুনা চিংখৎলৈ, "লাক ও ইবুংঙো ফুল চংনবা লোইশিল্লরসি।

ফম্না ফম্না মঙ মংলম্বদগী মীকপ খংথোক থোকই সঙ্গ্রম। খংপ্রেক খংনা হায়বকই, "কৈনো অঙাং লাইরিক তৌবিসি উদ্রো ?" মচাবু ফানবা হোৎলৈ।

"উইয়ে উইয়ে, উবদুনবু হায়বিনে, লাকও ইবুংঙো।"

অঙাং চিংলৈ। মাগী নুপীনা অমুকসু হায়বকই, "হো য়াবে য়াবে, অঙাং মখৃৎ ত্তেক্লনিয়ো"

"অদুদি নঙ থাদোকউদনা।"

"ঐদি থাদোক্লোই, নমীত্তো চোংথোক্তবীরে অঙাং মনাদা য়েংবদা।"

"ঐনা কদায়দা অঙাং মনাদা য়েংলিবা?" তীং শোক্লা খুল্লকই সঞ্জয়।

"হো য়েংদে য়েংদে য়েংদে ।"

নম্বদুনা অঙাং পুদুনা থোকখি সঞ্জয়গী নুপী।

"মহা চীনথীবীনিকো মসি নুপীসি!" মথক্তা ঙাঙহৌই সঞ্জয়। অদুগা কূক হৌগৎলুনা নুংত্তিগী উপুনতা লৈরবা চকখুমগী কোল-পীকপিংদু শুনবা কোয়েং য়েংই। মকোক্তু স্রো-স্রো থোক্তুনা ভূম্ফম কাদা অমুক চপ্তই, কাচিন-কোয়া, উপু-নুংবু পংয়েংদা য়েংই।

তাল্লকসিদা মপাল্লোমদগী কৌ-কৌদুনা চঙলকপা মচেগী খোল্লেলদু অসুম নকশিল্লকই। "কদায় লৈগে সঞ্জয়? সঞ্জয়, সঞ্জয় ।"

মচেগী খোল্লেল তাবগা উপু মমাঙদা লেপ্লম্মা সঞ্জয়, উপুগী খুৎশায়ফমদু নোম্নগা শাউনা হায়বকই, "উপুসিদা য়োয় মপা থম্মী হায়দনা শোদুবু অদুক কন্না লোংলিস্ত্রা খঙদ্রেমি, ঈ কাবক্তনা ঐননে, থোক ফক্তায়দনা!"

" নস্ত্রে, নঙ মফমদুদা তাকউ হায়বনে," মনাক য়ৌশিল্লকগা মচেনা হায়বকই, "কবিনো নঙনা ওংলৈ-পালৈ তৌদনা সুম লৈবিসিবো, কুইশনস্ত্রদি মাঙতাবেমি, মী ঐখোয় জেনি লুহোংবগীনে শিনবা তাবে হায়বনে।"

"লুহোংবে ফিদু সিদা কৈদৌবে পুবক্রি নঙদি?"

"হৈমা' ঙকপিবেদা ইবুংঙো নঙনা ওনথংলক্তনা, ইবেচাদা লোলহন্নধা অমুক্তা পীবিধম্মু হায়দনা ইচেনা পীবকপগী পুবকপনি, নঙধু ঙকস্ত্রেনে, ঈশিং য়াউম অমতং থক্রু বিস্তুদুদা খোড়াদা থনম্বদা ঙায়বিবা ফনেক্তুবু নঙনা কদোমদগীনো নুংশিংতৌনা খুৎ ফাওজিল্লক্তুনা ফংস্তুবিদুবো।"

মচেনা ঙাঙলিবশিংদু তাবা শংদে সঞ্জয়। কবি-কবিনো থিবদা থবক কন্না চিল্লি।

তাঙ্গাসিদা থোঙলোমদা মপা থোকখিবদু উহৌই সঞ্জয়। মীংনা কৃষ্ণদা মমাগী মনাক্তা পাইশিনখি, "ঐনা হায়দো অমুক্তা য়াম থুনা ।"

"স্তু!" মমীং লাওথোক্তুনা য়েংলকই মমা, মখাদি তাবক্তে।

"চাম্মা শুস্ত্রগা য়াখৈদা ওইবসু।" মখুৎ তিংথোক্লকই।

"য়াখৈ নস্ত্রে, তবা ওইবসু লৈতেয়ে।"

"লৈবোই, ঐনবু হায়রদি," মখোঙ থীম্দুনা হায়রকই সঞ্জয়, "নো-হোয়না শীজিন্নবমদাইদদি হেক্তা পুথোবকনি, ঈ কাবক্তনা ঐননে...!"

মচেসূ মনাক মৌশিল্লকই, "মমল অদুক যামত্ত্ববা পোত্তু নগুনা তাবম খুন্নকপদৌনা কোইহা হাদনা য়োন্নমগদবদো পাম্মুম হায়বা। ঐ মীগীদু অহনবগা লৈদনা শিংবা গুম্মরোই হায়বনিনেহে লাই খুৎশাংবা নগুবো।"

"অস, হৈনখিদ্রে।" খংশাউ শাউবকই সঞ্জয়, "নোঙানবগা ক্রুঙ-ক্রুঙ, যাহৌবকপগা মশাম হেক্তা য়ৌবকপা নুপীসিবু করি নুপীনো?"

"এ-এ, কাম্নবোই ইবুংঙো, নভাং খঙঙে। ফজনা হায়নবিঙৈসিদা চংনসি, ভাকচকনিকো ঐদি, মবী-মবী চিংথোক্তুনা লোইনা ফাহজনি।"

"ফাহল্লোহে অফাওবী।" ব্রুক-ব্রুক কংলবা মচীশ্বালদু শেগায়বা মখৈ শাউবকই সঞ্জয়। মমীং-মনা লংখৎলকই, "নঙ তাক্তৌ মফমদা তাকউবো, অমদা তাক্কেবা, অনীদা তাক্কেবা মবাসু লৌদ্রে, তৌদৌ মফমদা তৌকবো।" হায়বল্লগা সঞ্জয় খোঞ্জেল অমা তাবদগী খোঙনাউবোমদা পুনা চঙশিনখি।

" যোং, কৌতা, প্লাষ্টিক, বেটঁবি অমনবা লৈববো যোং কৌতা, প্লাষ্টিক, বেটঁবি অমনবা লৈববো ।"

*এমীং লৈবক্লোমদগী লাকপা খোঞ্জেলনি।*

সঞ্জয় মখোয়গী কাবোমদা প্রপ প্রপ চেনশিনত্ত্বগা ফমুংগী কাখ্যা, খুযা পুখুম, পাকথ-পাকখদুনা য়েংলুই, "সিদগী সিদা ঐনা থম্বা পোত্তুদি? বিতা বিতা বিতা কাঙ্খদা ঐনা ময়োম অমা থম্নদুদি?"

"করি পোৎনো, সনাবো, লুপাবো, দাইমগুলো থম্মিবো?"

মাঙ্কেলদা অঙাং মখূজিল কক্ল কক্লা বিতানা খুন্নক্লিবা পাউখুমদু তাবগা সঞ্জয়না অমুক শাউবকই, "নোয় পঙ্খৌদো ঐনা থবক শীজিন্নানবা থম্নদো কদায় থমত্তুগে মীনাই নঙনা?"

"হো মপু নঙগী কদায়দগী খুন্নকপনো খঙদবা ত্তা কৌতা অতাঙবগা প্লাষ্টিক খোঙউপ শেগায়বগদে ঐনা তুক্কৎচদনা য়েনখাদা পুথোক্লগা থম্নদগী ববানা লংথোকত্তুবনে, ববাদা চ ত্তুঙা।"

"নথৌ করি লৈদনা নঙনা য়েনখাদা থম্লীকবিবা?" পাইথোক্কুনা মাগী নুপীদা থাগে তৌকবগা শুমাঙদা মপা লৈবম্বা উবদা চাইগংলুবা মখূ তু খংথা থাদে।

মপানা চঙশিল্লকুনা হায়বকই, "থাউ, থাউ, নঙ ত্তম্মগা থাউ, য়েংগে অমুক্তা থাউ-ও!"

শাং লৈথোকত্তুগা সঞ্জয় শক্লোয় দাহীদা ত্তাদুনা শিনবিবা জ্বম্ফংত্তু তাপ

শান্নবৎ তুনা থোজাল্লোমদা থংচেন চেপ্লোকখি। মপাদু উনা-উনা ডাব তাহৌদে।

সঞ্জয়গী নুপীনা মখূৎ শিন্দুনা কাউরকই, "ববা' ববা' ববা'    "

"হৈ হৈ হৈ, থনম্মু থনম্মু থনম্মু    হৈ, উচ্চ খূকে হায়দনা হৌজিক্তা মীংত্তান্দগী বায়করিবনি থনম্মুনেহে    ।"

থোজাল লায়া সঞ্জয়বু তায়াখি। মচেগা মমাগসু ইমুংদগী শুমাঙনা চেপ্লেক্লকই। খরা চেন্নগা কম্মাৎতু লম্পীদা খংথা থাদরক্লগা সঞ্জয় চেনবা ভোক্নুনা খোঙকাপ গম গম থাংদুনা অমুক চৎল্লে।

থোজাল মরি-মপ্তা লাক্লকগা য়োং কৌতা অমনবা কৌবগী খামদুনা লৈবিদ উপু মাওব, বিক্কাদুগী মপাদুদা খোঙথাঙ চপ লেপ্পী সঞ্জয়। ইকান কায়দনা য়োং কৌত কৌবদু থোজালদুদগী থোবকই। চঙশিন্দুনা সঞ্জয়না নুপাদুগী মবেংবান্দা থোক লেপ্তানশিল্লি। অমদু হৈক্লদদুনা নাম্বোক্লবা হোৎলৈ। সঞ্জয়না নুপাদুবু মঙক্তা খংচপ চপশিন্দুনা হায়, "নখোয়সি য়োং কৌবা লাবগা লম্পীদা বোম ফুম্মী হায়বা নৎত্রো ?"

তুকপী চপ্না চপ্না সঞ্জয়না নুপাদুগী ফুবিৎ খোঙ্খাও হুম্মী। অমদু থক থকনীক্লা মখূৎ লোয়ানকই। মচাম্বালদুদি লেঙদমক মবেঙই, খোংঙ্গলদি থোক্লক্তে।

"নঙ কয়াম কুইবে হায়দা তাবা?" মঙক্তা যাল্লম্না খূদেওই ফদিওই তৌবা ফিদুনা মঙকলমদু লাকশিন্দুনা পায়শিল্লগা মখুক্তা কিয়া অনীবক্তং থিঙ্গিল্লগা সঞ্জয়না হায়, "মণিপুরদা মীতোপ চঙবা য়াদে হায়বসি নখোয় খঙদ্রা?" ভাঙনা ভাঙনা নুপাদুদা য়াওরম্না লেলমখৈ মথং মথং শক্তোবকই। নুপাদু লেপ্তুনা চেম্বরক্লবা মপদু খূদে মচাদুনা হয়া হয়া তৈথোকই। নোকযেং নোকযেং সঞ্জয়না মখা তাবকই, "তুসিদি নহুগী অয়াওবমখৈ নয়াম্না কৌহৌবা তাবে তায়া  নয়াম্না চবা হেনবা তাবে হায়দনা নয়াম্বশীদমক নঙবু লাইনা থাবক্লবনি তুসিদি, নয়াম্ববু বাদৈনু।

মঙক নোম নোমদুনা লেললশিংদু মশীং থী-থীদুনা হবাউ হবাউ চৎখি সঞ্জয়।

## কুশুম

মীকুপ অমা হাংদনা চয়োল অমা চুপ্পা হৈথখিবা নোংনে, ঈরম-খোংজমশিংগী ঈমায় পানা চেংশিল্লকপা ঈশিংনে, খুল্লক-লৈবক, লৌবুক লমহাঙ পুম্বা মপূক তপ্পবা ঈশিংগী ঈমায়দা ঈউঠিংদুনা লৈবক্লবা ওসি হপ্পি শুবক্লে। তাইবঙ পুম্বা অমম্বগী ঈপাক্তা তিনখিদুনা উন-মাইমুক চাক্লবা অঙীংনি। ফমজাউ-কাংথোল অমদা লোনথংলিবা হিদান মচাদূদা থবো-থবো ওল্লি কুশুম। ওল্লিবসি মওল অমনি, নাকলদা থম্বাং অতোপ্পাদু ইশি-শিনা ভূল্লি। চেংগে চেংফম খঙদে, লোংলে লোংফম খঙদে, মুখ চাউনা চাউনা হোল্লি, মরক-মখংদা নাশোল পীক্লা "ইমা' ইমা'' শোল্লকপসু য়াওই। অদুবু ফীডম অসিদসু মহাক্না থংনবা কাদা মচানুপী অনী কোন্দুনা শগাই শাদুনা ভূল্লিবা মপুরোইববু কৌসিবা হৌদোকসিবা খল্লুবগদি মথক্তা অমুক চেক থেমজিংঙে — কদিসু তৌবোইদা। মপুরোইবদা মশাগী ফীডম খঙহল্লুগদবা মথক্তা নীংহৈজবগুম তোঙ। লেংবা-থিনবা ঙাইহাক নেমথিংঙে চিল্লবা মীংকুপ্পুদা হৌদ্রবা থৌদোক ফয়াগী নীংশিংবনা মহাক্কী মাখলনুংদা নমদুনা লীংশিল্লকই। যুমজাউ কাগী লেঙক্লবা ঈশিংগী

ইনায়দুদা তারিবা মুংশি-মুংশিবা পোমোজগী মঙ্গাল য়াওব্রবা মৈয়ীদুগী মমিদুদা য়েংন-য়েংনা অহানবমক্তদা কুসুমনা মতম অমগী মহাক্কী মপুরোইবগী মকা লামজনব্রা মায়থোঙ অদুবু মপৃক্লিংদা চিংশিল্লরকই।

অঙাং অহনদু পোকপা হাক্তক্তদি মাগী মপুবোইবা চন্দ্রসু নৌনা মচা কংজবগী অংপনবনা পৃজিগী অবা-অনা কাউথোকপা ওঙ্গা মপা অমা ওইজরম্বনি। অদুগদি, সিনি হায়নীংঙাই লৈতবা তাইবঙ মপুগী থৌশিলনদি করি তন্নগী' মদুগী পোৎয়েংবা নুমিত্তু মী লৈজ্জবী, থৌ চাউথোকপা শামজবী কুসুমগী মমানা মখোয় অনী অহমতগা লোমনদুনা লাক্লগা বসন্তগী পোৎয়োম থরা চিংথক্কগা ইশম হেক শম্মা ময়ানুপাগী মাক্লোলদা পোৎয়েংবগী পোৎলম চৈবমদু শোম লায়ে। অদুবু মতমদুমক্তি চন্দ্রসু, লৈবকসু লৈত্রবসু অহানবা মচা কংজবগী লৈবাক কুম্মে লাঙলুবমক ওমজন্নগসু য়ুমথং-কৈথংনবগী মমাঙদা চাং তাবমকসু পামক্লিবা মতমনি। মশানা মখোী থাংগজ্জবা কুসুমগী নুপানা মনেমগী তবাই-তবাইথোকপা মানবা থৌদৌদুগী শেন্দবদু বাইশেপবেং মচা অমদা শূর্পচন্দুনা মাগী নুপীদা ফোঙদোক্লকই—"লৌমীনি লবাইনি ইপা চাবা তৌবিবকপনি মীঙোন্দা লাউকবা য়াত্রদো ।"

মায়কৈ অনীমক্তা কুসুমদি মীতোপনি, কনাবুনা থেমজিল্লগা কনাবুনো মহাক্লা বাবৌকপাদবা! য়াইগী নক্লা হিংমিন্নবিবা মীনা ঙাঙলক্লিবা য়াইদগী লাপ্পবগী ভাব চেনবা বাইহশিংদু তৃমিন্না তাশিন্দুনা খাঙজবনা মহাক্কী মশকক্তি। মহাক্লা য়ানীংবা য়ানীংদবনচিংবা মবল্লাই মত অমতা হেক কাওথোক্তবদুতনা বাফম অদু মপাম্বোংগী ওইনদি মতাংদুদা লোইশিনখ্রে। অদুবু থৌদোক্তগী মলোম্মা নুংদা মবা তাশিল্লমদুনা মচানুপী য়াইমগী ইপ্যালকদি অঙাংদুনা নুপী ওইবকপদুনা মবাল ওইহল্লগা চক্লনা মশাগী অঙব্রা উথোক্লনা বা পৃন্না ইকোম-কোম্মা বাথৈখ্রে। নুপী মপামলোমদা পাউ ওইনদমক শীক্লে অদুগা সোমদসু থবক-থৌরম পৃন্না তুবং কক্লনা শমজিনখ্রে। মপুবোইবগী মথক্তা হলংনা বাবৌজবমক ওমন্নগসু ওইরক্লিবা খীতমদুমক্তি কুসুমগী পৃক্লিংদা কনায়দনোমা হেজিনক্লবঙুম, শোমখিবঙুম্মা নুংনাংবা অমদি ফাওখিবনি। শীক্লবা মক অমথক মাকোমদা তাপ্পগা চাউরবা মউ অমা লিংলকই, অদুগা মদুগী মশা-মখেংনা মায়কৈ থুদিংমক্তা অসুম-অসুম লেম্মা লৈতনা শম্মোবকই ।

কুসুম নীংশিংলি, মহাক্কী অহমগুবা অঙাংদুনা মবুক্তা থা মখি হায়বকপা মতমদনি মনাওনুপীনা লুহোংখিবদু। তমাঙ, মাক্লোল, শজোম থম্না শৈরিবা মনাওগী অউনপোৎশিংদু উক্লবগা কুসুমগী নুপানা মীয়ক-তাল্লক য়েংদুনা চঙশিল্লকগা

থোক্লিনিদকো ' মোমোন মীনোক্লস্কুনা ফোঙ-ফোঙ লাৎবা পিরাং ময়সু খজাউনা চেঙ্লকই।

কুম অদুগী নিঙোল চাকৌবদু মনাওগীদি অহানবনি অদুবু নুংশিববা নুমিৎ অদুদা কুন্তুমদি লাকপা ঙম্লরোই, মহাক্তি অঙাং অনৌবা চেক্লি হায়বা তাবদা ঙক্না থোক্লবা পাউদুনা মহাক্লী অঙাং অহুমশুবগী পাউসু ওইখি।

পুক্নিদা পামনা অমসুং পামদনা থোক্লিবা থৌদোকশিংগা মহাক্লী মনাওবু লুন চান্না তৌজবা অমদি নীংজবগী মবীগা য়েৎশিন্নহুনবদি মহাক পামদে। মনাওগী অহানবা মখি পূক্না নুমিত্তু কুন্তুমনা মপৃক্লিংদা লৈবা লাইমল-তুমল পূম্বা হন্দেক্লমদুনা মথুমদা থুম্ঙানা লাক'চ। মমাগী মহুৎ লিন্দুনা মনাউগীদমক হোৎনজনীংনা হোৎনজবগনি অদুবু মহাকপু নীংজিং মাঙজিংনদা য়েংখিবা মমাগী মীৎয়েংদুদি মতমদুদা ও কোক্লমত্রি। মনাও লুহোংবা মতমদা থাঙখিবা বাঙাঙদুমক তৌবদুনা মমানা মংঙান্দা পোথা-পোথা বা পূম্বা চীৎদনা হায়বকখি, "কুইববনি মানা পুবক-পুবক্লুনা থল্লবিবা, খোঙজি-নাচি, কোল-মীক কনাগী ওাম্বক-উচানফাওবা থা অনী-অহুম বাৎলিউদগী লৈরক্লবনি। অনৌ অপেন খবসিডনি মানা ঐ ঙমদ্দে খঙদুনা ননেখোয়দা লৈহল্লিবা, গাড়ী তারা-কা খো খোম্বা ঐখোয়না লুপা অমা তিংলুত্রে ঐগী হায়ববু চুম্লগী মী নেক্লু বিবা বাৰ্তোন চংলুবিবা লুকমায় নুংমায় খবা হায়কবসিদনি ।"

নুমিত্তুদা কবিগুম্বা খবা নাকোয়নদা ভাকপগী বাঙাঙদা মমানা কুন্তুমদা থবায় মাওনা হায়খিবশিংদু তানা-তানা কুন্তুমগী পৃক্লিংদা হজোই-চুংশাইবনা পীক থনগৎলকপগুম তৌখিবদুমক ঙসিসু কুন্তুমগী মশাদা খঙহৌদনা ফাওবকপগুম তৌবকই। তাঙ্কাসিগা মশা চান্নদা মাগী থিনবা-লেংবদুসু কম্না অমুক হৌবকই, হমাং অনম্বী কাবকই । হন্দক্তি মখোঙ্গল ফাজিম্না মহান্না মপুরোইববু তপ্না কৌরদুনা হায়রবকই, "তাবিবিত্রা ' ইন্দোল চাউবীদু ।"

চন্ত্র তুম্বা থাদদুনা লৈবম্বনি। অমুক কৌবদা তায়। ইন্দোলচাউবী কৌরুনবগী মরমদু মহাক জান তাই অদুবু মতাংদুমক্তি নংত্রিববা খনবঙমসু তৌহ। লুরিবদি ফীডম অমদি মতমগীনি।

মহান্না খুম্লকই, "কনাগী ইন্দোল চাউবীনো চিশিং মরকসিদা ঐনা থিরুদৌবিসিবো ' মী পূম্লমক মশোং য়োমদুনা চেম্লত্রবসিদা ।"

মথা তাকত্রে কুন্তুম। ঙাইঙমদনা চেঙ্লকপা পিনা কাদেক্লবা শমশিংগী মরক্তা

চেনশিন-চেনশিন্দুনা মাঙখ্রি। মখোঙ অনীনা নৈহংশদভা মোম্শাক কিদক্কু মায়কৈ অমদা পূক্লপ ভাশিন্দুনা লৈখ্রে। চপ তিংলবা উনশানা পানা য়োম্লিবা কংলবা মখুত্তুনা মখুৎ অনীনা তপ্না-তপ্না পায়দুনা অন্না-চৈনাখোল খাঙলি। অদুবু নাউয়েক্তা হাংকদৌরবা পুংফমসিদসু মহাক্কী অমাবা অমদি নীংবকায়বগী মরমদুদি মহাক্কী শিবা-চঙবগা থোইনা মরী লৈনদবগুম ভৌরি । মশা অদু খংথেক অমুক থেক্তোক্লককই. পুমকোন অমুক কোনশিনগদবগুম ভৌই অদুগা নাহেখোল ভাখিনি মতাগুম মটাম্বাল অনীদুদি কম্মুক চীকশিল্লি, মমীং অনীদু চেক্লেং উইশিল্লি ।

মীকুপ থরগী তুংদদি খা-রাং হাইবদ্না গুক অদু মথকলোমদা লোংনা হাইগত্তুনা খংলৈ-খংলৈ অনী-অমমন্তং লৈবনুগা হাই-হন্নদ্বা পূম্বা চপ লেপথিদুনা মশা অদু ইবেক লেকথবকই।

## শংরৈ মনাগী চেঙহী মনম

লমী চংশা হায়রবসিজা থোঙ নাম্মা য়াংশা য়াদে হায়বা লায়য়ুবা শাড়াসিমদি ঐহাক গুক্তম তম্লক্তে। অদুবু ঐহাক ইশা খঙজহৌদনা অনী লোয়নবগী হৈনবীদুদা খম থেংনদি চঙলিনাখবদ্রে। হৌজিক্কু নাম্মা বাংলকপগী অহাঙবসিনা ঐবু অসুক থীনা ওংলক্লিবা অদুগা ঐহাক্কী মসিগা খজিক্তমকা ও মাংখোক্লবা ডমদনা অসুক মাল্লা বাবক্লিব অসিমক ইতোমতা অডকপা লোকচে। অমংবোমদন ইংবেনুংশিনা ঐবু অসিগুম্না বাংখৌখদুনা অসুম্না থাদোক্লম্বা ওমগনি হায়বসু ঐহাক অমুক্তসু খল্লুদে। অদুগা অমুকসু, ঐনা মঙোন্দা কয়ামুক কায়খি লানাখদুনা মহাক্না ঐবু অসুক চাউবা দাও অসি পীরম্লিবনো হায়বসু ঐহাক খনকম খঙদে। পৃম্নমক ওইদুনসু হৌজিক্তি ঐহাক্কী নুং পাল অনীমক পৃমহাও হাঙলে হায়বসিমদি থাজক্লেংলে।

পাবুংনসু মালা চংখিবগী মবম ঐঙোন্দা হংই। অদুবু বাক্কম অদুবু পুথোক্লুনা ঐনা পাবুংদা কবম্লা তমগদগে। অদুমকপু মহাক্না মপামদা চংখিবা মঙানি তুববা ফাওবদা ইমানা পাবুংদা করিমতা হায়দবা, অদুগা পাবুংনসু মসিদা পৃক্লিং

চিংশিনবীনবসিনদি ঐহাক থাজবদা থজরে। ইবেনুংশিদু ঐনা থজবগী পাবুংনা থজবনা য়েঙ্লি। পাবুংনা মবাক্তৈগী মতাও মনিংগী মচনুপীদু মখৌ ওইনবা পুথংনকখিবা থাকম অদুদা ঐনা লনাই মত্ত জমতা থমখিল্লিবদু পাবুংবু থাজবগীনি।

দুদিবসি, পাবুংনা ঐনা মাবু কৌখিবু হায়রকপা ভাইবশুন্দগী মওং অমা তৌরিবসিনি। মখোয়সু ঐনা হন্দক কংলিবসি কংকম থোকপা ইশাগী তৌজবদনি থনত্তমাক্তে। মহৌশাদগী ঐহাক ইশানা ওমজবা ইশাগী থবক্তি ইশানা তৌজরগদা নুংঙাইহৈজে হায়বসি নৌনা লাকপা মানা থত্তক্রগসু ইমাখোয় পাবুংখোয়দি তশেংনা থত্তলিবনি। মদুদা ঐনা মাবু মীরায়বকবগী থাকম করিনো? চুম্নতা ঐনা মাগী মখৌ মরক্তুদা য়েংশিল্লুবদু তৌদবগী থাতনি। অদুবু অদুশুদ্না ঐগী ইওং ইতৌদুবু মহাক্লা কবি ওইনা লৌরম্না মাবগে হায়বদুমদি মহাক্লা চংতুবা মতুংসিদতা ঐহাক থরা থর লাক্লিন্দুনা থনবা হৌরক্লি।

তকক্লি শুবা নুমিৎনি। মাহৌরকপদা পাবুংনা ফি শেক্তুনা মাকোনদা লেপ্লদুনা ইমাগা চিক্লা থাম্নী শানবিবদু ঐহাক ঐগী থোঙনাউদগী উরই। থুদক অদুমক্তদা শকথত্তদবা নুংঙাইবা মথম অমনা ইশা পূম্না শন্দোরক্তুনা ঐহাক ইশাসি থত্তহৌদনা তেকথংলকপগুম তৌখি।

পাবুংসু থোকাত্ত্রে। ইমাসু ইমুংদা চঙত্রে। ঐচাক থোঙনাউ মথাদা চঙলিন্দুনা লেপ্লে। মদা মবেংতনা শকথহল্লবা শুলমহরগী লেঙ-লেঙ চংলবা মনা অমদি মপার্মশিংগী মবক্তা মলেক ফুদোক্তুনা থোক্লিবা অমুক্কী কোয়ৌদু অদুক্কী মতীক নাংথিবশ্মী। নোংমতসু য়েংশিল্লুপ্রবা প্রকৃতি অমদি খুংলেমগী তিনশিল্লবদা শক্তমশিংদা তক-তকবা অনৌবা নুমিংকী মঙালনা পাবানা কৃষ্ণগী ফজবদুনা অহানবা ওইনা পৃক্লিংবু শুমহৎলকই। শক্তমশিংদু য়েংনা-য়েংনা হৌখিবশিংদু নীংশিংলকই --

নুমিদাংদু ঐ চাকশঙদা চাক চাখি। ইবেনুংশি ইনাক্তা শান য়েংলি। ঐনা মত্তোন্দা হংই, "করিনো মনর্মাসিবো?"

"চেঙহী ফুংলি, হয়েং অথুক্তি ওন্নবোইম্নবনিনা ।"

"পৃক্সি মথক-মথা ওল্লি।"

"সিবু নমথীক্তা, শংত্রে মনাগী চেঙহী মনম হায়নরিদুবো।"

"উম, চাক-কা লোইনা হন্দোক্তখৌবে ঐ।"

চেঙহী শৌবগী মনমদুগা চাক-এক্ষাংগী মনমদুগা য়ার্নাশিন্নদুনা নাতোন্দা চঙশিন্নকপদুনা করিনো থুক লাউব'মা পোকখি। শংত্রে মনাগী চেঙহী মনম্নি

হায়রকপদুদা হৈনরমকবদু খরদি কদি হায়বদু চাক অদুদি ঐ হুকচিরীংদ্রে। ঈশিং থকচিল্লগা ঐনা হায়, "কনায়কনী নৌকরিবা নগুদি, শংত্রে মনা হায়বদুদি?"

"অ   চীথেগী লাইশঙ মনীংসিদা হোরিসিদি।"

"ঐদি নোংমতবু উকদেনে অসুক কুইবসি।" হায়না হায়না ইথত্তা খজকই, ইয়ুম-ইংখোলনি হায়দুনসু অসুক কুইবসি শঙ্কল-শত্তা কাওবা য়োংলুবা ওমদে ঐদি। ওবাংদা লাকপা মানা ওয়ুমক উরগ্রি   ।

নোংস্থানবদদি অয়ুক্কুদা মী মথং-মথং লাকশিন্দুনা মহাক মকোক লুবা নংখিত্রমাগ্রে। থংনবা নুমিৎ হম্প্রিদুমসু নোংনা ফুত্রিং ফুবমখৈ চুথবে। মথংগী নুমিত্তা মত্তুর্নি শুববা চেঙ্ইদু পুথোক্কুনা ইবেনুংশিনা চেঙ্ই হাল্লা কোনদু চেশথ-চেশথ মনম নমখিবদু ঐ উখি। মপৃক্লিংনা পামজনা ফুংখিবা চেঙ্ইদু মহাক্কা মতম চঙনা লুজখি।

নুমিত্ত ঐনা ওফিসতগী হল্লকশদু পুং তরেৎমুক তাববনি। ফি হোংদোক্লগা ওফিসত্তা লোইশিনবা ওপ্রক্কুবা চে-চাংদু পুথোক্কুনা য়েংলিঙেদা ইবেনুংশিনা চাক চাথোক্লুবা হায়বকপদগী মামনত্তদুনা ঐ ওহাক পোথাবা ওইনা চাক চাবা চঙলুবনি। ঐনা চাক চাবা চঙলুবগা থুনা হন্দোবকপদু উবদা মহাক্কা হায়বকই, "কবি তৌবগে।"

ইকাউ শাউনীংনা ঐ থবক শুবা হৈগংলে।

অমুকসু মহাক্কা হংলকই, "কদৌবগে?"

"অদুগুম্বা এহ্লাংদু হয়েংমখদি ঐগী থাকশিবমগনু।"

ঐগী মদু মা নৌশিনবা ওমত্রমগ্রে। ওহাক থল্লুবগা তপ্পা হায়বকই, "কবি শোয়ববগে" হায়ত্রবদি কনানা খত্তগনি।"

"শেংবা কাংলোইদা থাংজিং থাকপদো, খাগেন অখাবীসু কাংলোই   ।"

মহাক তুমিন লৈখি। লম-লমগী ইমুং-ইমুংগী মাগ্নদবা চৎন-লোনচৎ, চাকথেং ইংথোং পুম্মক্কু চানলবা হোৎনবকপা হায়বশিসু অবায়বা থবক্তি ওইফম থোক্তে। মীনা তাববু কনানা পামগদগে। পুম্মক খঙনা-খঙনা ঐগী পামদবশিং অদু থিংবা ওমদনা মথং মথং থোক্লকুনা ওইহাক্কুদি ঐবু অক-ফত্ত খঙ্গবা ওমহল্লমদে।

ঐনা ঐগী মানীংদবশিংদু পুথোক্কুনা অমুকসু হায়খে, "অমাম থোংবদসু আল্লু, থাক্লীংশিবনি হায়দনা হবাই থোংবদসু ত্তা অয়াইবনা চক্কুমখৈ হেক থাকচিল্লি, মী মাইগী ত্তা মাওদবা এহ্লাং হবাই হায়নবগদু কবিমতা খঙপ্রবো নঙবো? এহ্লাং অমদবু থাউসু তৌ, হবাইজাবসু, ত্তা অয়াইবসু, থুমবাকশীসু থাকপশিবু কনানা হৌনগে ঐ

ঙান অমা ভাশিন্নক্কে, হাউরদি কৈ, মহাউ-মথুম থঙদবা ঙাক্তা।"

মহাক উপুংগুম্না লেপ্লুনা লৈখি।

নুমিত্তু মাসু চাক চাদনা তুমশিনস্লে। অদুগা ঐসু মদুবু থওইনসু খজিল্লুস্লে। থেঙজিনস্নবদা মামল্লদুনা থবক থাদুনা ঐহাক তুম্না চঙলে। মীৎ উইশিন্দুনা কনা কুইনা তুম্বা থেন্নে অদুবু ঐ তুম্বদি মাস্লে। কোক্তগী থবক্কী মাখলশিংদু চখোকচনখিদুনা পোত্থানবা হোৎনবদা ঐ মাম্না মারম্মী। মতমদু ঐ ইবেনুংশিরোমদা ওনশিন্দুনা চেপ্না হীপ্লম্মী। ঐগী ন্যাতোলদু মাগী কোক মশা চানা তারক্নে। মতাংদুদা থঙলকই ঐবু মাইহল্লিবা মরমশিংদুগী মনুংদা চাউববা মরম অমদি ইবেনুংশিগী মকোক্তগী লাক্লিবা চেঙহী অপুন্না মনমদু ওইবস্লে। ঐগী মাখলনরা, মনমদুনা কাথল মনুংদু ইফুন ফুনবগুম তৌবম্মী। চেঙহী মনমদুনা নহালসু ঐবু চাক শীজদে অদুগা ঙসিনা অমুক ভুমহল্লোইদৌরি' কল্লা শাউগৎলুরগা ঙসায় চৈবাখিবশিংদু নীংশিংলক্লুনা ইনাক্তা ইশি-শিনা তুপ্লিবী ইবেনুংশিবু য়েংদুনা ঐহাক ফমুংদা ফমদুনা ঙাইহাক লৈরে। মীৎ পুমশিং শিংগৎলক্লুনা তুম্লিংবা মচেৎ অমতা পোক্লক্লবদুদদি ফমুংদগী থোক্লক্কে। চুরুট মচৈ অমা চিংদুনা কাদুদা ঙাইহাক কোয়চৎ চৎলি। ঐগী মাখলদু থবক্লোমদা অমুক চেনশিনখিদুনা ইবেনুংশি হৌগৎলকপা খঙহৌদ্রে। মা ঐগী তুংদা লেপ্লম্মী।

মহাক্না হংলকই, "কবি তৌববগে তুমদ্রবদি?"

"নংকোক মনমদুনা শিদৌরে।' চীলহায় খবাই ওইনা ঐনা খংহায় হায়দোকখি।

মীকুপ অমা'নী লেপ্লক্লগা চংখিদুনা মহাক অমুক হীপস্রে। ঐদি সোক্কাদুদা কাবক কাবক উইদুনা অহীংদুমা লেপ্লে।

মথংগী অমুক্তু মহাক মাম্না ঙম্না হৌগৎখি। ঐদি হকচাং পুম্না ইতেক তেক্লদুনা মীকপ থোক্লবসু ঙহাক অসুম হীপচিন্দুনা লৈ। মহাক চঙলক্লুনা ঐনা হীপ্লিবদুগী মযাদুদা হক্কং হন্দা অনী-অহুম্লক চংলম্লগা বাদি অমতা হায়বমদনা অসুম থোকখি। মদুগী মতুং মিনিট তরায়োম লৈরগা ঐ হৌগংলে। ঐনা য়াহৈরকপগী তৌগদবা পুম্নমক লোইরগা ইরুজদুনা চাকশঙ কাওদুনা চঙলকপদদি চাক থিদুনা লৈলম্লে। ঐনা কা যৌরকপদা কক্লাং খড়ীনা 'দেং' হায়রকই। য়েংলুবদা পুং তরেৎমথায় তাবস্লে। ঙম্লবসু ঙম্না চাক চাথোক্লে। নুমিত্তুগী এক্লামদুদি ঐ ইবেনুংশিনা থোংবনি থাজদে। ঙাইহাক পোত্থারগা ঙক্তানা ওফিস চংলে।

মদুগী মতুংদগীদি ঙরাং ওফিস কুম্লকপদা ইবেনুংশি অমুক উরিবসিনি। ঙবাংদি

ঐখোয়গী কৌন-ঙাঙনখিত্রে। মহাক্কী খৈ-খৈদুনা চংশল্লবা মতৌদুনা হক্কোইদুনা ঐসু মঙোন্দা ঙাঙলুত্রে।

মাঙোনদা থাগিবা মীগী চৌত্রিন্দা কয়দুনা ঐ খবর পাগি। থাঙ তুকোনবীদু পায়দুনা মহাক্না ইংখোল কাচিত্রোয়দা চংখিবদু উবদা ঐনা মাবু মতুং ইনদুনা তাত্রে। লাইরিক্ত মচাদুগী মরম ওইবা জন্মা অদোমদা নৈশিনখি। মহাক্না চংশিনবগা ঐসু নক্ননা চংশিল্লি। থগায়-থগায়মুক বাংনা মপ্না ময়েং কন্না, শংত্রিক শংনা হৌরিবা শংত্রে পাপ্পীশিংদুগী মখোঙদা কমথক্লগা থাঙ অদু হাইগৎলকই। হাইগৎলক্লিবা থাঙদু ঐনা মাগী তুংদগী তাপ কায়। ইবেনুংশি মমায় খংনৈ নৈখোক্লুনা ঐঙোন্দা য়েংলকই। মীৎয়েংদুগা থোনরুবদা মমাঙদা অমুক্তা ফাওখিদ্রিবা পুক্লিংগী ঈহল অমা থন্মোয় শীন্না শন্দোরকই . ঐগী মীৎয়েংগা মায়োক্নবা ঙমম্রদুনা মহাক মমীৎ নৈথত্রে। থাঙখোক্তা পায়না পায়শিল্লিবা মাগী খুত্থু ভগ্না চিংখৎলুই, মহাক লেপখৎলকই। ইকায়বগা বাত্নৌবগা য়ানশিন্নববা মায়খোঙ অদুবু ইনৌ নৌনা য়েংনীংবা পোক্লকই মথক থংবা চাপ্পালগী মনাক্তা কুপ্লবা শপ্পু অমা লোম্না থুংলপ্রিবদুসু ঙসিতা উবকই। অজানবা উবা মীকুপমক্তদা শপ্পু অদুবু হায়কম খঙদনা কাক্লকপা পোক্লকই। লুকথবিবা মীৎপাল অনী অদুদগী মতুম মতুম চেক্লবক্লিবা পিবীক খবদু তৈথোকপিবদুনা ঐনা হায়, "অত্তা ওবীসিদি।"

## চীঙাকী হারী

তাইবংপান অসিদা হিংমিররিবা নুপা-নুপী হায়বা মী কাওলুপ অমীসিগী মরক্তা থাদোক্লবা যাম্রবা, অমা হাৎপদা অমগী মচুং তাগদবা তৎনফম্রবা মবী অমথক লৈবিবসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা নুপা হায়বসিনা থেম-লৌদুনা, খাঞ্জক্লদুনা, অধিকার তান্দুনা অমদি মুন্দুনা নৎত্রগসু মাগী মাগী তৈনজবা শাট্নে অমা চেক্তা শাজিনদুনা মথল-মথলগী ওইজর্বাশং, অশাঙ্ববাশং নুপীদগী লৌবি। লোন অমদা হায়বগদি নুপীসি নুপাগী তশেং তশেংবা চি হাক্কি। রাকর্মসিদগী থোক্লকপা রাবীসিগী কেন্দ্রবিন্দুনা 'কবাস্বা'। অদুগা রাবীগী শো-মবেংনা—নাপীগী মশাল তাংদুনা মচিঙাক থিবা লৌনমচাউবা লিনশিংনা গাওবু লৈজম্রবা হুরোইশিংবু ফা-ফাদুনা হোৎপদা হৈ-হিংবগী মতৌ মখলশিংদুনি।

ওমাং মমা লৈতবগী পাউ হায়রম্বদুদগী থোক্লনু বা মচেৎ অমতা ওয়াখাল্লম্বনি। অদুগা ইতিহাস ফাঙ্গৎলুদুনা অহাং চুম্নদুমা মীং কক্লা অমা উৎশিনবা যাদনা লেনখিবনি। মহাক্কী মাথলগী লংজিল খুদিংমক্লা শিঙ্গ্রা চঙলিত্রা খওম্রবা মাগী নুপাদুতবু তায়রুবা

মচাক শুসিসু তোকপা শুমহি। পুজিগী তাক্ক-তাক্ক খুদিংদা থেক্করিবা খৌদোক খুদিংমক্তা পুজিগী থোশুবু ওইমিন্নখিবা মহাক্তা মকম কদায়দাইদনো মরী অমহেক্তা লৈনহল্লুবগী খৌখৌদু শুসিসু মতাকী মমা লৈতবগী পুংফমসিদসু থেক্করে। অতোপ্পা নুপী পুদুনা চেনখ্রবা মপুরোইবদুগী মরমদা মহাক্তা তোয়না শনগনবা হা অমা লৈ— "মহাক্তা ঐবু মথুমদা থন্নগা চৎখিবনি হায়মু কবিসু কায়দে, ইশাগী হমাংমলনা ভূংশিঙবা লেঙ পুক্কা খোমদুনা পুখিবগীসু শাউনীংদে, অদুবু মানা ঐশেতোন্দা করিনো'মা তৌবদ্দু ঐ যাম্মা নুংঙাইতে।" নমথাক্তা পীরম্বা চৈনাদুনি থোইনুগী বাইহৈনা ফোঙদোকপা হৈত্রিবদু। অদুগা করিগুম্বা অনীংবা অমগী মকম থুগুনদি মহাক্তা মফমসিদা শুসি ফাওবা শিখাঙ-খাঙদুনা লৈকম থোক্লিব্রা হায়বগী ইঙ্গিং অমসু মাগী কাইরুগী মনুংদা লোত্তুনা য়াওবিবগুমসু তৌরি।

মতম অমদা মচানিংগীদমক্তি হায়দুনা অদুক মত তিন্নহা মথুম থাদোক্কুনা, লাপ্পবা, লম্লানবা মফমসিদা লাকমিন্নখিবা, অঙথমথ শুমিন্নদুনা অসুক কুইনা হিংমিন্নবক্কুবা মপুবোইবদুবু নুপী মানদি তবাই-তবাইনা কবম্পা হেক কাউশুমগদ্রগে? অসিগুম্বা ইকায়নংবগী চৈথেঙসিনা খণ্ডৌদনা হেক য়ৌববদা কনাগুম্বী নুপীশিংদি এবায়াই মপুক্তিবু হিংবগী অর্থ কবিসু লৈত্রবগুম খলাইহ-খলাইহদবা কয়া খনখিবা, অদুগা মদুবু থবক ওইনা শাণ্ডখোকখিবা কম্মাসু য়াওবিবনি। থোইনুবুসু মহাক্কী অহানবা মায়থীবদুনা অশি লমদম য়োংনীংলকপগুম্বা বাখল মতেক অমবুদি পোকহল্লুববনি। অদুবু শিজনাবা চক মমাশিংগীদি লৈতে। মপানা হন্দোকপিবনুবা মচা অহমদু মহাক্কীদি মহকচাংগী শরুক মচেং অমমমনি। মবাল লৈত্রবা জীবশিংদু মহাক্তা পোকপীকবদু মখোয়মু লমজা ওইহল্লবগীদমক ওইবগদি মহাক্কী ধর্ম কবিনো' মচাবু মপুক থলহন্নবগী অহানবা দাঘিন্নুদি মমাগীনি হায়বসিখঙ্গুংদা থোইনুনা মশাবু থেমজিঙখিবনি। বাফমদুনা অমনি অদুগা নুপানা হন্দোক্কনা হায়দুনসু মুম অমা শান্দুনা থুনদা লৈতাদুনা লৈরুববা মফম অমবু খুদক্তা কোক থাদোক্কুনা চৎপা হায়বদুসু মাবদি নত্তে। থোইনু, কনাসু কবিসু থোক্লত্রবা তাবাগী মুমদুদা শিদোন্দ-শিদোনবা অশক্তুনা পুশি লোইবা ঙাইবগে হায়বগুমসু খল্লুববনি।

মহাক্তা ফীতম অদুদা লেল্লকপা থা অহুম্মুক্তনি হৌত্তিবদু— অদুগা অত্তাবনা লাকপা মতমদা হৌন-হৌনদুনা লাকই হায়বনু মতোন্দা থেক্করে। চক্টী ফাম্বিবা অশাং অতোপ্পদু লাইওং খঙদনা লাক্তরকপা হন্নি শুজিঙ্ক্লবদুদদি যুক্তি-লৌশিং মাঙহ্রদুনা মুমগী তাম্নাসু তোক্লিবা মুথুরেনবীদুদা চঙশিন্দুনা অমুক অমা থোইনুনা লেজ

হংজিল্লুরে। নুংঙাই য়াইফবনা খীডম চাদবশিংগী য়া কবিগুরুদা তাবিবসু, খুদক্তদি তাম্বিদে। মখোয়না থারকপগী মতুং ইয়া ময়ামগী চাকচা মতুং তান্নক হায়নবা মতমদুদা থোইনু অমুক হন্না ইমুংদুদা চঙলুবা তাখি।

মহাক্না অহানবা চঙলুবদুদগী মখোয়না থাবকপা মতমদু ফাওবগী পুংশীং খবদু যুগ অমগুম্না লেপ্লুবগা থোইনু যাম্না হক্তোইনা য়ুমদুদা চঙলকই —ইমুংদু মীশিং যামদে হায়বা খঙই অদুবু নুমিত্তুদা চাউরবা য়ুমদুদা শুপ্নগী মীশক অমতমক লৈবমগনি হায়বদি থোইনুনা খল্লুদে। হাঙলবা কাশিং অদু ফাওদুনা মথং মথং চঙশিল্লুবগা কা অমদা য়ুম্লুনা মতোমতা তুমিন্না ফমদুনা লৈরম্বদু থেংনরব্বদা থোইনু থৌতক্লুনা খোঙথাং চপ লেপ্লুনা লৈ। মাগী ইকোই কোইবা মতৌদুগা যাম্না ওম্ন-তৈনবা মওংদা য়ুম্লুনা থোইনুগী মায়থোঙদা নুংফাওনা য়েংলদুনা হায়বকই, "লাক্লব্রা?"

"ইচেম্বু লৈতব্রা ?"

"মা লৈতে, মানা নঙগী য়াদু ঐঙোন্দা শিন্নবল্লবনি কয়া চায়বা?"

"চনীদনি তাদা ।"

নুপাদু হৌগত্তুনা অতোপ্পা কা অমদা চঙলুবগা লুপা চাম্মাচংশী অমখক ইপাক পাক্লা পায়দুনা থোক্লকই। নুপাদুগী খোঙথাঙদুনা মতাঙ্গোমদা চুমহ্রি অসুম নক্লা চঙশিল্লক্লিবদু কবিনো খাল্লিরে, নুপাদুনা থোইনুগী মখুৎ পায়দুনা থোইনুগী মখুদা জ হাপ্লকই, "সে, সি পায়শিল্লু।"

মঙ হাপ্পুম্না থৌদোক্লুনা পুক্নিং হকচাং চোকথব্বী থোইনুবু মীকুপ অমদি ইপক্ত পঙশিনহল্লি। খুৎপায় চেংনা পায়বিবা খুত্ত তপ্প তপ্পা চিংশিন্দুনা চিংনা থোক্না য়ুক্কুনা হায়বকই, "নহাক্নমখৈ খঙদে থোইনু, নঙগী নাতোক্নসিদি পীক্তক তৌবদনা ওক্কোক্লা বাশী লৈবমখ্রে, ঙসায় উটৌবনি নহাক্নমখৈদি য়াই হোক্লিবনি হায়দনা কোকশেৎ-ও কবি-ও অসুক ফজবা নলকসি লোৎশিন্দুনা হেক থম্লম্মী, পান্দ্ব্রংে সিবু অমেন্দ্রদা ।"

কল্লবা পাম্মোম অর্দুনা থোইনুবু হুপকোন কোনশিনখি।

চবাম্নববা শাজাওদুগী মকোলদুদা মখোঙনা থোঙনা চেনশিল্লুরবা শক্তি অমোমদুগী লাইবক্তু কদোমদা লীৎকনি? নীনি হম্নি চাবক তুম্নক্তেবগী খোনশি চেল্লবা খোক্তেলদুনা খরা কপচ-লাউজবদু থাবদ চেক্তী ফক্লাংশিংদুনা খবমখৈ খোৎশিনখীখি মদুমঙায়।

মপু পান্দবা লৈ হেক্তীংবা মীনা অপান্না মওংদা মনীংতম্না হেক্তংপদা থিংবিনবা

কন্না লৈবোই মশুনা চিংনবা লৈতনা চৎখিবা থবক্তি। থৌদোক অদুগা থোইনুনা চেকখায়বদা মথম্মোয়গী মযিল্লিংদগী চেন্থরকপা মপিল্লিংদু খিক্লেবা ওমখিদবমুক লোম্বুনেংনবীত্রবা মলাগী ইচ্ছংকীদমক মলাবু শাউথোকচনবগী পাজনসু লৈখিদে। মদুমি লায়বদুনা থোইনুনা থৌদোক অদুমক থোকখিদে হায়বগী মশামক্তা শাক্তী ওইক্লাংখি। নুপানা পানবা সমাজ অসিদা মতোমতনা হক্ক-হয়া মাঙজবদু মহাক কনম পান্নুনি' মহাক নুপীনি। মদুসু মদুনি অদুগা লাইমক্তা তাইংপিরবা মীওই খুদিংমক মনাদা শেচাক থাঙবগী হৈনবী অমদি মচৌশানা অদুমক লোয়নগনি, ।

ফনা' ওইদুনাসু নুংগী ওমচাক্লবতনা তাওচংনবক্কদা থম্মোয়দুনা ঈনদুনা নুমি ঙম ঙম্না থোইনুনা মনা মনি নাইদনা মফমদুবুদি অদুমক থাদোক্লুরে।

নুমিতুদগী থোইনুনা লমিতাগীদা চঙ্ক্ষকম লৌদুনা লৈবকখিবা মতমদু ভুসিদগী ১৪ শতাব্দী মমাংদনি। থোইনুনা লাইদাংফম নিকবদা লমিতানা মহাকপু মনাওদা মনাওন্থম ওনাম তবাম্মা কোনজিনবীখিবদু থোইনুনা ইমুংদগী ফিনু-ফিজাম, কোনফেত্ত নাইটেনুনা মপুক্কি তিংনবি অদুগা লমিতানা থোইনুদগী কাপবা মতেং লেপ্পুনা যংজিনবীনি হায়বগাদি বাদু য়াম্না তাইওয়বগনি। মবমদু মখোয় অমনা অমবু শকথঙনবনি। ওমঙ্গীংতাউ ওইবা মতৌতনা যোম্বরী নুপীদুমক্তী মপুরোইবদুদি খাদমফম শুণ চেনবা মীলক শোয়দনা ওইবম্ফম থোকপনি, মহাক্তী নুপা য়াইমশুদ্না, তায়া লৈবম্না তাবগী যন্দ্র শুন্না কাবামচাউবা মী ওইনদি লমিতাশুন্না নুপীগী মপু ওইবা হৌনদে হায়বা থোইনুগী অচেৎপা থাজবদুতনা থোইনুনা লমিতাগী নুপাবু ভুসি ফাওবদা মথীংনা চক্কংনা অমুক ফাওনা য়েংজবা ভুল্লক্কিবনি। লমিতাখোয়গী থোঙ্গাল ময়াদা দুকান ওইনা শাকবা কা অসিমদা থোইনু মমা-মচাগী মপুং ফাববা ইমুং অমা ওইদুনা ভুসি ফাওবা ঈংনা টীক্কা শাজবা ভুল্লক্কিবসি ইমুং অনীসিনা চানবিবা অমদি কি-চক্কোইনা লোয়নবা নিয়ম অদু কায়দনা চংনবদুতননি।

ভুয়া চৈগৎতুনা মমায়-মমীং পুন্নং লংনা থোইনুনা মলাগী অমদি লমিতাখোয়গী ইমুংগী থবকশিং লোইশিন্নবা হোৎনরিবদু মচানুপীনা মতেং পাংজি। ভুসিদি থোইনুগী থম্মোয় হায়ফম থঙদনা শোম্বুরে। বাবিংগী বাথলদদি উক-উকনা থন্নু-থন্নুবা খুদিং বানবগী মচাক্তা ওইবকপওমই। ভাকপি-শেনবিনবা লৈত্রবী মচানুপীদুনা মপোল-মতাং ফনা হম-হম ঢাউখংলক্কিবদু লামশিন্দুনা থন্নুবতদসু থোইনুগী পুক্কিংদু অমুকসু ইবাও লাওই অমুকসু ইপত্ত পঙশিন্নি। মমাদুগী তুফক-তুফাইনবা মতৌদুনা মচাদুসু মতু ইপোন পোল্লে। চংলমদাইদা মচাগী মকোক্তা

ঙমন্নদুনা মথুংমক্তা মচাগী মচীন মেনশিনখিরে । মনীংতম্বা লাইবকী নীলাসিনা পুক্কিগী লইবকতু ইনবদা কেল্লক্লবী মহাকপু গুসিদি মপূং ফনা হাত্তোকপীরে ।

মচাদু মথাদা চেংনা কোনশিনবীদুনা খোইহনু থম্মোয শেম্মা তেংথাম্লক্লে, “পেল্লো পেল্লো, হে ঈশ্বর' নত্ত পেল্লো, অতোনবতসু তুহৎলপা, অশোনবতবু হাংলগা নহাক পেল্লো নতুদি অকনবনে, নত্ত পেল্লো চপালপা নখোয় পেল্লো ।”

অসুম কপ্পগী মপা অদু ইরেক লেকথবতুনা কাংথোলগী নাকলদা অসুম নাম্বকই খোইহনু কৈমায়থক্তা চপত্তিংনা হাইথরে । পেরি-পেরি কৃষ্ণ যেংলম্বা জ্ঞান তাক্লিবা অভাং অনীদু মাথাঙ্গ খঙ্গদনা কপখৎলকই। মমাবু যেংদুনা মখোয়না খোংঙ্গল বাংনা কপমিন্নবিবদু মমাদুবু তারিগদ্রা'

## অহীং মমৈগী থাবল

নিংথমথাগী য়াচঙবা মকুহনি। মৈ লাক্তে। মাবকৈ মরি পুংময মন্নবা, পুমচাক চিক্লবা ঈনবক মশাংদুনা মেমতোপ্পী কোকথক্তা চাউবনা ঋিংদোম অমা, খুংনা খাউ অমা য়াপ্দুনা নুংশা থবেং-থবেং হোন্না-হোয়া চেন্না-চেন্না লাকই। চংন চংনা কদোমদগীনো মহাক্না অসুম্না ঈনরক অসিমক্তদা চেন্ন-চেন্না লাকখিবা চঠী কয়াগী মমাঙগী মন্নবা নোংজুগী অহীং অমা খঙহৌদনা নীংশিংলকই। নোংমা পুজিগী পন্দুপ অমগী অবোইবা নুমিৎ অমদা নোংগ্লনা মহাকপু দণ্ডি পান্দুনা থাবকখিবা লল্পী অসিদা ঙসিদি মহাক পুজিগী অনৌবা পন্দু। অমা হৌজনবগীদমক মংখোঙনা থোংনা লাক্লি।

শাংলবা ঈনবক্তুগী লোইশিন্নমদাই কোদ্বোঙ যমদনি মহাক্না চঙলক্লিবসি। মচে অস্তৌবীগী মমনি। নাক-মেং মেংলুদনা মথং-মথং চঙশিন্নক্নুনা চাকলঙ মৌশিন্নকই। থাল্লিবা থাউমৈদুগা ফুজাগী মৈঙাজদুগনা চাকলঙ অদু মপুং ফানা ঙাজহনবা ঙমদে। ফুজাদা চীশিং লুমদুনা কন্নিবী অস্তৌবী মহীং-মনা কংত্রে। কিক-কিয়াং খুমদুনা চঙলক্লিবী নুপীদু মেক উবমক্তদা মখক-মখা লাকশিনবা হানা

থোকই। শিগুম নৃকচিন্দুনা মূন্না ঙাইহাক চেংনূমগা ডম্লগ্লা হংলকই, "কনানো?"

মেমতোম্বী পাউখুম পীরকনা মানা পুন্নক্রিবা পোৎয়োমদু হান্না থমই। মথুৎনা মান্নকপা খাউদু লৈমায়দা থম্বদা থোক্লক্রিবা মখোলদু তেকশিগুম্বা কোনগী মখোলনি। মহাক্না তৌরিবশিংদু য়েংন-য়েংনা অত্তৌবীনা খোঙ্গেল থম্না কনখৎনা অমুক হংলকই, "কনাগ্নোগে?"

"ঐনি।"

দ'গুম্বম খুন্নক্রিবা পাউখুমদু তাবমক্তদা পঙ্দনা মখা তারকই অত্তৌবী, "ঐ হায়দি? তোম্বী?"

"মাগ্নি।"

হন্দক্তি মেমতোম্বীগী খোঙ্গেলদু নীক্লপ তৌবকই। মমীৎ-মনা খৎশিং 'লংগৎলকপগুম অত্তৌবী মেমতোম্বীনা পুশিন্নকুনা থন্নবিবা পোৎয়োম-চৈয়োমদু হাপ্পা অমুক য়েংলকই। মহাক লৈতানা ফম্না ওন্নক্তবগুমই, নূকথবিবা মেমতোম্বীগী মমাংদুদা শংন্ত্রিক য়েংলদুনা হায়বকই, "কৈদৌরে' কৈদৌবা মাওবে?"

মেমতোম্বী চঙশিন্নকুনা ফুক্লাগী খাংমদা মচেগা মায়োক্লনা তপ্লা ফমথবকই। ভ'ইহাক তুমিন লৈকবগা তপ্না তপ্না খা হায়বা হৌবকই "সিদগী থীদ্দুন্নবদি নাইডে চাদবোই'না ঐ মূমদুদগী থোক্লকবনি ইচে ।"

"কবি হায়বা তোম্বী?"

"নহান্দসু লাক্কনা থোইবগা খবী লানবন্নবদুনি । অহলদু হন্দক্তি মাগদবা মাংগ্রে। মমাঙদসু অনী-অহম্লক হুববনি কোয়চেন চেন্নবা। হৌজিকপুদি চৈগৎ-কাথৎপা ঙমদ্দবমক্তি নংত্রি, অদুবু চানলা তোপ তুম্নবদি ঐসু হন্দোকপা লুগদৌরিবনি তাঙ্গা অসি নাম্বোকখিত্রিঙ্গেদা মমান্না ঐবু চেলহৌবো হায়দুনা তান্নক্রবনি।"

"কনানা তান্নক্রিবা?"

"ইচে, মূমথাং-কৈথংনবা লৈমিন্নরিবা পুন্নমক্লা ইমুংদুগী খরী পুম্না লোইনা থঙই। পুন্নমক্লা ঐগীদমক তাবিদুনা অহলসি লৈরিঙ্গেদা ঐগী লাকগদবা উপাই য়েংহৌনবা হায়বিদুনতা লাক্লিবনি।"

"ঐগী মীদগী অতোপ্পগী খানা লুখবনিনে নঙনা হান্নখিবসিনদি?"

"ঐনা ঙসিফাওবা ইমুংদুদা লৈরক্লিবসে মীতোপ-মীয়াম ওইননি। মূমদুদা লৈঙৈ হায়বতনি কনানসু ঐবু ইমুংদুগী মী ওইনা খনখিবা নত্তে । হৌজিক্তসু অহলসি

লৈবগী তৃমিন-তৃমিন লৈনরিবনি, অহলসিনা হেক লৈখিদবদা ঐগী কনাসু লৈররোইদবনি, মীনা ভানম্রিঙেদা ইশানা খঙনা চৎহৌবনা কত্রা খন্দুনা ঐ লাক্লবনি ।"

অমুকসু ৱারৌবগুম অমুকসু ৱাকৎপগুম ভৌবা মেমতোম্বীগী ৱাহৈশিংদু ভারন্নগা হেন্নদুম খোয়রাঙ খোয়লাউনরকপগুম ভৌনা অঙৌবীনা হায়রকই, "মীন' মুম মৈ থাও হায়রবসু থাদৌরিনে নত্ত? মী হাৎনু হায়বসু হাৎভৌবিনে? নপুক্তি ভথায় হেন্নকবা ফাওবদা নঙনা না-পু অসুক যাম্না তাত্রিবসিবু করিগীনো? অনাবা মীবু হন্দোক্লগা চেন্নকইসিবু নঙবু কবি ধর্মনো?"

মচেনা খোয়দৌ থীংপমখৈ ঙাঙলক্লিবা ৱাদুদা থোইনা নাচঙদবগুম চাক্লিব' মৈদা মমীত্ত ইভাউ ভাউনা য়েংদুনা মেমতোম্বীনা হায়বকই, "মীগী ৱা ঙাক লৌক্লবগী ৱা নত্তে, ঐ যাম্না মুম্না খল্লবনি। নোংমা নুমিৎ অমতং ঙমদদুনা লৈবদ' অহল অসি নত্তনা হন্না য়েংবীনবা জীব অমা লৈবা নত্তে। ঐগীদি। কাল্লি'ঙ হৌক্তিক্লীদা খনবা য়াবা নত্তে, হয়েং শোন্নক ঙন্নক্লবা মতমদুদা ইতোমতা ফমুংদা পত্তুনা শিক্তগদৌরিবনি।"

মীকুপ অমতং ঙাঙবা লেপ্পুরগা অঙৌবী মেমতোম্বীগী ৱাদু থোইনা ভাকদন' মানা ঙাঙগদবদু অদুম্বক মঙাঙলকই, "অদুক নুংঙাইনা লীংথিনা, খুয়া তুম্লিংন' হিংবদু পামত্রদুনা নমং থিবা লাক্লবনিনে নত্ত, হুইবু দোলাই তোংহনবগী থৌদৌদুনি নঙগী নতৌসিদি' নশাবু ইবাং থোক্লবগী মবমতা ওইহন্দুনা লৈবসিবু, নঙবু কাবিমত' ইকায়দবসিবু কবিনো ?" ঙাম্বন-ঙাম্বনা অসুম ভদ্বকপগুম খোঙ্গেলদু অসুম ভপথবক্লনা মৈমদদি মথন্ত্রা শোঙ্গবগুন্নকই অঙৌবী।

মেমতোম্বীনা খোঙ্গেল ইফুন ঘুম্না মপৃক্লিংগী লেমহৌবিবা ৱাশিংদু কাঙথোকপা ভৌবকই, "মীগী মমুমদুদা ইচা য়াওদবী নুপী ঐগী অধিকার করিনো হায়বা নচা পোকপা নখোয়না খঙলোই ইচে, মমাঙথক্তা নংত্রবা ইকায়বদু হৌজিক অমুক নংবা ঙন্নরোই, হঙ্গিন-হঙ্গিন চাং ভাবা ঐ পামত্রে, ৱা য়াম্না লৈরি, মসি নত্তনা ঐগী উপাই লৈত্রবনি ।"

অঙৌবী খোঙ্গেল খংকন কনখৎলকই, "কবি ৱানো লৈবিবনো? ৱাদো হায়রো?"

"ৱা হায়ববু, ঐনা মুমদুদা হেক লৈকম্বা নুমিত্তুমক্তদগী মচা পুন্নমক চাকথুম খাইদোক্লত্রিবদুনি অদুবু ঐ ইকায়বদু ইরায়বক্লীনি খন্দুনা ঙসি ফাওবা থাঙলক্লবনি।"

"হোয়নে, নঙ লাকপদগী মপা-মচা তোঙান চনরে ঐ খঙজিনে। অমুবু ইকায় হায়দুনা মদুবু অমুক হন্দোক্লুবা য়াব্রো, ? ঐখোয়না মখোয়গী মপা অদু কাদুনা নঙবু পীরকবদি নত্তেদনা! মচানা মচানি, মমৌনা মমৌনি, অহল অদুসু মাগী মরূম কোইবিনবা, মরল ময়ামদু শেমবিনবা, মাগী সেবা তৌবিনবা অতত্তায় ওইবা মী অমদি শাপ্পনিনা মদামক্লা কোয়থি খিজরকপদুনা নঙসু নরায়বক্লা তন্নুদুনা কোক থেংনরকপগী য়ানি, নংত্রবদবু নুপীনা নুপাবু কারুবা ওন্থাও হৌজিক্কুদা নঙনা মদু কোথোক্লক্রিবসিবু করিগীনো?"

"মদু কোথোক্লককপা নত্তে, অহলসিপী মিংদা হৌজিক করি লৈরিবগে হায়বা ঐ খঙদে ইচে, লৌ-ইংখোল, দুকান পুম্নমক লোইনা য়েম্থোকনে। মখোয় মপা-মচা বা তায়বা, পীয়বা অমতা ঐ নোংমতা খাওকদে। মীনা ঐবু মচা-মমৌ লৈরবা মপাগুম্না হন্নুবসিদা মরল পামদুনা লৈরক্রিবনি হায়নবদুগুম্না মচা-মমৌশিংনসু খল্লমগদবদু ঐ হৈনদে হায়বা নখোয় খঙলিবদুনি ইচে। ইচেখোয়না ঐবু পান্না অহলসিদা নমদুনা পীবিখিবদুদা ঐহাক শিবা ওমদদুনা লৈহৌরিবনি হায়বদি কনানা খঙবিবগে?"

হন্দক্তি অতৌবী মনাওগী য়ায়ৌ পূক্রৌনা থল্লবা য়াহৈশিংদুবু তরাই-তরাই কনথংপা শ্রমদবগুমই। মপুক্লিংদু খরদং হন্নানরকই। মনাউ অসিবু মহাক মুম্না খঙই। মচিন-মনাও পুম্নমক্তগী ইতোন তোনবী, কেথোক মৌথোক্লা হৌবকপী, মীনা লাকচবা য়াদবী মনাও অসিনা ওসি মাগী কনা লৈজগ্রবগুম মীগী শাইজিন শায়াদা তাংজফম কোয়থি থিবিবা মতৌ অসিবু মহাক্লা করম্না য়েংওমগদগে? অদুবু মীকূপ অমতং মনাউবু চিংনা য়েংলুবগা মহাক্লা মপুক্লিংগী ফীভম লোংশিন্নদুনা হান্নগী থোনকমদুনা হায়বকই, "ফনা য়েনথোকপ্রবসু য়ূমদুদা লৈবদা ভিক্ষাদি চংলোইদনা নহাক? সিদা লৈরগা কমদৌনা হিংগে হায়বিবনো?"

মীকূপ খরদং তুমিন্না লৈকরগা য়েমতোপ্পীনা খুন্নকই, "ওবাং মীনা সনা হন্দোক্লবগী শেল খবা থমজিল্লু হায়দুনা পিন্নরকই। মদুদগী মীপীং কুনদং লৌথোক্লগা ঐগী লনাই লৈজবা খরগা পুরকই, মসিনা শিক্সিফাওবা লেম্নবা করিনো করিনো পীয়হৌরগে।"

"হয়ে হয়ে' শেল হুদুনা চেক্লক্রিবকো' ইস' ইফায়ত্রেদা, অদুক পূকচেল পীক্লবা, নপুক্তি কনবীরকপা মীদুগী মরল হুবা!"

"হায়রগা লৌরক্লবসু শেল অসি হুদুনা পুরকপদি নত্তে, চংলমদাইদা অয়েন্না শেলদু ইশামক্লা থম্কম তাক্লক্রিবনি ।"

"কৈ-কৈ, নঙনা ফনি খনবদু ত্তৌ। ঐদদি চেন্নরক্কনু। ঐ শেংনা হায়হৌরিবসিনি।"

মচেগী ৱাদু তাবদা মেমতোম্বী শককম খংহন হঙ্কিনখি। হান্নদগী লৃকখনা লৈবক্রবা ময়ামদু খবগা হেন্না লৃকথখিদুনা মহাক ভূমিন লৈশিনখ্রে।

থাউমৈ মূথংত্রবা চাকশঙ মচিদুদা, লৈমায়দা থারিবা ফম অদুদা চাক য়াওব্রবা, ৱাখলনা লাকহৎলবা মেমতোম্বীগী হকচাংদু অশিবগুম্না তাখি। মশা অদু অদুক্কী মতিক চোকথবে হায়ববু নুংদা চাক্কিবা নীংঙমদবগী মৈচাক অদুদি অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। ঙসায়, মচেগী মচা থোইবনা য়ু ত্তাওদুনা হঙ্খিল্লকপদা, মহাকপু য়ুম্ন অসিদা উবমক্তদা উৎলকখিবা লমচৎ-ব্যবহার, ত্তাঙ্খিবা থোনচোপশিং অদু মহাক্কা মীকুপ অমত্তংসু কাউথোকপা ঙমদ্রি। মহাক্কা মচাদা মচাগুম খঙ্কবা মচেগী মচা অসিনা মতম কুইনদগী ইমুং অসিগা মহাক্কা লৈনবকপা মবী থন্নবা থাজবা পুম্নমক ঙসি মীকুপ খবগী মনুংসিদা উং ওলহনখ্রে।

অহীং কয়াম থেঙব্রবা মেমতোম্বী খঙদে। ফনা হোৎনদুনসু মমীৎতু উইশিনু য়াদে। ঙসায় সন্ধ্যাদগী মহাক্কা য়ুমসিদা লাকখিবা লম্বীদগী হৌনা মত্তোন্দা কক কক খিল্লক্লিবা মাগী হৌম্রবা পুক্সিগী ৱাবীশিং অদুনা মহাকপু অমুক হন্না ওৎলবে। ঙসি মাগী ওইৱিবা পুক্সিগী ফীভম অসি মাগী হৌখিবা পুক্সিদা মহাক্কা শোকপি শেম্নবকপা মমা-মপাগী মফমদা লঙজাখিবা মৱালগী মহৰ্যানি হায়বা ৱাখলনা মশাবু ত্তাকপিবা ঙমদনা ৱাবৌজবকই। নহা ওইরিবা পুক্লুং থম্মেয়না অকিবা খঙাঙ্গ্রইঙ মহাক্কা অহল-লমনগী মায়োক্তা মপুক্সিবু নুংশিবগীদমক কথোকখি।

মহাক্কা কথোকচকবা মপুক্স অদুনা মপুবোইবগী মফমদা পোৎলুম ওইবক্কনি হায়বদি মহাক কবক্না খঙলুগনি। মকোক কুপ্রবা খুদৈ মত্তেক অমফাওবা য়াওদনা ইঙাও ত্তাওনা মীগী ইমুংগী মৌ ওইকববী মহাক্কা কৈবোল-লৈকাইগী মীনোক, মনেম-মকুগী অওৎ-অনৈ কয়াবু মপুবোইবগী চানবী হিংমেংথক্কী মকম থুপচদুনা মোমোন নোক্কা খাঙজখিবনি। অদুবু লাইবক্কদি মহাক মমা ওইমু হায়বসু তম্বীবমদ্রে। নুপী অমা ওইনা মশানা মেনখৎচবা ঙমদ্রবা মশাগী অৱাংপা অদুত্তনসু মৈশা লাংহন্নবি মহাকপু মাগী নুপামক্কা থোঙথাং খুদিং অশোয়বা থিদুনা ওৎ-নৈখি। মৱায়বক্কা পীরকপা চৈথেং খুদিংমক মহাক্কা মনা-মনিল নাইদনা খাঙজনবা ফনা হোৎনদুনসু পুম্নমক অরেপ্পা তাখি। ইকুই কুইদনা মাগী নুপানা মহাক্কী মফম শিলহন্নবা অত্তোন্না নুপী অমা পুদুনা লাকখি। মহাকপু য়ুম অদু থাদোক্তুনা চংখিনবা মচীলমক্কা হায়রকখি ।

মহাক মীকৃপ অমমকাওবা পন্থুমদনা মকমদুগী কন্তাওননা চেহেন্নকখি। অদুওম্বা মতমদুদা মথৃংমক্তা খিংজিঙরন্নবা মপামগী খোঙ অদু হাংদোকপীনবা মহাক্কী কনাসু লৈখিদে। মমাওন্নবী মচে অহল অদুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মচেগী মখোঙ কোন্থুবা নত্তনা মহাক্কী মতোম্মা পাম্বৈ অমা লৈখিদে।

চহী অহুম্নি মহাক্তা সমাজগী মীনোক মীশা মরক্তা মচেগীদা নৈশিন্দুনা খাত্নখিবদু। নহা ওইবগী ইকায়-হন্জোই থাদোক্নুনা বানা হাজিরা চংলুরগা মিশেল খাত্তদুনা লেনখিবা হৌন্নবা অহীংশিং অদুগা ঙসিগী অহীং অসিগা অমতা ওইশিন্নখিবগুম তৌবকই।

মহাক মকোক অদু পূমশা শাগংলকই। হীন্নম্বদগী হৌগংলকই। মমীং উইলিন্দুনা স্নব চাউনা চাউনা হোন্দুনা ফময়ায়দা ফমদুনা কনা কুইনা লৈ। থবাক অদু ইফুন ফুনবগুম তৌরকই। কদায়দনো ওহাক্তং চখোক্লীংলক্নুনা কাম্মল হাইদোক্নবগা বম্বৈকই  খোইবা তান্নদি  ।' তপ্পা অমুক হীপথবকই। নান্নবা কাদা মোনদুম মোনতেক্লক্তা ঙবাংদা য়াহীপ য়াতাবম্বদু নীংশিংলকই। অহলদু মমীংতা উবকই। খন্নকই-- কনানা ফম থাবমগনি। অদুক কুইনা লৈমিন্নবকপদুদা নোংমতসু বা কন্না ঙাঙখিন্নবা অহল অদুগী মীনুংশি, মৌজালবু মীবাযদুনা ঐনা তৌবিবসিবু চুন্নিববা'  ' মেমংঙাগী মশাবু চৈজবকই। মহাক্কী কাং-খোং চাইববা পুজিবু ভাশিন খোমাজর্নবিখিবা অহলদুবু মপৃক্লিংদা খুকমজবকই। অমম্বদা য়েংলিবা মমীং অদু চীবা চেন্নকই  ।

ইংখোল চসিগী মচী অমদা যৃম্ফম মচেং অমতং শীবিনবগীদমক মহাক্তা মচেগী' মচা থোইবদা লেল থীখিবা ফনা কুইন্নবনি। উ-টিননচিংবা য়ুমগী মচাক মথুম পুবকখিবা থৃদিংমক্তা থোইবনা অমুক্তসু য়ানীংদবা উংখিদ্রি। অসুক কুইবসি মন্দোমচা অসিবু মবল কৌথোকপিদুনা ওইদবদা থাজহন্নন্নগা ঙসি চিববা তানফম আসদা মহাক্তা মন্দোমচা অসিদা মীওইবগী মতৌ মান্দবা লীচং উংলক্লি। মন্দোমচা অসিনদি মশাগী মিংদা ইংখোল নামা শানবা-পান্দবা লেমহৌন্নিবা মপুজি মতেক অসিতবু মখোয়গী মকম থুম্না হিংজবা ফংহনবিদুনা হয়েং শিববা মতমদা মশা থাংদোকফম ফগা মচেং অমতংবু মহাক্কীদমক শীবিববদি হায়বসিখক খঙরম্বনি। নিংথমথাগী অহীংসিদা লৈপাক্তা হীপ্পিবা হকচাং অদু ওন্নাং-ওনশাওনরকই।

মথংগী নুমিংকী অয়ুক্তি। কোম্মোংদা কার অমা থান্নরিবদু অঙৌবী মাজোলদা ফম্ব-ফম্বা উই। কাবদুদগী নুপা অমা নুপী অহুম মথং-মথং কৃমথরক্নুনা তুংখো-মরুথা

চঙলক্লিবদু উবদা অশ্তৌবী কল্লমদগী হৌগৎলকই। লাক্লিবশিং অদুনা নকশিল্লকপদা, মখোয়বু নকথঙলক্লদুনা অশ্তৌবীনা তরাম-তরাম ওক্লদুনা কৌশিল্লি, "ইমুংঙোখোয় লাক্লিবরা? চঙলকউ চঙলকউ ইমৌশা ।" অদুগা ইমুংদা ওনশিন্দুনা অমুক হায়খি, "কিদা পুবকউহে অঙাংশা।"

মহাক্না ইরাং-লাঙবদু তাবদা মনূ-মমৌ পুন্নমক খোক্লক্লুনা মাখোলদা পুন্নরে। ইমুংদগী পুখোক্লকপা মোড়া অমদি হায়না থাদুনা লৈবন্নবা ফক অদুদা লাক্লিবশিংদুনা কমথখিবগা মাঙ থাদুনা চঙলকখিবা নুপাদুদা ওনশিন্দুনা অশ্তৌবীনা ঙাইঙমদনা হায়রকই,

"নমা লৌবা লাক্লিবা নংত্রা নখোয়বো পুত্রো পুত্রো, ঐখোয়গীসিদা মাসু হৈনবা নংত্রে," মনূ অমদা শমথখি, "ইবেম্মা, নবোক্তু কৌথোক্ল।" অদুগা লাক্লিবশিংদুদা ওনশিন্দুনা অমুকসু হায়বকই, "ইচা-ইমৌশিং লাকপসিদি কবি চানি তৌবিসিদি ।"

"মাজবে ইমাবোক, কবিবু চার্কনি হায়বগে ," নুপাদুনা খুন্নকই, "ঐখোয় ইমাবু ।"

"নমসে," অশ্তৌবীনা তাপ ওক্লকই। মহৌশানা শ্রান থবা অদুম মরাংলক্লবনি। নখোয় নমাবু রাবৌগনুকো ইচাশা, নখোয়না মাবু যান-যানবা থরা য়েংন য়েংনা লোয়নবিয়ু। মাগী হায়ববু নখোয় নত্তনা কনাবু লৈবিবগে? অপঙবা মী লোয়নবসে রাম্ববনি মাগীদমক ঐ অসে শিবফাওবা রাগদৌবি। নত্ত বাক্লীগী মথুকসু নখোয়না থবা কাজিল্লু ইচাশা।'

"বাক্লী কবিসু খোইদোকপা তৌদেদা ইমাবোক, মদুগীদমক খোইনা থনবিকপানু।'

নুপাদুগী বাঙাঙদু তাবদা অশ্তৌবীগী মায়খোঙদু ইঙান ঙাস্লোবকই। তান্নকসিদা মেমতোম্বী ইমুংদগী হৈনীংদনা খোক্লক্লগা খোঙবাদা ঙাদুনা মমায় লুকক্লনা লেপ্লবি। মাবু উবদা মমৌ অহঙনা নোল্লকপা খোঙ্কেলদা রায়বকই, "খোকশিবকও ইমা, ঐখোয় ইমা লৌবা লাক্লিবনি।"

মেমতোম্বী কবিসু খুন্নক্কে। মফমদুদা মচী লেঙদনা অদুমক লেপ্লুনা হৈ। মহাক্না মশাগী খোং ফোঙদোকপা রাহে অমতসু হায়বক্তনা ভূমিন্না লেপ্লুনা হৈল্লবদুগা কনাসু মথা তাকম ফঙনদ্রদুনা ঙাইহাক্তি মফমদু ইচীক চীকই। তাঙ্গাসিদা নুপা অদু ফল্লমদগী তপ্না হৌগৎলক্লুনা মেমতোম্বীরোম্না খোঙকাপ অনীদং চঙশিল্লক্লগা খুক্ল-খুদক কৃদুনা

মহাক নোয়া হায়রকই, "ঐহাক মুখমজরি ইমা, চৎলসি .।"

থাজদ্রবা যৌদৌদুনা মেমতোম্বী মীকৃপমুক্তি জন মাঙলুই। মহাক চুম্না লোয়া ওন্নবগুম মশাদু ইহীক ফিজৎরকই। মমিংতগী মচানুপা মিংথোল কংলিবা মশামক্তগী চহী অনী হল্লিবা নোংমতা মচান্দা 'ইমা' হায়না কৌখিল্লিবা নুপা অদুনা গুসি খুগ্গ-খুমক কুম্মুনা খুম্নরকপদু তপেনো মক্তোন্দা মগু-হু ওইনা থোক্লে। মহাক ময় হেক্তি হায়বা কাউদ্রে। মীতম অদুগী অচীকপদু থুগায়দুনা অথৌবীনা মেমতোম্বীবু চৎনবা হায়গ্গবদুতদা মহাক মগুমগুনরকই। মীকৃপ খরগী মনুংদা মহাক্লা চাউদ্রবা খারেপ অমা লৌদুনা থাংলকপ্রিবা কল্লবা থোক্তখাউ অদু তঙাহয়কদনা হন্দোক্তবা য়াদবদগী ওইরক্লিবা মীতম অদুগা তাইশিল্লনবা মহাক্লা মশাবু থেমজিল্লরকই। মীকৃপ খরদং ভূমিয়া লেপ্পল্লগা ইমুংলোমদা তপ্না মমায় লৈশিনখি।

মৃমদু যৌরকপগদি মেমতোম্বী হায়গী হায়গুম ইমুংগী থবক ইনখাং, অহলগী সেবানচিংবা নোংমগী তৌগদবা মথৌশিংদা মশাবু চিনহনদ্রে। অদুবু মাগী পৃক্লিংদি মীকৃপ অমতসু লৈতাফম খণ্ড্রি। ওবাংদগী চেংনা কিদুনা থন্নকপা কিজিগী কিপি অদু হৌজিককাওবা থোক্তি। মহাক্লা মদুবু মীকৃপ অমতসু কাউথোকপা ওয়ড্রি। হেক লাকপদগী খাহে অমতা ঙাওনরক্লিবা অহল অদুগী মকমদা খাফম অমতং কল্লা ফোঙদোক্লীংদি। খা ঙাওগদবা অহলদুনদি করিগুমদসু খা হৌদোক্লক্লোয় হায়বসু মহাক খণ্ডই।

তৃন্নমদাই যৌবদুনা ফম-নুং লেমজিন লেমজিন্না মহাক্লা লৈজবা পাকল পৃন্না থোমজিন্দুনা খা ঙাওনবা হোৎনবিওঁ চৈরক অদুদা অহল অদুনা তৃন্দফম কা অদুদা লৈরিবা য়োংকী উপু অদু হাংদোক্নুনা চে খন্না পুৎথাক্লকপা মহাকী মনাক্তা চণ্ডলকই। অহলদুনা মনাক নকশিল্লা লেপ্পরবদা মহাক মমায় হুনংতুনা অহলদুদা য়েংলকই। পুরক্লিবা চেদু মখুত্তা শিন্নরদুনা অহলদুনা থোক্লেন দুম্না হায়রকই, "মসি লৌশিন্নু মথাখং' ইংথোলদু নহাকী মিংদা থব্রনি ।"

মাগী খাখলনা লাল্লা কংল্লবা, খল্লদগা পৃমওন ওল্লবা অহলদুনা হায়রক্লিবা খা অদু খুদক্তা লৌশিনবা ঙমদ্রদুনা চে অদুদা মুম্না য়েংদুনা লৈ। য়েংন-য়েংনা খংনীং নীংশিংলকই—মতম খরগী মমাঙদা নোংমা মহাকপু মখুংকী সহী তৌহনখিবা চে অদুনি।

"সে ঘসিসু পায়শিল্লু ।" মতম পৃন্নদা নুঙনদা কিমুনা থন্নকপা উপু অদুগী লো অদুবুসু শীয়দুনা অহলদুনা অমুকসু হায়রকপনি।

মীকুপ অমনীদং রাখল লম্মাঙনরক্কবগা থুনমক হল্লিল্লক্লুনা মেমতোম্বীনা হায়রকই, "নত্তে, নত্তে, ঐ শো অসি শাল্লজরোই. ঐনা ঙবাং পুক্কবা শেলদু অসিদা নৈরে ।"

মা ঙাঙনা ঙাঙনা কিশি কিখিবা ফিজি অদু খিবকপদা শূংশায় চেংহৌড্রবা শোক্কে অদু নৈমায়দা তাখি। মেমতোম্বী শোক্কে অদু থম্মুবা তৌদনা চে অদু শেগাদা যেপশিল্লগা মহাক্কা চেংনা কিশিনম্ভবা ফিজিগী কিশিদু থোক্লবা লাক্লবিত্তে অহুম অদুদি মহাক্কী মনাক্তগী তপ্র-তপ্রা হন্দোকখ্রি। কিশিদু থোক্লুনা শেলদু পীগদবগী মহাক্কা মমায় লৈখত্তুনা মেংলকপা মতমদুদদি অহুমদু ফমুং কাখৎখিবল্লে। তৌফম থঙদনা ঙাইহাক লৈকল্লবগী তুংদা লৈবাক্তা তারিবা শোক্কেদু তপ্রা খুনগৎলি মেমতোম্বী। শোক্কে অদুবু কিবা লুগুণ কয়াবুদি মহাক্কা কয়াবক হম্না শূ-চম্বক্তে অদুবু শোক্কে অদুবুদি মহাক্কা কৈদৌনুংদসু শোল্লুখ্রি। মহাক্কা অদুক্কী মতিক কি-হজোইজবা, মতিক-মগুণ কৈববা শোক্কে অদুবু মেংন মেংনা মমীং অনীদু পিবাংনা থূমহুংলকই। বাংথোই চাউথোইববা উপুদুগী মায়কৈদা মহাক থোঙথাং তপ্রা চঙলিল্লকই। মীকুপ অমনীদং উপুদুগী মমাঙদা লেপ্পুনা লৈকবগা উপু অদু তপ্রা হাংদোক্লদুনা মখূৎনা শায়বিবা শেল অমদি ইংখোলগী চে চাং অদু উপুদুদা হাপচিল্লি। উপু অদু শো লোনশিনখি।

মপান্দা থাবলনা ফিত্তো ফৌবি, ঙবাংদা ওমচাক্লবম্বা অহীংদুনি হায়বা কনানা থাক্কগনি ।

## লৈকংদা নাপ্পুবা

মপোকতে মরা পেংলক্লবী অঞ্জনা মীখানখিল্লবা নিংথেমচা শান্তৈলনা লোকশিল্লুরে, ইনখংলকপদা ফজরবগ্গা শক্তী, লৈবগ্গা সজগী নাপঙনগা পাক থাদোকপা ওমদবনে, মতমসিনগা মতীক চাবা নুপা অমতং হীদাক তৌগে থিবদা ফংজিল্লকরবনে, মতম কুইনা পুন্সি মথা চথকম খঙলক্লুবনি। অঞ্জনানা ফি নাম্লা গাড়ী তোংদুনা ওফিস চংপা যেংগুমদবা, মযুমদি পানশিল্লুমলা মুদ্রান মথোঙদি চাম্লবা লৈকায়গী মৌ নহাশিংনা অঞ্জনাবু 'নুপা খল্লিত্তেদা শীংহৌবনি' হায়বা পাউথোক অমসু কল্লক পেম্লা থোকচিন্নবী। মথোয়না হনা থোকশীদুনসু মুদ্রানবদা, উাজ কাও, উচেক-বায়া, শা-মগগুম থেংনবা অমগা হেক পানবদি সুকপাম হেক পামজন্দবনিনা অঞ্জনা অসুক কুইবা মতমসি থপ্পোয় খুতুম ওতুনা থাওলক্লি। মীরা-মীশা মরকসিদা মহাক্ল খাইদগী থাওবা বাবাক্লিবসি অসিগুম্বা পুন্সি মতাং অসিদা ভগ্তায়কন্দনা পায়ক্লেনি মতাঙ্গুম ছিত্র লৈবা নুপানা মীংথেং চংলকপসিনি।

অঞ্জনাথোয়গী লৈকাইদা ইন্দ্রমণি কৌবা নুপা অমা লৈ। নুপাদু ওস্তানা নুপী

চেঙ্গুরগা থাইদোক্লদুনা খক্লদগী নুপীদু অতোপ্পদা ময়ুম পানখিবনি। মদুদগী মতম কুইনা নুপী থিবরোয় শিখাও খাওদুনা লৈরম্লবা ইক্লমণিনা চহী অনী অহমসিদা অভতাই ওইনা অঙ্গনাগোয়মদা মায় ওনশিল্লক্লুনা চপ মুংনা লেপ্লুনা লৈখিবসি অঙ্গনাগী খাইদগী থবায় চাকপনি।

অদুগদি হন্দক সুকথা হেক থাজদনা শীল্লক্লিবা ইশ্বরগী থৌশিল অসিদা অঙ্গনাগী থম্মোয় পেঙ্গবগী ওমথৈ লৈখিব্রে। মপা চাবা পুক্তি খোঙলোয় কংজবা হায়বসিদগী হেম্মা লাইবক কবা মীওইবগী করি অমুক লৈবিবগে' অসুক চিববা মতমসিদা অসুক কবা যব অমা কমদৌনা টাথহৌদুনা কদোমদগীবু থোংনককিববা, মীওইবা হায়বসি লাইবক্তুবু ভল্লল্লবদি কনানসু ককপা ওমদে হায়বদুমক থোক্লবমাক্লে।

অঙ্গনাগী লুহোংবগী পাউ তাদবা লৈকাইগী অহল-অভাং, নুপা-নুপী ময়াওদে। মথৌ চিনবসু কোন্নসু মাগী লুহোংবগী ৱাবী শানদবা য়াওদে। লুহোংবদুদি কুম্মনি। কবিগীসু কুম্ম ওইদনি। হৌজিক্কী মতমদবু সবকাবগী থবক তৌবা নুপা অমগা সবকাবগী থবক তৌবি নুপী অমগগী লুহোংববু ভজোপ-ভজোপ হোঙবা য়াবা ৱাবা' ইজ্জংকী ৱাফমনি। লুহোংবা নুমিৎ মভানি তবানি ৱাংলিংঙদগী অঙ্গনাখাযগী শজোয়দা, মাজোলদা থেন্দুনা থম্লিবা উপু কাংথোল, সোফা নুংফাদুদা য়েংবদদসু লৈকাইগী মৌ লৈলবী পুম্নমক মপৃক্লিং শীকথনগুরনি। অদৌবা থোক্লকপা পোং মচাদগী অচৌবদগী চাখবা লৈত্রে। লৈ কয়া, শীক কয়া, খুদোপ কয়া, খুজী কয়া - পুম্নমক মশীংদনি ৱাবীনবিবা। অমুক মাযাকে অমবোমদসু গাড়ী মশীংদগীনা চানবদগী শংলাক ওনবা ফিজগী, লক্কিনাদগী কেমেবা যাওর্দনি।

অদুগা কমদৌননো লুহোংল্লবা মতুং নীনি-হল্লিসিদা লৈকাইদা নিনফুং-নিনফুং ময়েক শোংদবা পাউ অমা শন্দোরক্লি — 'অঙ্গনাদো হল্লক্লনি পোং হোম্নাবা গাড়ী থাবক ওনা কোন তৌবকএম্নো' পাউসির্মদি অমদগী তাবগা অমনা ভম্বগ ইমান মায়্লে। ময়া ভ্রবদি লুহোংখিবদগী মপাম চাকফা ওবা কৌম্লবা অঙ্গনানা মপামদা হল্লক্লবগী মবম চাবা পাউদুনি। ভাবোক্লা কুম্মে নুংঙাইদা মতাংকা পৃক্লিং চঙনবা হৌনলানি, লৈকাইগী মী পুম্নমক অঙ্গনাগী পাউতবু অহীং নুংথিল নাইদনা পৃক্লিং চঙনা ভাইনবি।

হয়েংদি মপাম চাক্লৌবনি। ঙসাই অমুক নুপা ময়ুমদগী ফিক্কক চেঙবোন কাইবা মী লাকই। নুপী মঙাদু হৌনবী থবক পাঙথোক্লগা মনা মনিন নাইবমদনা অদুমক

চন্নখি। থোইদোকপা যশোদ-যঙাম য়াওবগী খুদম ইখিং অমতা কংদে। ময়াম্না খঙনীংনা ঙাক্লিন্নরিবা বাকমদু চেকশিন্না লোংশীনজবোই নীংনখি।

নুংথিল নুপী ময়ুমলোমদগী অঙনাগী মমা, মন্দোমচা, মনে, নুপী তরেৎ নুপা ময়ুমদা লাকই। অঙনাগী মমাইবেম্মা গজাশীজ পুম্নমক্তগী ছেন্না লাঙডক্রে। মচানুপীগী মবা ডানীংবনা থোম্মরাম্ভি। গাড়ীদগী হেক কুমথবগা মচানুপীগী মনাক থৌনবা ঙাইঙমদনা চঙশিন্নকই। অঙনাগী মনেম্না হয়াউ-হয়াউ ওকহৌরিবদু ঙহাক্তসু মাথোক্লমদে। লাক্লিবশিংদুসু অঙনাগী অনৌবা যুমদুগী মাথোলদা নীংথিনা থাবিবা ফিদাশিংদুনা কনাসু কমহৌনীংদে, গজাগী তুং ইন্দুনা অনৌবীগী কাদা মম্না মম্না চঙশিন্নরকই। চঙলকপগা কমুংদা অম-নী, মোড়াদা অমা-নী, অঙনাবু ইকোম কোয়শিন্দুনা ফমথনবকই। মথোম অঙনা নঙনা যুমদুদা লৈরম্লিবা মীশিংদু অমতা উদবগুম তৌই। লাক্লিবা থবক্তুদা থোইনা পুক্লিং চঙনদে। অঙনা মমা চঙলকপদগী কমথাম্লি। কম্মাঙদা মমায় লুকথদুনা লেপ্লিবা মচানুপীগা মাথোক্লনা লেপ্লি। অঙনাগী মাযথোঙদু নুংশুক নুংজাম্লে। করিমতা কে-মৌবসু তৌদে, মৌ অমনি হায়বগী লাইবক্তা চন্দন মচেং অমতসু নমদে। মচানুপীগী মশক উবদা মপুক্লিং থুক লাউথিদুনা মমাদি বা ঙাঙবা থোকখিদ্রে। অঙনাসু মমাগী ফীভমগা অমতনি। হায়নীংবা বা চবমদা পন্দুনা লৈখি।

মমীৎ ঈবা চেন, মচানবান তনীক তনীক মখুৎ অনী শাযশিন্নদুনা পিদোন্না লেপ্লিবী অঙনাবু যেংলদুনা মন্দোমচানা বা হৌদোবকই, "কৈদৌরগে অঙনা নঙবো ' নশক নচুগদু পুংমক মকশিনদ্রে, নশা নুংঙাইতদ্রা নঙবো?"

অঙনা খুম্লক্কে।

মমানা মশম-মনা নাম্লবিবদুনা তপ্না হংলকই, "কৈদৌরবগে ইবেম্মা নঙবে? করিনো নঙনা ফোনদা হায়বক্লিবদুবো?"

হম্মকসু খুম্লক্কে। মাযথোঙদু নুংঙাইতবগী মমিনা পুংলুম লুমদ্রে। মমাদু মখা তাবা ঙমদে।

মন্দোমচানা শমথরকই, "নচান নোংঙানবগী লাকপা নুমিৎতুদসু নশাদু ইহৈ হৈনীংদবগুম তৌহৌই, অদুগা ফোনদা হায়বকই হায়দুসু মরোলদু কজনা হায়রক্কে হায় ।"

তাঙাসিদা অঙনাগী মনেনা মকমদুগী য়াম্না লুশিনবা ফীভমদু থুগায়রদুনা ইয়াং য়াংনা হায়দোবকই, "আ নুপী হায়সিদি 'সি ঙাক্তনি ইবেম্মা, ঐথোয়সু

তৌরম্লিবনি। নৌমিংঙৈসিনিনে, হন্নদনা কাম্মথে, থাবল কথা অহাংকাসিদি চৈদুনা চেন্নীংলকপনি, অমা থম্লুই পূন্নিং নুংশি, অমা নীংশিংলুই থবায় নুংঙাইহৌতে, পিসিনা ভাখিবসিনা ভাখিবসিনা, অমুত্তোইবা    ওইহাক লৈরা অমুক কপ, ওইহাক লৈরা অমুক কপ, ওল্লোকপগী মতৌনিদা ননেখোয়নগা তৌরকপনি, অদুবু সুম থরা থরা চৈদ্রগা মথন্তা অসুম কজখিদৌনি ইবেন্মা, থম্না লৈন্নপদি নপামদা নোংকাদোক লাকপদা কুইনগা লৈথোক্লীংলক্করোইদৌনি, ঘুম ওন্নবা নৌখি তৌরিনি, করিসু খল্লুনু ইমৌসিদি।"

মনেগী বাদু ভাবিত্রা ভাদত্রা অঞ্জনা কম্মাঙদা লেপ্লম্মদগী কমুংদা ভপ্না কমথবকই। মমাম পূন্নমক মাগী লূকথম্নিবা মমাম্মদুদা মীংকম হোংদনা যেংদুনা লৈনে। ওয়থংবা মীংশাম্দগী পিরীক অমতং নাম্বকুনা কমুংদা নপ্নিবা খূংকী খূংনমদা ভপ ভাবকই।

মচাগী পি উবদা মমাদু ভপথবা ওন্নক্তে। খোঙ্গেল নীক্লা হায়ককই, "কৈদৌয়গে হায়বনি ইবেন্মা নঙবো, অশেংবদু হায়দোক-ও, ইচাগীদমক নমা লৈরি, মমাম লৈখি, কবিগী চিংনবিবনো, কনাবু কিবিবনো?"

মমানা হায়বা লোইশিনখিবগা মনেনা মতেং পাংশিন্নকই, "হায়মু হায়মু, নঙনা নুংঙাইত্রিবদু শেংনা হায়দোকউ, ওক্লিংঙৈসিদা করিনো কবিনো খম্নচৌগদবনি নত্তে নুপাসিবু কৈদৌবগে হায়বা?"

অঞ্জনা মপি তৈথোকই। মপূক্লিং ফাজিন্দুনা মমাম হন্নংলকই।

মন্দোমচানা অমুকসু মথা ভাবকই, "ঐখোয়না থঙচৈদবা থিবা বাংচৌবা মাগী অবোন-অথূপ অমা-অমকা লৈবন্ত্রা চায়বা?"

মুব শাংনা হোন্দোক্লকই অঞ্জনা। ভপ্না খুন্নকই, "ঐখোয়না থঙচৌদবনি, অদুবু অবোন অথূপতি নত্তে ইমাগী।"

"মদু নংত্রগদি    . ইমুংসিগী মীওইশিংসি তিম্নবা নুংঙাইতবগী বাবা?"

"মদু নত্তে।"

"মদুসু নত্তবা।"

মন্দোমচাদু হায়কম থঙদনা ওইহাক বাখল খন্দুনা লৈখি।

অঞ্জনাগী মনেনা লাঙতক্লবোই শাউনীংবোই তৌবা বাঙাঙদা চায়বকই, "অদুদি অঞ্জনা, ঐখোয়না নঙবু থাকদুনা নুহোংবিকরিবা নুপা অমি নত্তবা চীঙাক চবা, মতমগী লায়না নাবা    ।"

বাহৈ মপুং কাদনা মনেনা মা শাঙবা লেপত্রিতে মখৌনা কপত্তাঙদা থওহৌদনা হায়রকই, "মদুসু ওইরদি কৈ হায়রিবনি ইনেশী।"

বাসি তাবদা পৃন্নমক ইওক ওক্রে। অদুগা অঞ্জনাবি মওক লৈখৎতুনা কক্সাংদা মখীৎ কোয়হৈ লয়দুনা য়েংদুনা লৈখি।

মনেনা অঞ্জনাদা হংলকই, "করিনো নঙনা হায়রিবদুবো অঞ্জনা?"

"খঙদে ইনেশী, ঐ নুপাসিদা লৈবা শুকঙম ওন্নরোই, নখোয়গা লোয়ননা চংশীবদবনি ঐ।"

অঞ্জনা মখুৎনা মমায় খুর্মাজন্দুনা চাননা কপথোকস্রে। ময়ামদু করিনো করিনো হায়দুনা মঙোন্দা পৃন্নপ য়োর্মশিন্নকই, মাবু থেমজিল্লি।

মচাগী মতৌদা লৈতাকম খঙপ্রবা মমানা থম্মোয় শোক্লা হায়রকই, "ইমাদা শেংনা অমুক্তা তাকউবা ইবেম্মা নঙবো, ইমা হায়কম খঙম্রেনে নঙগী নতৌসে, ইচাগী নুংঙাইতবা, নীংবা থুংদবদো ইমাদা হায়মুনে।"

"নীংবা থুংদবা নত্তে। ঐগী অনীংবা পুম্না কায়স্রবনি ইমা, ঐ য়াম্না হৈনদে ইমা, ঐ হৈনদে।

মচাগী বাদু লৌশিনবা ওমগ্রদুনা মমানা মনেদা ওনশিন্দুনা হংলকই, "কবিনোনে মানা হার্মবিসিবো মনেশী?"

অমান তাম্রবা মনেনা অঞ্জনাদা অমুক ওনশিন্নকই, "পাউন্তনে নখোয় অনী?"

"উম, পাউনৈ। ঐখোয় অনী শুবাংসু খংনৈ।" ওস্থোক্লা থুনা অঞ্জনানা খুন্নকই।

পাউখুমদু তাবগা মমানাশুক্লা হংলকই, "কবিগী খংনরিবা। কবি মবমগী?"

মীকুপ অমতং তুমিন্না লৈকরগা অঞ্জনানা মনেদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "ঐ মাবু পাথীনা হৈনদে ইনেশী, মানসু ঐবু হৈনদে হায়বনি, মবম হায়ববু মদুনি।"

"মানা করি হায়রিবা? নঙনা হৈনস্রিবনা করিনো? মচা থায়না হায়মুনে অঞ্জনা।" মনেনা খোয়বাওনা হংলকপনি।

অঞ্জনানা পাউখুন্নকই, "ঐসে নুপা মাল্লি মা হৈনদে'য়ে।"

"কবি হায়বা ইবেম্মা!" ইওক ওকই মনেদু।

অঞ্জনানা মখা তারকই, "ঐনা, নুপী হেক মাল্লদনা হৈনখিস্রে হায়রুবদা মানা মওক-ও, মনা-ও খুম্মকাইবনি—ঐসু নঙবু হৈনদে, নুপা হেক মাল্লদনা'য়ে ইনেশী।"

"এঃ করি বানেগে নখোয়গীসিদি   নখোয় অনীনা হৈনেনখ্রিবু কবিনো ঐখোয় ভাব ভাগ্রেনে অঙনা।"

"করি হায়দৌনো খঙবে ইনেনী, নুপাসি, মীসি মওং অমনি, ঐনা খল্লবগা মানা ওইরম্লিবসিগা পূমওম্লি ইনেনী।"

"অ-অ, হায়বু হায়বু," ঙাইঙমদনা হায়বকই মনেনা।

"বাঙাঙ-শাঙাঙ, মীৎয়েং-নায়েং শাজং-লীচং, পুবা কায়দা'মনি।"

"কৈদৌবগে হায়বিসিবো?"

"ইনেনী, বাঙাঙ খুদিংগী হিংচাবী তিংচাবী হায়বসিনবু নুংশিৎমুক কুংঙ, বা ঙাঙবসিনা মমীৎ-ও, মনা-ও, মখুৎ ও মশা-ও, মচীনবালকসি লেপ্লদনা, মখোঙ্গেলকাসি নৌথবদনা, ওস্লোকপা মওং অমনি, ঐ লোইবে ইনেনী, ঐ লোইবে   ।"

"কবিনোনে   ' নত্তে নখোয়বু নশক-নশা য়েংনখি হায়দাইনে '"

"য়েংববুদি য়েংনখি অদুবু, অমুকখক উবদুদদি বাসু ঙাঙদে   অহানবা উবনিলা হৈ'ওই মীতৌ, মশক খবা য়েংবা নত্তনা মুম্না য়েংবসু ঙমদৌদে, কনানা খঙনেগে   ।" অসি হায়না হায়না অঙনা মহাক্না লুহোংম্লিইঙদা শাগৎচখিদ' মাগী নুপশী নুপা ওইবা মতৌ অমদি অদুনৌবা পুক্লিগী আশাশিং অদু নীংশিংলক্লা থম্মোয় পুবা ভুম্লক্তে। অদুবু মহাক্না মথম্মোয়গী অবাবদু নমশীন্দুনা মখা ডান হায়বকই, 'ভুবাং থংনবসিদগীনি হায়দুনা মীয়ায় ওইবপ তৌবী নুপী অম লাক্লম্বদুনা হায়ববু, মাগী মখুৎনা লোনবা মোম্পাকফিদক, মোনখুমকাসিদি ফজ্ঝবদা হায়নবম্লিবনিয়ে   অদুগা লৈকাই লৈশাবীশিংগা শুন্দুনা শিংজু চাম্মিাদুনা লৈবম্লসু তোকখিবা কুইম্রি, মান সুমাইনা ময়ুম মকৈ শাম্লক্লনিকা হায়বসি মখোয়দি মঙদফাও মঙলুদে হায়য়ে ইনেনী, এদুদা নত্তে, কনাগনো অমগসু মতা শাম্নাবম্মী' হায়ম্না কবিনো'মসু হায়   ।"

বাদু তাহগা বিভুক। চুবদা মখোয় য়েংনবদা যাওখিবা মন্দোমচানা মথাক্না লোঙ্লবকই, "কবিনোনে ভাবিক বাসিবো, ঐবু মঙদু মঙায়বেনে   ।"

মন্দোমচাগী বা তারগা অঙনা অমুক হায়বকই, "অশেংবনি ইনেনী, ঐসু মঙগা চপ মান্নববনি।"

মদুদগীদি, লৈরিবশিংদু অমগা অমগা ওনশিল্লদুনা মানা মানা থোকপা শঙাঙনা ঙাঙনবক্লে।

মপুক্কিং য়াম্বা অঙানাগী মমানা মনেম্না ওনশিন্দুনা হংলকই, "মাগী য়াম্নসু মনেঙী, নুপাদুবু    মোহোম হোমোকামনু ওইরম্লাংলনে?"

নীংবা কায়না মনেনা খুম্মী, "ওই ভাৱেদনা হাৱরিসিনদি ..।"

ময়ামদু য়া শাঙবা চপ লেপ্লুখি। মমাদু লৈমায়দা কমথল্লে। লাক্লিবশিংদু লুহোংবদা ঙাম্মরিবী কন্যাদুগী নক্কুবা মমা মচা ঙাক্তনি। পুন্নমক্কী থম্মোয়দা চপ মান্নবা চৈনা ফাওরি। কাখংপা ঙক্লরোইদবা ঈপাক অমদা চপ মান্ননা ঈরাকখিরগি।

ময়ামদু ভূমিন-ভূমিন মক লুকথ-লুকথা কমদুনা লৈনরুকপা কনা কুইশিন্নক্লে। কনাসু করিসু হায়নমক্তে। অঙানাদি অমুক কম, অমুক লেপ, খোঙকাপ অমনী অমুক চং, মমীংতা পিনা ইথন-থন, মচীনবান পেরি-পেরি কক্লা য়ানা খাঙদুনা লৈ।

ডাক্লকসিদা থংনবা কাগা লোয়নবা খোঙগী পর্দাদু শং হাইদোক্লকই। হকচাং খেক-খোয়, খুদৈ কুক্লা খুং ওয়না পায়, অঙানাগী নুপাদু ইখঙ-খঙহৌদনা কাদুদা চঙলকপদু উবদা ময়াম পুন্নমক ইঙক ঙক্লা মাবু য়েংনরকই। নুপাদুগী ভূংদা নুপাদুগী মমা, অঙানাগী মনেম মচানুপাগী মতুং ইন্নরক্লুনা কাদুদা চঙলকই। মহাক্লা মচানুপাবু মকমদুদগী পুথোকখিনবা হোংলৈ। মচানুপানা য়াদে। মশা পায়দুনা চিদ্দোক্লবা লাক্লে। মদুসু ঙমদে। খোঙ ময়াদুদা লেপ্লদুনা অঙানাগী নুপানা মপুক্কিং নুংশিবা খোক্লেলদা কনাদসু অপান্নদনা হায়রকই,

"মায়ে, মায়ে ঐখোয়দি হোমোনে, ঐখোয়সু হৈনজদে, নুপীনা নুপাগৌনা থমকা তৌদুনা ঈরাং তৌবসে ঐখোয়সু পামজদে, য়াম্না পামদনপা তৌরবোই খনবিকরমায়ে, ইমাগী মতৌ য়েংবা ঙমদদুনা য়াবিবগী য়ানে, নঙওম্না নুপী লৈমিন্নদৌ শরুক চুক শাজগে ইবেম্মা, ময়াম লাক্লিঙেদা পুবিত্রো, মীনা লৈনীংগ্রগবু কনানা খিংবা ঙম্নুনেগে, পুবিত্রো পুবিত্রো    ।"

নুপাদুগী মতৌদুনে, য়াঙাঙদুনে অঙনা তাদুনা য়েংদুনা লৈবা ঙম্নক্তে, থবায় চাক্লা হায়রকই, "হুঁ, নুপীরা নুপী নত্ত, নুপাবা নুপা নত্ত, শামরক ঙামবক ওইনা হেক তৌরদনা।"

মাগী নুপানা খীঙদনা খুম্নকই, "হো ইবেম্মা, শামরক ঙামবক্তি নঙনে, নুপীনবু অসুক ঙম্নদি ইমানা পোকপদে উজবক্লি, মীগী ময়ুম্মক্তদা মীবু খোজোয়নবা ঙম্নসিবু, নঙওম্না নুপীসিবু কপাংসিদা লৈবমখিন্না-ও, কিজৈ ইবেম্মা কিজৈ, চংশিন্নো' নপোং-নচৈকাসে হেনবিন্নো, কনানা খঙনেগে ঐখোয়সু    ।"

খোক্লেল নীক-নীক লাউনা য়া ঙাঙনা অঙনা অনৌ-অনৌরবা খুব-খুব লাউরবা

মখুৎতু অমুক্তং কন্না হাইরল্লগা ফেং হাইখোক্লুনা, শাথেক নাইনা থোকখিবা মপুরোইবগী তুংয়ান তাবদু য়েংন-য়েংনা অঙনা মমীত্তগী মপি তবং-তবং শীজ্বকই। কদোমদগীনো ইকায় খঙদবা কম্বা-করেংনবা ইন্দ্রমণিবু খঙহৌদনা নীংশিংলকই। নীংঙমদবা, ইকায়বা, নীংবা কায়বনা মথম্মোয়দু ইথন থনগৎলকই।

### মঙলাক্লবা

মৌরকপগী লোকাদা কমথ-কমথনা মহাক্কো তুংথা মাঙথা চঙমিন্নরক্লিবা লৈন্নাগী ইতূক তূকথববা মায়থোঙদুদা য়েংদুনা সোমোনা চিংননা হংই, "কবিগীনো অদুক কুইবিদি?"

লৈন্না পাউথুম পীরক্কে। কবি পাউথুমগদবগে, কবি তমগদবগে খঙননা সোমোংগী নাকন্দা কমথবকই। মহাক্কী মনাক্কোং অদু হৌজিকসু য়াঙ য়াঙ লাউবি।

"কৈদৌ লাক্লি?" হয়েং শিবগা লাকপদি কৈদৌঙ্গা"

কুইনা উকপ্রবা লাক্লনি থাজকপ্রব' মচানুপীবু উবমক্তদা লৈন্নাগী মমান' মথোক্লেল ইশেন শেন্না মপাক্কল কুদোক্লো লাউবকখিবনি।

মমাগা মামোক্লকদে লৈন্না। মপাবু ফাথক্লে। ইকোই-কোইনা চঙলক্লনা মমানা ছাপ্লিবা কমুংদুগা খম্লাংননা থাবিবা কমুংদুদা মমায় দুক্কুনা কমথৈ।

ঙাইহাক ইচীক-চিক্লা লৈরুবগা ইয়েং য়েংলক্তনা মমানা হায়রকই, "ঐখোয়দি নঙ নশা নত্তোমতা জান তাজবকপা ঙাইরবনি, অদুগা নঙদি কুইরু-কুইবগা নশাবু

ঙ্গো-ঙ্গো কাউজব্রেনো' মীওইবগী পুক্সিসিবু ভাবনা পাদুনা হিংবা য়াবোই নীংলেনে নত্তদি?"

মপুক্সিং কাক্তিন্দুনা লৈমবা লৈশ্না নুকথরম্না মমাতদু খংহাই হাইগৎলদুনা খত্তহৌদনা খুম্নকই, "মদুগীদমক কৌরিব্রা ঐবু'"

"যানি, মদুগীদমক কৌরিবনি।" মচাদা মমীৎ শংদোক্লুনা যেংলকই লৈশ্নাগী মমা। ম্বর চাউনা ফোম্নকই।

"ঐ অত্তাং নংব্রে ইমা," খোঙ্গেল নেম্না অদুবু হকচাম্না লৈশ্নানা খুম্নকই, "ইশাগী দায়িত্ব ইশানা লৌজবা ওব্রে ।"

"নচাদু থীনুনেহে ভাইবংপান লেবাংনবী' নত্তবু উবদা মীগী মমা-মপানা মমীং নারমগদবা, মখোয়দৌ থীংলমগদবদো—কবম্না মমা-মপাগী মচানো হায়দুনা ঐখোয়বু চিংখোক-চিংখোক্লুনা চৈরমগদবদো মদুগীদমক হায়র্বানিনে। ঐখোয়বু নমা নপানি হায়হনবা ওম্নবদি নমীং তৌজখোনা।"

মপাবু কাথজদুনা মমানা ভাইহাক ত্তাত্তবা লেপ্লিত্তে লৈশ্নানা লোম্বাংনদা হায়রকই, "নখোয়গী নচানি হায়দনবা ঐ শিত্তগে।"

"শিত্তখোনা'" শিংলী চোংথোকপমখে মমানা খোনশিদা লাউহংলকই, "নমা-নপা চিংথদুনা হিংগদবগী পক্কক শিখো-ও' ওইবোইদবদা কবিগী রাথোক অদুক চাউইদ্রি ' নখোয়বু মীনা কুশ্মে ওইনা যেংনবদু নখোয়দি খত্তদেনে। '

লৈশ্না ফম্না রাশিম্নকই। মমায়-মমীং ইত্তাও ত্তাত্তশিম্নকই।

মমাদি ত্তাত্তবা লেপাত্র, "মীনা মুম পাম্নবিবা, মচা পোক্লবির্বাসিবু ইরাংগীদমক পাম্নবিখোই নীংলব্রো?" হুয়েং অহল ওইরক্লগা মচাগী মকম থুগ্নবা ছায়দনা মচা পোক্লরির্বানিনে। মী থুদিংমক নত্রা ওইনবকপা, অপাম-নুংশি খত্তনরকপা ত্তাক্তানি, নখোয়দৌনা থুদাংদা কি য়াদ্দুনা কনা চংনৈ ' মীনা চংকদবা লমচংলো মদুবো'"

লৈশ্না ফম্নম্নদগী মুক হৌগত্তুনা পীক্লবা কাদুগী ফম্মাও মভেক্লুনা হনাং হুন্দা চংলকই। চপ অমুক লেপ্লি। বেগ ফাক্লুনা লেল খবা লৌথোক্লগা মমাগী মনাক্তম অমুক চত্তলকই। কবিগুম্না খবা হায়নবা হোংনৈ অদুবু লৈশ্না মচাদ্দগী রাইহ অমফাওবা থোক্লক্তে।

লৈশ্নাগী মমাদি মতম কুইনদগী ওঙ্গক্লবা হায়নাংবা কয়াদু হায়বা লোইক্লি। লৈশ্নানা ভৌরিবা মওং-মতৌদু মীংচিনা হাইফেং যেংলম্নগা মখা ভারকই, "ফনা ফত্তবা নুপীকাওবা যাগী নুপানা কবি হায়রকদগে, কৈদৌরকদগে হায়দুনা রা ত্তাত্তবা

শুম্লম্লিবনি। নুপা মতীক চাদবগী নুপী কাওবা মীনা ব্যবহার তৌবিম্লিবসিদা, নত্তগী অপাবদুনা কৈদৌদৌরিবা?"

"ম্যাবে ইমা, মারে," ইচল থৌনা লৈম্নানা হায়রকই, "অদুক তৌবিমল থওদবা তৌনদে। মীগী মচাদুনা ঐবু মী ওইনবা লেম্বীবনি হায়বা ঐদি কাউবা ঙম্লোই। নুপা কনানা মানা ঐগীদমক তৌবিবা অসুম্না তৌবিগদগে? ইমুংসিদা লৈরম্লগবু ঐবু ঐনা খুসি ওইর্যবা পীভমসি থৌবা ঙম্লমগদ্রা? ঙসিগী থীভমসি থৌরমম্লবদি নুপা কনানা ঐবু পান্নীগদগে ইমাখোয়সু খঙু।"

লৈম্না এখুত্রা পার্মবিবা লেজদু মহাক্না কম্লম্বা কমুংদুনা থাদবোই লংথবোই থনাম্লগা মমায় হূং লৈথোম্লকই।

পিশুম শূক্তনা লৈম্নাগী বা তাম্লম্বা, মতৌ য়েংলম্বা মমানা তীং লোক্না খংহায় হায়রকই, " নুপা মমিং কবি কৌই হংবদা সোমোবাগী কৌই হায়বা য়াগদ্রে?"

লৈম্না মনাকোং য়েনশিল্লি। মপি ঈরা চেল্লি। মহাক্না থোঙলোমদা মখোঙ থাংবা তৌবকপদা অশোনবী মমাদু খংহৌ হৌগংলক্তনা মহাক্না থম্লম্বা শেলশিংদু তাপ পায়দুনা মখুত্তদা খংলং লংশিল্লকখি।

"কবিনো খাল্লিদুবো?"

সোমোগী খোঙ্গুল তাবদা উংদুনা লৈবম্বা লৈম্না জ্ঞান খংতা তাবকই। সোমোদা অমুক্তং য়েংলম্লগা ম্বব মপী অমা শাংনা হোম্দোকই। থাদোক্লম্বা মশমদু চেংনা পুনশিন্দুনা চাকলম্ভ কাদা খোঙথাং তম্না চত্তখি।

মখোয় লৈম্নাখোয়দা লৈম্নাগী মমা নাবা য়েংলুবনি। সোমোদি থোক্তালদা গাড়ীদা লৈহৌই। লৈম্না থোক্লকপগা বা ঙাঙনদনা গাড়ী থৌরকপনি। লম্বীদসু মখোয় বা ঙাঙনবক্তে।

সোমো সোফাদা ফীপথবকই।

ঙাইহাক্কী মভুংদা মনিল কারবা চা কপ অনী পুথোবক্লগা সোমোগী মনাক্তা কমথবদুনা লৈম্নানা হায়রকই, "ঙসি হনম্নু হায়হৌই।"

ইত্তক ঙক্না সোমো লৈম্নাদা য়েংলকই, "কনানা?"

"ইবুংঙোনা," মমায় লৈথোক্লগা লৈম্নানা খুম্লকই, "অতৈদি কনামত্তা কৌ ঙাঙলক্তে।"

"ইমাদি?"

"লাউহৌই। পৈশা পীরম্ববু লংথোবকই, মা শিরগা লাকউ হায়," মতং মতং

তন্নকই, "কীতম য়াম্না লোকচিন্নে।"

ঙাইহাক ভূমিন লৈরম্বগা সোমোনা লোম্বাংননা হায়রকই, "নঙদি করি হায়রম্মী?"

স্বর মখী য়োন্নকই লৈম্না। তপ্না খুন্নকই, "হয়েং চৎসিরা খল্লিবা ।"

ঙাইহাক ইচিক-চীক্লম লৈরম্বগা সোমোনা হৌদোরকই, "অদুক অয়ুক চৎলগা নুংদাং নুংদাং লাকপদি?" লাইন্নাদা য়েংদুনা পাউখুম ঙাইদুনা লৈ।

মমায়দু লৈথোক্লগা লৈম্নানা খুন্নকই, "অহীংদা চিফেং চিফেং তোয়না হৌগৎলি হায়।"

"অদুক য়াম্বা মীদু কোম্লক্লবা?" সোমো হীপ্লস্লদগী হৌগত্তুনা ফম্মী।

"কুইরক্লবনিনা থানবমাল্লে," চা পীন-পীনা লৈম্নানা হায়রকই, "মনীং ময়া চত্তবা কৈদৌবা মী অমা ইচেন্দা চেন্নদুনা লৈমাল্লে।"

সোমো চা লৌই। মমীংত্তু অহাঙবদা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈকবগা হায়বকই, "ঐগীদি করিসু হায়দে ।"

নুমিৎ খবনিগী লৈম্না ময়ুমদা চৎখি। ময়ুমদা লেৎন চানবা ফি খবদমক লোয়নখি।

লৈম্না চৎখিবা নুমিত্তগী নুমিৎ মশীং থীদুনা লেল্লকই সোমো। মহাক্লা ঙাইদগী খাঙত্তমল্লিবসি নুমিৎ তাবমদাইগী তপ্না-তপ্না মমশিল্লকপা, মীপুম খুদিংনা ময়ুম-ময়ুমদা হল্লিন্নবকপা মতমসিনি। নুমিদাংবাই খুদিংগী মুমগী মথক থংবা মথোলদা লৈবা মখোয়গী কাগী থোঙ ময়াদা পুং কয়া লেপ্তুনা সোমোনা য়েংই—লাপ্না তাম্না উবিবা লোম্লোক্লবা চীংদোললিং, নুমিৎচুম্না চাক্তাকখবগা ময়ুম মায়কৈ তম্না পাইনবকপ উচেকশিং, অমম্বদা উনা উনা মাঙখিবা অতিয়াগী লৈচীললিং । অয়ুক মীকপ থোক্লকপদা মনাক্তা ইশি-শিনা ভূন্নম্বা লৈম্নাবু হৌদোক্লগা মাহৌ থেঙবগী ফত্তবাশিংগী মবমদা হেক-হেক হায়বা, ভূন্নমদাইদনা—ফিজেৎ-চাকচাগী, মরুপ-মপাঙশিংগী, ফিম্মগী, শাম্ন-খোংনবগী, ইশৈ-নোংমাইগী, নৎত্রগনা লৈবাক্তী থৌদোক-থাথোক্তি হীরম অমদা হেক্লম মচা খায়না-খায়না তাকপি-তম্বিবা সোমোগী মনাদা চুপিনম্নবা হৈনবীনি। মখোয় অনী লৈমিন্নরকত্তেদগী সোমোগী নোংমগী লেৎকদবা চাগদবা, তৌগদবা থবক থৌরম কয়াদা লৈম্নানা চাউরবা মফম অমা ফনশিনম্নবনি। ইমুংগী পোৎ-চৈ, মফম মফম খুদিংমক্তা লৈম্নাগী খুৎকম তারি। লৈম্না য়াওম্নবা মতম অসি মঙোন্দা পুম্নমক মপুং ফাদবগুম, অর্থ থোক্তবগুন্নকই। নুমিৎ খরনিসি সোমোদা পুজি

নত্তবগুম তৌরকই। অসিগুম্বা নুমিৎ অমা অসুম্না হকখেৎনরকনি হায়বা মহাক নোংমতসু খল্লুখে। অসুক হাঙবা, অসুক নাইতোম ভাবা সংসারসিদা মহাক করম হিংগুমগনি'

অদুগা অমুকসু মখোয় অনীগী অপুনববু মাদবগীদমক লম্বানবগুম লৈনগুবা ইমুংগী মী পুম্নমক্তা লৈম্না চৎখিগুদগী মাবু উবদা মুনা-মুনা য়েংলকপগুমসু সোমোদা ফাওই। ওমচাক্লবা মবক্তা চাং-তাবগী ইকায়বনসু খাঙগুদ্রক্তে। পুম্নমক্তী মীৎয়েংদগী লোড়ুনা লৈনীংলকই। মপা, মচীন-মনাউশিং উববা তাঙাদা মমানা মাগী খোঙজিন্দা, খোঙনাউ এমাদ লাক্ত লাক্লনা লোম্না লোম্না য়েংলৈ। কবি চাবি, কবি থক্তি বাহং পাউহংলৈ। মখোয় অনী পৃথিবিগুম মমা লৈ কাউরববা মহাক্তা গুসি মশাগী অসিগুম্বা ফিডম অসিদা মমাগী মিনুংশি থৌজাল ফংবদা ইকায় নুংশি য়ামবকই। মপুক্তিং ইনৌ নৌবকই। মশাগী অশোনবসু খঙহন্নীংদে সোমো। পুম্নমক তুমিন য়োশিন্দুনতা লৈশিনবা তাবকই। মতৌদুনা মমাসু তুমিন্না অদুম্মক মহুনখি।

"ফনবু নুংঙাইবিয়ে, নখোয়গী কুম্মসে।"

থবক হম্নকপগা ফি খোজ হোংদোক্লনা ফমুংদা ঈপ্লম্নদগী তুমুবমাম্নে, মমানা চাক এক্লাং পুখক্লনা থাম্নবদু উবদা থক লাউই সোমো। মমীৎতু খংউই অমুকসু উইশিনখি। মমীৎ উইশিল্লিবা মমায়দুদা নাকল্লা লৈবম্না টারবা অমনা অমুকসু কুপশিনখি।

"মা লৈত্রবদি চাক্তা চাদবা তাম্নিনে হা? চবা হেন্দুনা শিবসু শিবা তাবি হায়বা।"

মিয়ামদা ইচাই চাইনা লৈবিবা সোমোগী ফিবোলশিংদু লোইশিন লোইশিন্না মমানা মখা তাবকই, "ইমুংসি শান্তি হাইদোক্তে হায়দনা গ্রহণ থাবা ঙাইবদা ঐখোয়দি ল্লাবে।"

সোমো লোংনা ঈপ্লবা মশাদু ফক্লাংলোমদা লৈশিনখি। যৌজিক মাগী খাঙজনবা ল্লাম্নে লৈতে। থৌনা লৈতে। ঙাঙনীংবসু পোক্তে।

মমাদি মখা তাবক্তি, "মীগী মযুমদা নমদুনা লৈশিনবিরবগা মৌ মুমগাম্নবী শাদুনা মীগী মমা-মচা, মচীন-মনাউগী মবক্তা চৈ খনবিববিনে মানা, নঙ্গা-অঙাং ওইরবগুকাইসিবু মায় য়াম্না শোম্নদাইনে? মাগী চঠী মতাংসিদদি ঐখোয়দি মীনা ইমিং হংলগা ইমিং শম্দুনা খুরুমজাও ঙমজবক্তে , মানবু হম্নোং মযুম শাল্লগা মীগী ইমুং হেক থুগায়কল্লবা, হৈ সৈডা' ঐ শিখিগে।"

মমাগী ল্লাদু তানা তানা সোমো মপুক্তিংদু উম্নাং তশোইম্নকই। মমানা ভোম্ননা হাম্নদুনডা লৈবা ল্লা অমসু খংনীং নীংশিংলকই—"মানা মযুম শানগ্নপা নঙনা লোম্নক্ত

তাদুনা লৈহৌবা মতমদুগনি ঐনা খুবাক খুদুনা নোক্কৌরিসে ।"

নোংমতা মা ওইনা তারব্দবা মমাগী মা অদু নীংশিংলকপদা ঙসিদি সোমো ডু চুংলকই। মমাবু মনাক্তগী থুনমক হন্দোকহনখিবা পান্নরকই। মর থুইনা হোন্দোক্লদুনা নোঙ্কবস্তব হাক্ররকই, "ঐ চীক্লা অদুক্তা লৈগে ইমা।"

মমা কেং হাইদোক্লদুনা ঙাঙ-ঙাঙদুনা চংখি, "ঐখোয়না লৈপা নঙবার অমা চঙনা নঙবু মী ওইনবা শেমখিবদুবু হেক্লোয় যোক্লবরো? হেক্লোয়না চেক্লিবনিনা হৌজিক্তি নঙ নমীংসু উখিরোই, ননাসু তাখিরোই। মঙ-হাগী তাইবংদা তাউদুনা লৈখিনি। নোংমা মানা মনুং লোক্লগা কুং পাইখিবা নুমিত্তুদা নঙ জান তারকনি। মতমদুতদা খঙলকদবনি নঙ। য়েংঙু ঐনা হায়বা, ঐগী য়ারক্তা তারকদবা কুইক্লবনি ।"

নোংমতা মী অমনা মমীংনা কম্না য়েংবা য়াদবা, মাতম্বু খঙ্গনবদা মীমাঙ কম্নারক থোকখ্রবা মহাক অদুবু কন্নক পেল্লা পেল্লা ঙাঙবা তাদুনা ঙসিদি সোমো গডি লৈতনা খাঙলি। অদুগা মায়কৈ অমবোমদনা মহাক্লা মমা-মচা পুম্নমক্কী মরী পুন্না থদক্তুনা মশাগী হায়বা করিগুম্বা মচেং অমা খাকহৌ থমহৌদনা মকমদা ঙম্নমক কথোকচকবা মহাক অদুনা মীরায়রকপগী চৈনাসু পুরি। মকম মতম নাইদনা উহৌবকপা থম্মোয়গী বাদু চীম্বাজ হেক্তমক থোক্লকই—"নঙ ঐবু হাংলগে খন্নত্রা লৈত্রা।" মীংকী শি থিংঙন্নক্তে। খোঙ্গেল থোক্লা কপ্পীংলকই। খুদক্তা চত্তুনা লৈম্নাবু মমা-মপাগী মখুত্তগী মুন্দুনা পুবক্লীংই। নিন্দাতনা থন্নকই মপুক্কিংদু—অতোপ্পগী মবম্মাই পুজিদা অসি য়ৌনা অয়েং-অপন পীরিবা, অতোপ্পগী হকপু মখুত্তা অসুক য়াম্না শায়শিন্নীংলিবা সমাজ অসিবু করম্না মখলগী সমাজনো' নুপা নুপী নংত্রবদি পুজি খোঙবু ওইমিন্নবা য়াদে হায়বা অসুক নমকু-হাকুনবা চংনবী অসিবু করম্না চংনবীনো? থম্মোয়গী মরীদগী হকচাংগী মবীনা হেন্না মমল য়াম্নবরা? নুংশিবা হায়বসিবু নুংগী ওইবা মশক্লো, শানগী ওইবা মশক্লো? নুংশিববু অতোপ্পগী অম্না য়াদগী মখা পোন্না নুংশিবা তারিব্রা ?

সোমোজীদি পুন্সি অসিমক শিবা চঙবগী চাংয়েং অমনি। অমবোমদা কপ্পী থোক্লা শীংনবনি। মহাকী শীংনবসি ইমুং-মনুংখক্তদা শীংনবা নত্তে, সমাজখক্তা শীংনবা নত্তে, মহাক মশামক্কী শাজং-শীচং অমদি হকচাংগী কীভমখুসু শীংনবনি। পোকপদগী কনেক লেংপা খঙলক্তুবা সোমোনা মহাক নুপানি হায়বমক খজুম্নগসু মশাবু নুপীদা নুপী ওইনসু খক লৌজবা ঙমদে। মংশাকতে শাংশোম্নজম্নকপা মথৌনা

মরিংজেলনা হৌমিন কামিন্নরকপা মুন্ত্রোন কৈরোম্নবগী নুপামচাশিংবু ওমনুনজ লাকই। নুপাশিংগডা লোয়নদুনা চাউরকই। মহাকপু মপুবেচক 'ইপুদি নুপী নত্তে নুপানি' হায়না যৌগৎ যৌগকুনা মতম পৃস্বদা নুপাগী বাখলদা চেলহল্লকই। নুপাগী মশিনডা তক্সীরকই। অদুগুম্বা চায়োক নাউয়োকী চেকশিলহৌদবা মচা-মচাশিংদুনা ওসিদি সোমোগী পুন্সিদা অচৌবা মীনম্বা অমা ওইহল্লবরা'

চয়োলমুক্তী তুংদা নোংমা লৈস্রা লাকই। যৌরকপগা ইমুংগী শীংপা-শোংবা, লোইশিন-থমজিনবা, ফিশু-ফিজাম্বদা মীকুপ অমা পোথাখিদে। ইমুংগা চাবা পুক্রবা সোমোগী চাবা থকপগী মরদা কুপ্রা হংই। অনাবা ফবগী বাদি শল্লক্তে।

নুমিত্তুগী অহীংদু লৈস্রা কয়াদা পেঞ্জনা, কয়াদা পোত্থাজনা সোমোগী মনাক্তা তুমখিবা। অদুগা সোমোনা লৈস্রাবু কয়াদা পান্মুজনা য়েংখিবা। অঙাংদা অঙাংগুম তুন্নিবা তনৌ-তনৌরবা লৈস্রাগী মায়থোঙদা য়েংনা-য়েংনা লোংমা, লৈস্রাগী মচেনা লৈস্রাবু চক চামিন্নসি কৌস্তুগা মশানা য়াদবা মনাউন্নুশীবু নম-হাদুনা থাজনবা যৌবাংলম্বা যৌদোক অদু ওরাংদা থোকখিবগুম থল্লকই সোমো।

নুমিৎ অদুদা লৈস্রাগীদমক শাজল থোক্লা করিসু তৌবা ওমম্রবা সোমোনা মখোঞ্জেল তনীক-তনীক শাউ তগ্নবিবা লৈস্রাগী মখূৎ অনীদু চেংনা পায়শিল্লদুনা থোঞ্জেল নীক্লা হায়খি, "নঙদা হোংগনু, নঙদা থোঙফম চেংনা লেপ্লু, নঙনা নমায় লৈবকপা নুমিত্তা ঐগী অবোইবা ওইগদৌবিবনি। মদুখক্তনি ঐনা কিবা'"

নুমিত্তুদা লৈস্রানা সোমোগী মফমদা শকখিবা মাশক, অদুগা মহাক্লা মশাগী ওইবা মীওইশিংগী মখূত্তগী নাম্বোক্কুনা চেল্লকখিবা অদুমক্কসু সোমোগী পৃক্লিংদা পনখৈ থেংলবা চাংয়েং অমা মায় শাক্লবগুম নাপল কাজখি। তাইবংপানগী শক্তি অমত্তনা মখোয়বু অমুক হন্না শেস্তোক খায়দোক্লবা ওমহল্লরোই মতাগুম অমনা অমবু চেংনা পুনশিন্নখি।

লৈস্রাবু য়েংনা-য়েংনা লৈস্রাগী মকোক্তা তপ্না নানবিব্বকই সোমো।

মথংগী অয়ুক্তা মৌপ্পানা লৈস্রা লৌবা লাককই। সোমোগী মনাক্তগী চংখিবদা লৈস্রাগী করিমত্তা নাচুংদবা, চিংনদবা মতৌদুনা সোমোগী থম্মোয়দা তমথীরবা চৈথেং অমা শীরম্মী। মথম্মোয়দু বারৌবনা থল্লবসু সোমোগী চীনবানদগী বাহৈ অমত্তা থোক্লকখিদে। লৈস্রানা মাগী শেংনবা জকবা কি থরা অমুক পুখিবদুনা সোমোদা অনৌবা ইজিং অমমুক ওইহৌই। অদুগা অমুকসু মদুবু মপুক্লিংগী অশোনস্তা হায়নসু মতোমডা চিংনহৌই সোমো।

মবনি হৈত্রগা নোংমসু লক্লম্মী লৈম্না। নুমিত্তুদি লৈম্না মনাওনুপী লোয়নরকই। সোমো খূদক্তা নীংশিংলকই, মমাগুদা লৈম্নানা মমূমদা চংখিবা খূদিং মহাক্কা লোয়নখিবা, লৈম্নাবু মমূমদা নাইতোম খক থাদোক্লীংখিদবা । অওনবশিং অসি উরগা সোমো হৈনীংবা পূম্বা মাগুশিন্নকই। তাইবংপান পূম্বা তৌশিন্নবা, মীনম্বা, তাং-শাং ওইনা উরকই ।

কুইনা লূকথদুনা লৈবম্বা মমায়দু হূজত্তুনা কোঙী কপত্ত পায়খৎলকপমক্তদা লৈম্নানা উবকই, সোমো মখোয় তম্না চত্তলক্লি। খংপ্রেক খংনা ফূক হৌগৎলি লৈম্না। থৌববা মীৎয়েংদা, চাউনা হোনবা ম্বরহোন ফাজিন্দুনা লেপ্তুনা থাংজিন্নক্লিবা সোমোগী খোগুথাংনা নকশিন-নকশিন্নক্লগা লৈম্নাগী থবাক্কী মিহুল হেম্না হেম্না কনখৎলকই। টেবল মাংমা-মাংমদা মায়োক্লনা ফম্মিন্নবিবা বিকাশ অর্মাদ লৈম্নাগী মরক্তা খোগুকম চেংনা লেপ্লে সোমো। তথক তথক লেপ্লিবা লৈম্নাগী মীৎয়েংদু সোমোগী মীৎয়েংগা মীৎচান্নবা গুমদনা লৈথখি। মীকূপ খবা সোমো লৈম্নাদা শংত্রিক য়েংলম্লগা থক থক নীক্লবা মখূৎ অদুনা লৈম্নাগী খদাং পায়দুনা লূকথবিবা মমায়দু তপ্না হাইগংহল্লি। লৈম্নাগী মীত্তা মমীৎ কূপ্তুনা য়েংলিবা সোমোগী মমীৎ অনীদু ইত্তাত্ত ত্তাত্তই।

গুসাইমথৈ ইগুক গুক্লা মখোয়গী মতৌ য়েংদুনা ভূমিন্না ফন্নম্বা বিকাশ হৌগৎলকই। নাক-য়েংতা মখোয়গুম্না মী অতৈসু ফন্নি।

লৈম্নাগী মায়খোক্তদা শংত্রিক য়েংলিবা সোমোগী মীৎকূদু শিনা থন্নকই। থক থক নীক্লবা মখূৎ অদুনা ইখত্ত খত্তহৌদনা লৈম্নাগী মমায়দা খূবাক্লা থাখি। অদুগা মাহৈ অমা ফাওবা হায়রমদনা সোমো মফমদূদগী শম্বদনা থোকখি।

গুইহাক চগুক-মায়গুক্লকবগা বিকাশ থোকত্তিবা সোমোগী খোগুথাং তম্না খোগুকাপ অমতং থাংদোক্লই—

"নম্বে-নম্বে' মাগী মবাল নম্বে, ঐনা লানবনি, ঐনা লানর্বানি ।" নুংহৈক্লনা লৈম্নানা বিকাশপু খামজিল্লি। মমায় খূমজিন্দুনা থম্মোয় শোক্লা কপ্লকই ।

গুসিগী অনী-অহুম্নক গুবে মমানা সোম্মোগী থোগু মযাদা চম্ব-চগুদুনা হৌদোক্লরিবা। গুয়াং নুংথিল চংথোক্লবগা হজিন্নকপদগী থোগু লোন্দুনা লৈখিবদুনা নুমিদাং চাক শীনবা হূম্না-হূম্না কৌবদা থোগু হাংক্তু য়াখিন্নর্বানি। অহিং অথেক্তবা ফাওবা ইশৈ তপ্না খোংবদি তাখি।

গুাগু-গুাগুদুনা কাখৎলক্লগা থোগু ময়াদা লেপ্লুনা মমানা কৌই, "সোমো, সোমোরাণী , নুমিৎ থুংলেনহে শিরক্ত্রা নগুবো?"

মনুংদগী পাউখুম অমত্তা শীরক্তে। অসুম্না অমুক্তসু যাহৌ থেগুদবা মচাগী মতৌদুনা অমুকসু মপৃক্লিং নিংকোক-নিংকেক্লকই সোমোগী মমা। চগুশিন্দুনা খজিক্তং নল্লুবদা গুয়াং অদুক চেৎনা লোলহৌবা থোগুদু মতোমত্তা খংহাং হাংদোকচখি। থোগুদু হাংদেক্লকপদা কা মনুংদগী অয়াকপা মনম অমা মূং কাওরকই। সোমোগী মমা মপৃক্লিংদু লকক তৌই। ফিজিনা মনাতোন খুমজিন্দুনা চেপথ-চেপথ য়েংদুনা তপ্না-তপ্না চগুলকই।

কাথুজ থাদবা পাক্লবা ফমুংদুগী ময়ায়দা মশা উপশিন্দুনা ফৈবেংননা হীপ্লি সোমো। ফম্মাগুদা অহাগুবা লীক্তি অমগা গ্লাস অমগা তাদুনা লৈরম্না উবদা সোমোগী মমা নোম্বদুনা লীক্তিদুবু মুম্না য়েংই। ফমুংদা, লৈমায়দা ইহাং হাংদেক্লবা ফোটো এলবমশিং অমদি ফোটো কয়া ইতাই চাইনা তাবিবদুসু কোয়না য়েংলকই। ফোটোশিংদু য়েংনা য়েংনা মচাবু হৌদোকই, "সোমো, সোমোরাণী তাবক্তা নগুবো?"

সোমো হোয় মাই হায়বক্তে।

ফমুংদা চার্টবিবা ফোটোশিং অদুগী মরক্তা অহাগুবা গুলী মক্ অমা অনী তাদুনা লৈবিবদু খংউ উবকই সোমোগী মমা। চগুশিন্দুনা গুলী মকুদু লৌখক্তুনা মুম্না য়েংই। মচাদা অমুক য়েংই। মচাবু মশা লোমদুনা হৌদোকই, "সোমো, সোমো ' '

সোমো খজীক্তকাও লেগুলক্তে।

সোমোগী মমা ইফিং ফিংগৎলকই। নাকল নাম্মা উপশিনক্লবা সোমোগী মমায় নাকচেগ্লুপা মখুৎনা নান্দুনা য়েংই। মশাদু উনমুক ঈংই। ইফিং ফিংনা অমুকসু মমায়দুদা নাল্লি। উপশিল্লিবা মমায়দুনা কবিগুম্না পোৎলক অমসু নল্লশী। মমায়দু খজিক্তং গুাকখদুনা নাল্লিবদু তপ্ন লৌথোকই, লৈম্নাগী ক্রেম চনবা ফোটোনি। ফোটোদু লাক্লুনা লংথোকত্তগা মচাবু খংকোন কোনশিল্লি। মীকুপমুক্তং মখীং-মনা চপ থুংনা লৈবল্লগা সোমোগী মমা মচাবু কৌদুনা থম্মোয় ফুক্লা কপ্পকই।

## রাধেশ্যাম

"কৈথৌরে অসুক থেঙনক্রিদি" "

রাধেশ্যামনা থোঙজিনদা থোঙ হেক কার্নশিল্লকপগা বিদ্যাবাণীনা চংলকপনি। নহালমখৈ থেঙনবদা পুং ভবেংমখায় ফাওবগী মনুংদদি শোয়দনা মুম যৌবকপা মপুবোইবনা ওসি পুং নিপাল হেল্লবফাওবা মূমদা হল্লক্লবদা মচানুপী অনী লাইরিক তাক্লা-তাক্লা বিদ্যাবাণী গুসাইদগী মপৃক্লিং চবাওনবপ্লিবনি।

রাধেশ্যাম মাগী নুপীনা থোয়বাওনা হংলক্লিবা রাহংদু পাউখুম্লমদনা মমায় লূকথদুনা ভুম্ফম কাবোংদা চুমশ্লিং চঙখি। নিত্তিগী ত্তাত্ত-ত্তাত্তদুনা চঙলকপনি রাধেশ্যাম। যৌল্লকপগা মানা হেক উবকপা, থেংনবকপা, তারকপা খুদিংমক মমীং-মনা, মথৃং-মশা য়াওনা অমত্তা চীখদনা লীব-তল্লবনি। ত্তসি মতাক্লা মমায় মমীং ইমক-মক মচিনকাও লেঙলমদনা ভুমিন চঙখিবদু উবদা বিদ্যারাণী ইত্তক-ত্তক্লা মথক্লা শোক্লহৌই, "করিনোনে করিমত্তা খুল্লমদনা পুক্খদনা চঙ্ল্লিসিনা ।"

ওইহাক মফম থঙদবা থল্লা পংথন থল্লুবগা বিদ্যাবাণী মচাশিংদা ওনশিন্দুনা

খংডায় হায়বকই, "লোইশিল্লসি অস্তাংলা, চাক চানবা তৌরসি ।"

মচাশিংগী লাইবিক লাইস্ত ফক-নুং লোইশিন-তাশিল্লগা বিদ্যারাণী চাকশংথোমদা লাকই। মহাক্না ভূম্ফম কাগী থোক্ত মপা থৌরকপদা রাধেশ্যামনা খোঞ্জেল ইতা তানা হায়বকই, "নখোয় চারো, ঐ চাররোই ।"

হায়বক্তিবা বা অদু কবি নত্তবদা রাধৌগনবা মাগী নুপাগী মচৌপাগী মচৌপা ওইনচাউবা মতৌদুনি খন্দোক্লা চৎনা-চৎনা বিদ্যাবাণীনা ইয়াং য়াংনা হায়রম্মী, "কবিগী চারোইদৌবিনো" অস্তাংশিংফাও শীজদথে ওইহল্লগা, কোক চীকই হায়দৌরিরা, পূক নুংঙাইতে হায়দৌরিবা ?"

রাধেশ্যাম পাউখুম পীবক্তে। বিদ্যাবাণী থোঙথাং অমতং পল্লগা চাকশংথোমদা অদুম চঙ্লে। পল্লদনা চাক ঈশিং থিদোক-থোক্তোক্লা মচাশিংবু থাংম্দাকহল্লে। মপাবুসু কৌহল্লে। মচাশিংনা হয়া-হয়া কৌজববসু রাধেশ্যামনা শুকখুম্দক মথুম্রক্কবদুদদি মচাশিং চাহল্লগা বিদ্যাবাণী ভূম্ফম কাদা লাকই। ওইহাক্লদা মপুবোইবনা ফমুংদা ইবোয়া ঈপুনা লৈবগ্দু উবদা থোন চাউবগ্রা হায়বকই, "হাইরা" কবিনো ঈপুনা লৈথোক্লিবসিবো ?" ঙাঙনা ঙাঙনা চঙশিল্লকই। মহাক্না নকশিল্লকপগা মথায়বক্তা মথৃং থমদুনা ঈপুদ্বা রাধেশ্যাম মোনদা মমায় উপশিনখি। মতৌদুদা বিদ্যাবাণী লকক তৌই। থোঙ্লেল খজিক হম্বুবপ হায়বকই, "কৈদৌবগে" লাক ও অঙাংশিং চাবা থৌরে। ঈংত্রিইঙদা চাহৌসি খবা চাম্রদি ভূম্বা নুংঙাইরোই কৈদৌগে ।"

রাধেশ্যাম হোয় মাই হায়বক্তে। মাগী মওং-মতৌদু মনা মইত মনাউ ওইদুনসু হক্তোইরপ তৌই বিদ্যাবাণী, পাক হেক বা হংলুবা ঙমদনা ভূমিয়া লেপ্লুনা লৈ।

ঙসি মপুবোইবগা কনাগনো করিনো খবা শোয়দনা ঙাঙনবক্লল্লনি । বিদ্যাবাণী মফাং-মফাং খল্লকই—কাববাব অসিনা ঐখোয়বু ঈংনা-চীক্লা হিংজবা হায়বদু হেক ফংহন্দেদকো। মতম অসিগী মীশিং অসি লৌবমদাই তেংনা মানবা, থাইনরমদাই য়োংমানবী হায়বদুমক্তা ঙাম্লে। শীগদবা লৈববা পৈশাদ্বু নোংমতা হরাউ-হরাউ লাম্থোক্লীংবা অমতা য়াওদে, মখোয়দগী নিবদ্দীবু খবধীং হেল্লি। মসিগী থবকসি তৌহৈবা থবক্তি নক্তবজাংনি, মীগী মমীংসু চাউবা, অদুগা অমমমনা অমুক-মুক হাংখিবদসু আ-যৌনা হেক পৃথবা । মহাক্না নুপা থোকপা শিনফম অমা হেক পায়বা ঙল্লবদি মসিদা তোকচরগদবনি, অদুবু মদুসু ঙমদেদো । তৌরিবসু মানা নুপানি হাক্তশাদুনা মথা দুকানলোমদা মপুবে। মথাদুকান হায়বসিনদি সিনেমা হোলদা

তাবা মী থয়া, চুরুট কা য়োনবা দুকান্দার মচা-মপু থয়া নত্তনদি সিগুন্না মকুপ-মতাপী শেজকয়সি কনানবুসি লৌথিগনি। সিনেমা য়োলদা তাবা মী হায়বসিমত্তম্বু নুপা খঙদে নুপী খঙদে অয়াম্বদি অমত্তা য়াওদে। অদুবুসি, হনুবী থাজোনবী ময়ূমদা ময়া চংক্রদুকাওবা কৈথেলবু য়ৌত্রবদি লাই হেক্তা ওক্তি হায়রিবনি। অদুবু, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু করিনো করিনো হায়বদুমদি মতৈ-মনাও অমা ওইনা সেগা-মাইগা হায়নকম থোকপনি । অদুবু শাউ অমত্তা হেক তমদবমথৈ ভূমিন্না লৈশিনত্রিবা মপুরোইবগী মতৌসিনি বিদ্যাবাণীনা ওক্লিবসি।

চপ লেপ্তুনা থনবমথৈ থম্লুবগা লৌশিং অমা থংলাক লাকপগুম বিদ্যাবাণী বাথেশ্যামনা পুকবা বেগতু কোয়োং য়েংদুনা থিবকই। ফমুং মচীদা ফমথদুনা বেগতুদা য়াওবা হিসাব বয়দু লৌথোক্লুনা চেনা ফাক ফাক্লুনা ওসায় বাথেশ্যামনা থোমগংলকপা শৈশা পীবকপা-পীবত্তবা থঙনবা থোংলিবা থৃদমশিংদু থৃদোঙ্গী নম নমদুনা য়েংলুবগা মথম্না শো●বকই, "ওসিদি লোইনবু পীবকই অদুগা ।" অদুদগী ফিমানদা য়াম্লিবা বাথেশ্যামনা শেংলু পীংলুবা থোম্লাও ফুবিংকী ফুবিংথাউশিংদা হূম-হূমদুনা য়েংই। ওইহাক থ●ানবগুম তৌকম্বগা হায়না ফাকত্রবা হাঙলবা বেগতু হন্নমুক ফাক্লুনা হূমদুনা য়েংই। বিদ্যাবাণী চিংনবা থংহেন হেনগংলকই। হায়া য়েংত্রবা ফুমীং থোম্লাওদু ফ্রং-ফ্রং কন্দুনা অমুকসু য়েংই। রাথেশ্যামনা থাঙলিবা য়োনদুগী মচী-ময়াদা মথুংনা হাইকেংসু মাকই। তৌবিবা পুক্সু থঙলবসু বাথেশ্যাম বা অমত্তা হায়বক্তে। বিদ্যাবাণী মথম্না অমুকসু শো●বকই—কবিনোনে শৈশা অমত্তা পুবক্লুববনে। অনৌবা মফম অমদমুক থাদবম্লব্রনে ওসায়দি হায়বমদেদা, থাদবমগদবা লৈবদি হায়বমগনিদা ।

হৌজিক্তি বাথেশ্যাম হীপ্লিবা ফীভমদুগী মচীদি লেঙদনা স্থব মপী অমতং লৃম্না শাংনা হোল্লকই। স্থবহোন্দুনা লোইশিনখিবগা বিদ্যাবাণীনা রাথেশ্যামদা অপাম্লনা হায়বকই, "তামো, নঙবু ওসি কৈদৌবগে হায়বনে? নশা ওমঙ্গিববা, মীগা শাউনরক্লিব্রা? শৈশাসু অমত্তা থেংনদে, অনৌবা অমা হৌবম্লব্রো? কবিনো অদুনি অদানি অমত্তা হায়দবসিবো? অদুমাইনা 'সুম লৈবগে, করিমত্তা হায়ববোই হায়বিব্রো?"

রাথেশ্যাম ভূমিন্না লৈ।

বিদ্যারাণী হেন্না তৌকম থঙলক্তে। থোয়রাঙ-থোয়শাউননা চেপ্লিবা রাথেশ্যামগী মশাদু পায়দুনা নমদুনা লোংথোকহল্লগা মমায় থুদ্রিবা মথুংতু পায়দুনা শং চিংথোক্লুই। ওকপনা থম থেংই বিদ্যারাণী। মপুরোইবগী মমীংতু শিনা পুমচোং

চোংলম্মী।

ইশা পাম্বংনা বিদ্যারাণীনা হংলকই, "কৈদৌরগে তামো? কৈদৌরগে নঙবো?"

রাধেশ্যাম ফজ্রাংলোমদা মমায় অমুক লৈশিনখি। পিরোইনবা খোনজমদা য়াম্না শোয়া খুম্লকই, "লোইনা মুলহৌরে।"

"কবিনো হায়বিসিবো।"

রাধেশ্যাম তুমিন অমুক লৈখি।

বিদ্যারাণী তপথবা ঙম্লক্তে। মখা তানা হংলকই, "কনানা মুলহৌবিনো, কমদৌননো?"

চদকসু খুম্লক্তে রাধেশ্যাম।

বিদ্যারাণীনা নমহং অমুকসু হংলকই, "কদায়রাইদা কনানা মুলহৌবিনো হায়বনে নঙবো?"

ফজ্রাংলোমদগী মমায়দু খজিক্তং লৈখোক্লকপা ইথা থাক্তদনা রাধেশ্যামনা শাউবংননা খুম্লকই, "হো শকখঙদবা নুপা অনীখক্তা রারী অমতা শাসি হায়দুনা গর্দা অমদা পুশিল্লে অদুগা মুলহৌবিবা খঙলম্রা ?"

মপুরোইবগী শাউখুম তাবগা চিংথবগী মহুত্তা হেম্না শাউনীংবা পোক্লবা বিদ্যারাণীনা হায়, "মীলক-মীশাসু খঙদবা মীনা কৌবগা নঙদি কবিগী হেক্তা চংলিবা? নঙনা হেম্না ঙকত্রেনে।"

"কবম্না চংলোইদৌবিনো? অদুগুম্না মীনি হায়বদি কনানা খঙলুনি ।" মমায় ?লশিনম্রগা ইতপ তপ্না মখা তাবকই, "খুংলায় পায়বম্দি কমদৌনি? কিদা য়াত্রো।"

"কৈদৌরে কিদৌবিবা' নঙনা কনাদা কবি তৌকবগী কিদৌবিবা? অদুগীসু মথক্তা থাক্লবনি, মীনা কক-কক ঊম্নরিবা মকমনি, অদুবু মওংদু চিংনবরদি বিম্লাবা ওটোরা অফংবা অমা শাবগা কোক তোংখংলগা লাকপসু য়ারদুরো, করমকান্দনো তৌরিবো?"

"য়াচঙলকপদা ।"

য়াচঙলকপগী মাগী মাগী মথৌনা হেম্না লুবা, কনানা কনাবু হায়া য়েংবা লংনদবা মতমদুদা নাইতোম অরবা, মীওমজম্রবা মপুরোইবগী পুক্লিংগী শীতম করি ওইরমগদগে হায়বা খঙই বিদ্যারাণী। থোকত্রিবা থৌদোক অদু মপুরোইববু মুম্না শকখঙবা কনাগুম্বশিংনা অতম্লনা শীংদুনা পাঙথোকখিবা থবক ওইরমগনি হায়বসু খঙ্লকই।

নুমিৎ থরনি হৌরে। অমূকী-নুংথিলগী নুমিদাংগী তৌপথবা মথৌ তৌনা-তৌনা বিদ্যারাণীনা উই, নুংত্তক নুংজানদুনতা লৈরিবা মপুরোইবগী মতৌ, তাইকেং তারিবা শক্তম, হৈনীংবা য়াওদবা, নাইতোম তাবা. ।

নোংমা নিনীদুদি বিদ্যারাণী কদায়নো থদেক্লেই। চুরুট মচৈ অমা, কা অমা থক্তোক-চাখোক্তনবমথৈ অনা শিকি কাওবা শিকচিন-তাশিন্নরিবা মপুরোইবদা থোকলিবা থৌদোক্কুগী চৈনা চৈথেং মহাক মপাদসু কাওরিবনি। মদুমু তমাইনা কয়া হেক কাউগনি। অদুমু মদু ওইদুনসু মদুগীদমক অসুক কুইনা অসুম্বা অসুম্মক লৈবদি চুপ্রিত্রা।" বিদ্যারাণীনা নুংশা খীরিবদি রাধেশ্যামনা মথৌ পুম্বা কাউথোক্নুনা মৃমদগী হেন্দোক্তনা ফমুংদতা হীপ্নুনা লৈরিবা মতৌসিদনি।

বিদ্যাবাণী কোল-মীক, বাইরম, কেত্তদোক-শেংদেক্লরগা মমিংতগী ওইনা অমূকী চাক-ঈশিং চবগা ফমুংদা হীপ্নুনা লৈরিবা মপুবোইবগী মনাক্তা চত্তলকই। মহাক চত্তলকপগা মমীং ইবাও লাওনা পাত্তদুনা লোংনা হীপ্লব্রা রাধেশ্যাম মমীং উইশিনখি। মকোক্ত ফক্লাংলোমদা খজিত্তং লৈশিনখি। রাধেশ্যামগী খোত্তমা ওইরপ্লা ফমথরকই বিদ্যারাণী। মীকুপ খরা তুমিন্না ফত্নরগা তপ্না হায়বকই,

"ঙসি কয়ানি শুরক্লবনো চংলক্লিবসে, নুংতিগী চংশফাওবা পুখবনা হেক্লিক্লিবনি, সুম নমশিনত্নগদি কমদৌগদগে, ঐনা চংকদবসু খত্তলোইদো ।"

রাধেশ্যাম খুনক্তে। স্বব মগী অমা কুইনা হোন্দোক্লেকই।

বিদ্যারাণী ঙাইহাক পান্দম লৈতনা কোয়োং য়েংলুবগা অমুক হায়বকই, "ঐখোয়গী ওইয়ু ভত্রমদ্রবা লন খবদুদা লাইমল ওইদুনা সুম লৈকদুনা কৈদৌরুদগে, মাত্তজত্রসনু কৈদৌগে ।"

বাধেশ্যাম অসুমক তুমিন লৈ।

"মদুদগী হেনবা কম্বাসু মাত্তনরি লেল খরা, সনা থরদুগীদমক অসুম্না নীংবা কাররদি পুন্সি অসুক শাংবসি কবম্না হিংগদগে, অত্তাং অনীসিগা ঐখোয় মরিদা লৈবা ইমুংসিদা নত্তনা অদুম্না হোয়সু হায়দা মাইসু হায়দা লৈত্রগা ঐবু কৈদৌ হায়বনো, নত্তগী নতৌসিবু করিনো।"

হন্দক্তি রাধেশ্যাম মমীং মংশাত্ত পাত্তলকই। মাগী নুপীদা শংক্লিক য়েংলকই। চুপ্মী, কমবসু কংক্রবসু মুখগী মুত্নরেত্রা হায়বদু মহাক্তি, পীক্লিবা অত্তাং অনীদুনা করিসু খত্তদনা হায়গী হায়গুম শংলাত্ত লাত্তদুনা শংলৈ মরৈজললগসু নুপী অমা ওইনা মপুরোইবগী মরুম খুপ্না হিংজরিবা মাগী নুপীগী মফমদদি নুমিৎ থরনি অসি কয়াদা

হোংলবা'

রাধেশ্যামনা খাঙওমদনা হায়রকই, "সনা-লুপা, শেলগী না নত্তে ।" অসি হায়রগা রাধেশ্যাম মথীং অমুক উইশিনখি।

বিদ্যারাণী লাঙতক্লনা হংলকই, ' করিনো হায়বনে তামো' অশেংবদু হায়বোবা ?"

অশেংবা বা' নুপা অমনা মাগী নুপীমচানা কবম্বা হায়বা ভমগদৌরিবা অশেংবা বানো মদুবো' নীংশিংলুবদা রাধেশ্যাম মপাদু শৌবীং-শৌবীং লাউবকই। উইশিল্লিবা মমীত্তু অমুক হেয়া চেংনা উর্থাশিল্লি।

যাচওলক্কপগী মচি মচিবকপ মতমনি। রাধেশ্যাম থোমগংলুবা শিপাশিং যাওবা বেগত্তু কোল্লদুনা তঙা তঙা লাকই। নুংথিলগী মতমদা ফাওবা নুমিংকী মঙাল মপাং ফানা ফংবা ভমদবা গলীদুগী মপাদুমক্তনি শকখঙদবা নহা অনীখক্তা মাবু যাম্না খঙনা খাল্লকখিবদু। থোইনা খঙ্গক্তনা মতাক নুপা অনীদুগী মনাক্তা চঙশিল্লুবনি। লোয়া-থুপ্পা লাবি শাননীংবগী মওংগুম মচী মকম কোয়েং য়েংদুনা গলীদদা থোঙথাং অম নী থাংজিনখ্রিবা নহাদুগী মতুং ইন্দুনা ইমাং য়াংনা রাধেশ্যামনা থোঙথাং অমা নী থাংজিল্লুবদনি খংবৈ পুনা মাবু মথুং লাক্লা চিংশিনখিবদু। তুংদগী অমনা থংগোই ইল্লকপোই তুইহাক্লে' মাবু গলীদুগী ময়াম য়ৌনা পুশিল্লগা মঙক্তা অকনবা খুংলায় অমগা কোননা নহা অমনা হায়বকই, "নংবু্যা হিংনীংলবদি লাঙগনু!"

খঙহৈদনা থোক্লবা মতপুল্লবা দৌদোক অদুদা তাইহাক্তি লাঙগনি লাউগনি হায়বা ফাওবা কাউথোকপমখি পুংশত্তু শত্তুশিনখি রাধেশ্যাম। খাংুও তাদে খঙলক্লবা নতম অদুদদি থেরাঙ্গীদমক বাবকই। শিলং, ঘড়ী থুদোপ, চাক, এথং নম শৌথোকত্তুবা মতুংদা কমদৌননো থোক্লাও ফাবিবা পেটিদু শং শৌথোকখিবদুদা খ্রাই লাউই রাধেশ্যাম। লেল থুম, সনা লুপাদগী হেনজক্লনা, মাফ-মহোল ফাওবা মুনগদৌরিব্রো' এপুক্লিংদা ইঙ্গবু চেংনা খুকমজরকই। ভমজবী থাদুনা থোক্লাও শৌথোকখিদনবা মুক্লবকই। ফমথনবা হোংদৈ।

"চিংখংলু'" থোঙজেল ফদুনা মাঙদগীদুনা হায়বকই, "মথুংসি ফাওনে, কনিং পোকেটতা শিপা যাওব্রা য়েংসি। লেম্দোয়চাবা মীশিংসি মবুক যাম্না লুবনি।"

তুংদগীদুনা মথুং ফাদুনা চিংখংপোই থাজংপোই তৌদুনা মাঙদগীদুনা থোক্লাও কুদাম শৌথোকখি। চেন চিংথখি। মনুংগী পোকেটতা মচাখুদা হান্না হান্না হুমদুনা, চিংথোক্লুনা য়েংই। খুং কাবিবা মথুক্লুনা হান্না হুমদুনা য়েংত্রবা ফুবিংকী ফুবিংখাউদা

লায়রমনা মহাক মনামকুমকাওবা মপুং ফাদবা নুপা অমগুম উখিবা, পোন্নক্তবা মতাংদা খোন কন্না ঙাঙখি-শকখিবা কয়ানি। মাদা নত্তনা মচাশিংমক্না মপা অমা ওইবগী অকিবা মচেং অমা পক্তনা ঙম্ন-ঙম্না ঙাঙবীখিবা কোন্নায়নি। ময়ামগী কবেম্নকম, লায়কম ওইববা মপুরোইবগী থীববা মবায়বক অদু লেম্বদা বিদ্যাবাগী মশামক অমদি মচাশিংমক্কী খুং কাওবা মাওত্রববা হায়বগী মতোমতা নুংনাংজবকই । বিদ্যাবাগী মপি ঈয়া চেন্নকই। মোনদা মমায় উপশিন্দুনা লৈত্তবা মপুবোইবদা মাম্না তোঙ্কজনা য়েংলদুনা খন্নকই—লৈকাইনা, সমাজনা ফনা খঙবিব্রবসু মাগী মপুরোইবা মাগীদি নুপানি। ফোঙদোকপা ঙমদ্রিবা বাফমদুগীদমক মশাবু ওৎচবিবা মতৌসিমক্রসু তাকচবি মহাক নুপানি ।

বিদ্যাবাগীনা হকচিন্না হায়বকই, "খুদোংথীবা অমা থেংনকই হায়দুনা পুক্নি চুন্না লাইমন ওইদুনা লৈবত্রা ? হিংনবিব মী খুদিংমকসিবু খুদোংথীবা অমত্তা থেংনত্রবমত্তবা ? লাগা মীগবু কবন্না মায়োক্নবা ঙমগদগো। মদুগীদমক কবিগী পুক্নিং হক্কাদৌবিবনো, কবিগী শিগাদৌবিবনো ? মদুবু নুপা অমগী বাখল্লা। নত্তবু নুপা নৎত্রববা ?"

রাধেশ্যাম উইশিন্নদ্না মমীত্তু তপ্না পাথোক্লকই। তপ্না-ঈংনা হায়বক্রিবা মাগী নুপীগী মাহৈ খবদুনা মত্তোন্দা অকনবা লাক্ক অমা পীবকপগুম তৌই। মহাক্কী মমীত্তা মথং-মথং উবকই—লৈখা তাববা নুপা অনী অমসুং মন্নবা গলী, মথৌ অমমম পুদুনা চৎলিবা বাজারগী মীয়াম, মহাকপু উবদা অবাবা নুংঙাইবা শক্তোন পুবিবা মহাক্না লেল থাদবিবা কাববাব মচা-মচা তৌদুনা হিংজরিবা মীওইশিংগী মায়থোঙ, মপুক্কি হৌগৎলকপদা ঙায়বিবা পীক্রিবা মচা অনী, মহাক্না নোকপদা নোক্রিবা কন্নদা কপ্রিব মহাক্কী নুপী ।

রাধেশ্যাম স্বব শাংনা হোন্দোকই। হায়দোকপা ঙমদ্রবা বা অদু মাগী নুপীনা খঙলবসু খঙদ্রবসু মহাক্না ফুক্কংননা, খিবা ফংদনা লৈবকপা পাউখুম অদুদি মাগী নুপীদগী ফংবগুম তৌই। মহাক ফমুংদগী তপ্না হৌগৎলকই।

## নুপী (১)

নোংঙাম্প্রিঙৈদা চংখিবা নুপাদুনা নুমিদাং অথেঙবদা রিক্সা তোংদুনা ভাঙ-ভাঙদুনা হল্লকপদু অঙাং গুপ্পিবা ইবেতোন ফমুংদগী তায়। কুইবর্দনি মহাক্না মখোল অমতাং তাবদা না থম্লং থক্কত্তুনা তাবিবা, মাগী নুপা হল্লকপা ঙাইবক্রিব। মানা অঙাংদু চৈবক্কত্রা হায়দুনা ওপ্পা চৌগংপা য়োংনবিগী থোক্কাদগী বাক্কেন্না লাউবকপনা হর্গ্গু,
"ভাব্রা ও ভাব্রা ও ।"

"ভাবয়ে ভাবয়ে ." ইমুংদগী খুম্লকই।

"ভাবগা নপা তৌবিব্রা-ও?"

' অঙাংনা য়াদদুনা তৌবিনে ।"

চৈবক্কবা অঙাংদু পমথক্তুনা থোবক্কিবা ইবেতোনগী উবগা রিক্সা মথক্কেগী বাক্কেন্না হায়বকই, "নুপা ভবা পুবকউ।"

ইবেতোন লেপ্তুনা হৈ, চঙসু চঙখিদে, বা অমতসু হায়বক্তে। তুম্না ফুগাম্বিদুনা পুখোকপিবক্কবা অঙাংদু ভেং-ভেং তৌবি।

রাজেন্না বংলাউ লাউরকই, "কৈনো লেগুনা সুম লৈরিদুবো? ননাদু ভাজ্রো ভারা পুরকউ হাযবসে?"

"কদায়দগী লুপা তরানো পুখোরকদৌবিবো?" ইভগ ভগ্না খুম্লকপনি ইবেতোম্না।

"করি! নচীনদু থুগাইহ্নুবা নঙ?"

রিক্সাদগী চোংথবক্কুনা ইবেতোনদা হোংচিল্লকই রাজেন। মমায় খুম্না রিক্সাবালা নহাদুনা রাজেনবু মথুং কাদুনা থাম্মী। রিক্সাবালাগী মমাগুদা ইকায়বা নংলবা ইবেতোন খোঙ্গেল যাম্না লেম্না মচীন্দা মুরুম মুকম শোন্দুনা ময়ুমলোমদা চঙলকই, "কবি থবকপু চৎলিবনো রিক্সা তোংদুনকা নাক্লি, মাগী শৈপাকা যাম্না থম্নদু ইমুংসিদা চাম্মচংগী অমথক লোৎলিবসি উত্তদি যাবরোইনা ভৌবনি।

ইকায়-ইকায় ওসাইনা ভূমঙ্গবা মনাওনুপীদু হৌদোক্লুনা, মনাওনুপীদ তবাদু লৌদুনা রিক্সাবালাদা পীরে।

শৈলা হেক পীবগা রাজেন যোন নুংঙাইনা নোক্ল নোক্ল শক-শক্লুনা খোজাদদুনা জগোয় শাবা হৌবকই—"শামু মচা অমা জগোয় শাই" জগোয় শানা শানা টাংশ শক্ল শক্লা মশাদু উক ক লয়। টাংশ মথা লকই "নোম-নোম, নোম-নোম জগোয় শাই" নোক নোক্লুনা ময়ুমলোমদা চঙলকই। ইবেতোন রাজেন্না চংলে চংলি, লেম্বে লেম্বী, গুক্লেক নোক্লিংদনা রাজেন্না নোকপদু মতেং পাংই, "হা হা হা, হি হি হি" মাঙোল কাখৎপদা রাজেন তুশিনগে তৌই। অঙাং-ও কও ইবেতোম্বা ওাকই। "যানি যানি" হায়দুনা শেম্মী রাজেন, ইবেতোম্না ওাকপোই তৌদুনা ইমুং চঙমিন্নরকই।

ইমুংদা, ফল্মাঙদা লেপ্পুনা অমুক জগোয় শাই। অমুকসু হান্নগুম্না মশা নোম্মী। অমুকসু মানা নোকপদা মতেং পাংই ইবেতোন—"হা হা হা, হি হি হি হি"

অঙাংদু পোশিল্লগা থেম থেমদুনা রাজেনগী খোঙউপ লৌথোকই। ফি হোংদোকই। চাক থাংদোকই। চাকচা ফিদা থাই। খৃং হায়বা টিলিং লানশিল্লি। চাক্লকমাঙদা খোজ্জার চন্দুনা ফল্লগা রাজেন্না মখোঙ্গেল চাউথোক্লুনা হংলকই, "কবি এল্লাংনো?"

"হল্লামনি।"

নুকথদুনা ভেজোংতা যেংলম্না রাজেন্না মঙক অদু থক হাইগংশিবগা ভেজোং

পাইখিবা খঙ্গহৌদে। তেঙ্গোংনা কাটিন্দা হান্না চেনশিনখ্রগা মাঙোম্না কোয়না লাউরকই, "নোয় নপাদো, নোয় নপাদো, নোয় নপা অা স্বর্গদগীদো, মদু কৌথরগা শীজৌ, হুজাম, হুজাম, হুজাম, অমুক কাই হুজাম, নুংদাং কাই হুজাম, ওরি থাকই খঙদে থাক্লে খঙদে ।"

"ঐদি ঈজতনা কবি ।"

"হৈং, মসি।" মমীৎ লংথোক্লুনা মথয়াং চীক্লুনা কুক হৌগৎলক্লুনা মা ঙাঙ্গলিবা ইবেতোনগী মমায়দা খুবাক্লা থাজিল্লি। মখা তারকই, "নোঙোয় নপা-নমানা তন্নীবকপ্পা, অদুমাই ঙাঙ্গু হায়দনা হুঁ? নঙ মঙাম্নরেনে খুঙ্গা হৈরিসে ।"

নুম-নুম লাউবা মখুক্লুনা হাইলক্লুনা থাখিবা খুবাক্লুগী কল অমতা ইবেতোনদগী লাক্লে। মখুৎনা মথক্তাইদা তপ্না অমুক্তং নানখিবদু নত্তনা করিমতা মোং-হায়ক্লে ইবেতোন।

অমুক ফমথোখিল্লে বাক্লেন। চাকলুকপান্দুদা হাইবং হাইবং জগোয় শাবা হৌরকই। টঁপে শক্লকই। উক-ক অমুক লয়। মপা অমুক নোম্মী। হুন্দক্তি মাসু লোক্লে, ইবেতোনসু নোক্লে। জগোয় শাবা, টঁপে শকপা লোইরগা টংনা হংলকই, "বেঁডও কদায় ঐলে?"

ব্রেঁডও মচা অমথক ঐবদু পুথোক্লুনা শীববদা ফমুংদা মখোঙ মাঙ্দুনা ফল্লবে। বেঁডও ভাইহাক ওংলল্লগা হীপথল্লে। হীপথোখিবগা নাখোক্লকই।

মাগী নুপানা ভূমথোখিবগা ইবেতোন চওশিল্লক্লুনা ফীডম চাদনা হীপচিনখ্রবা মপুবোইবগী হকচাংদু ফীডম চানবা শেল্লে। মখাদা য়াঙ্খিবা মখোঙদু ফমথক্তা থাজংপি, মকোক্ত চিংশিন্দুনা মোনদা মফম চানা খাওইল্লি। কৈজ্রপ শুপচিনবী। কাখল খাক্লিনবী।

হৌজিক্তদা ইবেতোনগী মীংলুদা শিরাং উহৌবকই। শিবীক অমতং খজাক্লদা উপ্লা চেম্বুবকপদু মখুৎনা হংথোকচে।

## নুপী (২)

নীনি হম্মি ওয়ে নুমিৎ হেক তাবদা লৈকাই মী অমতা থোজাল লাকদবা, মরু ওইনা নুপা নহাশিং। মশান থোক্লদবগী মরমদু ইরেচান' লুখোইদা হাঞ্জেন-হাঞ্জেন তমই। অদুবু লুখোইনদি মাগী নুপীনা শীংনবগী থোক্নাং অমা হা গুনা মঙোন্দা তঙ্গিবা পাউ অদু পাউ নত্তে মাবু কিহন্নবা শেমজিন-শাজিন্দুনা পংহায় হাৎজিনবনি খল্লি। মদুনদুম মং ঙান্দা থোইনা মথৌ শঙবগুম থোকখিদুনা, কনা কনাগী করি কবিনো মমিং পবেং অমা পন পন্দুনা, অদু কৌগেন্না কৌবকউ, অদা পুগেসু পুবকউ, নথোমগী সজ্জাশিংদো অবেবমখৈ থোমদুনা পুন্নকউ, জিতনা তৌরোলাউ, থৌজিকমক তৌবোলাউ, হায়দুনা ঙাইহাক্তী মমাঙ ফাওবদা মখনাউ তিন্থল কায়দৌমখৈ শকং শকতুনা ল'উবাল্লিবনি।

নুমিৎ চূম্না ইমুং মথক-মখা ওনবমখৈ নিশা শাম্নবগ্নগী হৌজিক্তদা কবিসু ইতৌ তৌদবগুম ফি নাম্না শেত্তুনা হাই থোংদুনা থোকম্লিবা লুখোইনা থোজাল লানখিবদা ঙায়রিঙৈ, থোকখিবা কীতমদুগা পূমওন ওন্নিনা, অফিং-অফাইদা, থোংকাপ লাওনা লাওনা কান্দুনা তনজন হঞ্জিনক্লিবদু। মমায়-মমীং ইপোম পোম, মনাতোন ঙাঙশঙ

ঙাঙ, তুলসিবুংদা সন্ন্যাসী লাই খুরুম্বা ধূপ থাউমৈ পুদুনা থেক্কক্লিবা ইবেচা চিংনরপ য়েংলকই।

ধাল্লী কাখৎ-কাখৎনা মুন্নীং কুন্দাম লৌথোকপা হৌখি লুখোই। ইমুং চঙখিবদু মীকুপ মাদে খুদে য়োংদোক্কুনা প্রপ প্রপ থেক্কক্লগা মাজোলদা মচেৎপা লৈমিন্নরিবা অঙাং অভোম্বদু তাপ পমখৎলে। মা হক্লিন্নকপা উবদগী পেবা হৌন্নবা অঙাংদু মহাক্কা পমখৎলুবগা মা লাউনা কপথোকম্লে। মচে খন্না চাউবীদু কম্লিবা মৌপ্পাদা অমুক মপাদা অমুক কিকপ-কিকপ য়েংদুনা কপকে কপকে তৌরকই। লুখোইনা কম্লিবা অঙাংদু মনমদা পোপ পোপ থাবিদুনা, শীৎপি-নানখীদুনা, মপাদা মপা ওইবগী মাঙাঙ কন্না ঙাঙদুনা কন্না থেম্না লাক্লে। অঙাংদুদি হনবা কৌবা লৈতে।

ধূপ থাউমৈ কৎপা মথং-মথং লোইশিন্নগা থোঙথাং মখোল থোকহন্দুনা শাউরংননা থোক্কক্লিবা ইবেচা মপৃক্লিংদা মখোল কন্না লোন্নি, 'করি থোকএনা পঙ্গীকবিনো, ভাৎ-পাৎ মচা নুংশিবগসু শারিমাল্লে শিন্নমদাই য়ৌরক্কোনসিদদি মভাৎকসু তৌবিয়ে কৃষ্ণ য়েংগে খঙনি ঙসিদি।' মচীন্দি থোক্কে। মমাবু নীংশিংলকই। ঙরাং নহালদগী ঙাঙনরক্লিবা লৈকাইগী মাশিংদুসু । মপাদগী অঙাংদু লাকপোই মুনবোই কৌপ্পগা পেশিন্দুনা ময়াচঙলকপদগী খুবক হাঙদ্রবা ইমুংগী থৌয়ামদা মায় ওনশিনখি।

ঙাসিদি নুমিৎসু ভাইঙমদলা তাশিন্নকই। মায়কৈ মবি শূক-শুনা মমশিন্নকই। লৈবক্তা, থোজালদা, খোং-খোংদুনা পৃন্নপ-পৃন্নপ চেন্নিবা হূইশিংগী হূইখোলনা থোজাল ময়া নকশিন্নকপদদি কন্না থুনা থাংবা খোঙউপ মখোলশিংসু তাবকই। হূইখোলশিংদু লম্পাক্ত পৃন্নপ অমুক পূনশিনখি ।

হূইখোল তাদ তাবগা লুখোই লৈতাদবা অসুম হেনগৎলকই। থোঙ-থোঙনাউ পৃম্না পুনা থাজিন্নুবগা চঙশিন্নক্কুনা ইবেচাগী মনাক্তা ইবেচাগী মমিগুম ভপ নপশিন্দুনা লৈবে। ইবেচানা লেপ্পে লেপ্পী, ফম্মে ফম্মী। মতৌদুনা, মতম কুইনা খন্নোবদা শীংদুনা লাক্কবা ইবেচাগী পৃক্লিংবু হেন্না নাপল কাহল্লকপগুম তৌবকই। কবেন্নগুম-চৈগুম ইবেচানা লুখোইদা ইকোং ফোংনা হায়, "হূঁ' নোক্তুম নোক্লীংই ঙাঙথোকল্লিশিংদুগা তৌথোকল্লিশিংদুগা, মায়বু ফনা থাবিনে নুপাসু চৈ কিবোবে ।"

ইবেচাদা ফন্নপ অমুক্তং য়েংলম্লগা ইকায়বোই নুংশিদবোই ফৎ হন্দোকখি লুখোই। মথুৎ-মশা থেক্কুনা লময়ায়দা হন্নং-হন্দা অমুক-অনীবক চৎলম্লগা অঙাং অহলদু পুশিন্দুনা ফমুং চঙদুনা হীপচিনখি।

লুখোইনা কমুং চঙখিবগা ইকান কাপ্পনা থোঙজ্রোমদগী মরী-মরী চঙলক্লিবা থোঙউপ মখোঙশিংদু ওয়াঙদা চপ লেপখি। লেপখিবগা মপান্দগী থোঙ থীন্নবই।

"থোঙ হাংজু, থোঙ হাংজু!"

শকখঙদবা থোঙ্জেলদু ইমুংদা ইবেচসু লুখোইসু না থাজদনা তাদ্রে। পাউখুমদি কনাসু পীদ্রদে। থোন খয়গমুক হাইগদুনা অতোপ্পা থোঙ্জেল অমনা অমুক লাউরবই, "থোঙসে অমুক্তা হাংসে ।"

থোঙ থীনবা হেনগৎলক্লই।

"কনা ওইরবনো?" চাকলঙদগী থোক্লক-থোক্লক্তা ইবেচানা চীন্দগী থোক্লকপদু হায়দোকখি।

"থোঙ হাংজু হায়বদি কোক হাংজু!"

চেনশিন্দুনা থোঙ হাংই ইবেচা। থোঙ হাংবগা বাহং পাউহংবা নংদে। নহা মঙা তকক গ্রুং হুপচিল্লদুনা ইমুং কা থুংনবা কোয়চঙ চঙদুনা থেই। ইবেচা মখোয়শিংদুবু তঙক-তঙক থেংদুনা চপ লেগদুনা লৈ।

লুখোইনা হীপ্লিবা কা অদোমদা থোঙ্জেল অমনা হায়বা তাবকই, "নঙলা? হা? নঙ নংত্রা য়াম' ফাওই হায়দো' নঙ নংত্রা?"

বাহৈ পরেংদু লোইফাংত্রিঙ্গে মপাগা হীপমিন্নখিবা মচানুপীদু অকি অথংননা খংকপ কপ্পকই। মচাগী মীকপ তাবগা ইবেচা থোঙলৈ থুনা চেনশিল্লদুনা মপাগী মনাক্তগী অঙাংদু চিংথোক্লে। মচী অমদা হন্দোক্লুনা মমা মচা তাশিন্দুনা লেপমিন্নে।

খুযাদা লেপ্পা য়াও, লুখুমদা চঙশিনখিবা য়াও, কমুং মথক্তা কাখৎখিবা য়াও, অম্মাকপা মখোয় খুদিংমক লুখোইবু কোয়শিনখিদুনা গুপ্রুক-গপ্রাক, ক্রোক-ক্রাক, উক-আক তৌরিবশিংদু ইবেচ উবদি অমতা কংদে। থওইনা য়েংশিল্লুবসু ঙমদে।

ইখঙ খঙহৌদনা লুখোই থোঙ্জেল কায়না কপ্পুনা লাউরকই, "ইমা' ইমা' "

তাঙাসিদা ইবেচাগী মমা চাউবীসু কদোমদগীনো ফুং ফাওজিল্লদুনা ফম্যাঙদুদা লেপ্লে। থৌরকপগা কবিগুপ্পা খরা হায়নীংবগুম নহাশিংদুদা হাইরপ-তাইবপ য়েংদুনা য়া কাথোক্লুবগা নহাশিংদুগী অশাওবা মতৌশিংদুদা হায়বা ঙমদ্রদুনা তুমিন লৈশিনখি।

"ফাওখো ফাওখো ' নুপীদা নবিল ফখো-ও, হায়ৱু নঙনা পীজিন্নরিসি কৈনো, মহীরা? মপংদা? . হায়ৱু, পুংজবা? পুংজরা ?"

মমায় চঙদুনা লুখোইগী কৈগলদা, নীংজুদা, খুবোমদা, পাম্বোমদা কাওশিল্লি,

থিঙ্গজিল্লি, শুনংলি।

"ঐ লায়ে , ঐ লায়ে, অমুক হয়া তৌজরয়োই, ঐ অমুক হয়া তৌজরবোই।" মখুৎ লোয়রদুনা কপ্পা-কপ্পা হায়জারকই নুখোই।

"করিগী লানবা? করিগী লানবা! হৌজিক্তো করিগী লানবা?"

লোয়রিবা মখুত্ত নোংমৈনা কনথংলি। অমনা নাকলদগী মচীন্দা কিয়া থিঙ্গিল্লকই ।

কল্লাক থক থক নীক্লে ইবেচা, থবাক মিহুল দং দং হুল্লে, মৌরী চবম যুনগংলক্লে। চৈবকসিদা নক্কলদগীদুসু য়াওনা অঙাং অনীদু মৌবা তায়রদুনা কপখংলকই। অঙাং থেমগনি নীংশিংদে ইবেচা। কোন্দুনা লেপখিল্লবিবা মচানুপীদু খংইন ফিনথোক্লগা ফমুং ময়া নক্লা চগুশিল্লকই। লুখোইগী চিগ্নাল মচীদা তপ্পা চেম্বর্থাক্লবা ঈদু উকবদগী ইবেচা হীক-হীক কপ্লক্লে।

উবিবশিংদুদা মীনা লাকচবা য়াদবী ইবেচাগী মমা চাউবীগী পুক্লিংদু মচী খজিক লেঙলকপগুম তৌবকই। মী পুম্নমক্লা খী-খী কিনবিবা মা অমবু থওই-উশিল্লদুনা মহাক্কী মচামকপু শা-মপগুম, ইতৎ-তক্তনা যু-চৈবা ঙগ্গা ময়া অদুবু শাড়া অমতং ভগীদুনা মহাকপু অমুক্তং মশক খঙহন্দবা য়াদে হায়না লৌখিবা পুক্লিংগী বাবেপ অদু তৌখিবা খবদুনা শক্লবা, কোক্লবা য়াবে খল্লকপগুম তৌই। ময়ামদুবু থেম্জিন্দুনা গায়বকই, "য়াবে য়াবে ইবুংঙোখোয়, তোকপীবো মতুংদগীদি মবাইনা ভাব ভাঙবনি, অমুক হয়া তৌজববোই হায়ববনিনা, তোকপীবো তোকপীবো।"

"তৃমিন নৈয়ু!" শীকক্ল অমনা চৈহংলকই, "নখোয়না তোকউ হায়বগা হেক্তা তোকপ্রা, তৌ হায়বগা হেক্তা তৌগপ্রা? ঐখোয়সিবু নখোয়গী ইমুং খংনবা বায়েরবা লৌবতোই নীংক্লে? নচা নয়া বাবকপা ভমদবা নখোয়দি শিজখোনে!"

চাউবী মমায় হাইবপ দুকথৈ।

ফমুংদা লোংথ্রাক লোংনা হীপ্পিবা লুখোইগী মথক্তা ফল্লিবা অমনা লুখোইগী শাইবক্তা, মৌবীদা, ময়াদা নোংমৈ চান্দোয়া কীৎ-কীৎ নম নমদুনা ময়া ক্লব ক্লব টাক্লুনা হায়বকই, "কাপ্পগে কাপ্পগে কাপ্পগে!"

লুখুমদগী অমনা অমুক মুব থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা লল্লাইলেম্ফুদা নম্লকই, "লোইশিল্লসি মসি!"

লুখোইনা নীকপদা ফমুংদু পুংনোম নোল্লে। ঈশিং চংশিন্দুনা মকি-মরোল, মোক্সাক নুংশাক পুমচোৎ চোংলে।

কানি কানিদগী ইবেচা লুতোন শাংখ্রে। পূং মরি মঙামুকথৰী মমাঙদা পাল্লোমদা কাখল চৈখোক থুমেক্লুনা কনখিবগী অয়েঙ খুদিং ঈ পীং-পীং থোক্লিবা, শগন নাম্মা হাইলংগা বাম্লিবা অশোকপদুগী চৈনা কাউখ্রে। লৈমায়দা খুক খুদক কুপ্পুনা কপ্পুনা হায়জয়কই, "ইতেমা লাল্লে ইবুংঙো, ইতেমা লাল্লে। নয়াম্বু অমুক্তা ঙাকপীয়ু। মাখক্তনা লানবা নত্তে, শজ লৈ ছায়দুনা ইঙা ইপুরোইববু কিদবা ইতেমগীসু ইথাল য়াওরিবনি, ইতেমা লাল্লে ইবুংঙো, ইতেমা লাল্লে, মাবু কাল্লিগনু ।"

লুখোইগী লাইবক্তা নোংমৈ নল্লিবা ফমুংদগীদুমদি ফীভম কবিমতা হোংলে। নোংমৈ ভিকথলদা খুদোম্বী অদুমক থল্লি। মখনাউ খ্রক খ্রক কংখিদুনা বা ঙাঙবা খোকখিল্লবা অশিবগুম শল্লাক তাদুনা লৈত্ত্রবা মপুখোইবগী মতৌ য়েংবা ঙঙ্গক্লদুনা ইবেচা লৈমায়দা মমায় উপশিন্দুনা ও খোংনা কপ্পকই।

ফীভমসি য়ৌবকপদদি চাউবীসু নুংশা থীবকই। ইকায়-ইকি হন্দোক্লনা মচাগুম্বশিংদুদা নোক্কদুনা হায়বকই, "ইবুংঙোখোয় অমুক্তা ভগথাবিখো, ইমাগী বাসি অমুক্তা তাবিয়ু, ইমানা হাল্লসু হায়জখিবদুনি, নয়াম্বসি অদুক হাক্লা ফত্তবা মীদি নত্তে, মাগী হায়ববু চুম্মতা থক্কু-চাকবগা ঙাওনবা খবা বাবদুদা অঙাংশিংসি লৈফম খগুদে—"

"তানীংদে'" চাউবীগী বা থক্কুনা অমনা খংলাউ লাউবকই, "ঐখোয়সিবু নখোয়না শীজিল্লানীংবা মওংদা শীজিন্নবা য়াবা শাম্লশোং ওইনা খল্লুবক্রো।"

"নত্তে-নত্তে লাউখিনু ইচাশা, ইচাশিংবু কবিগী লায়না খল্লুদগে'"

"খন্দ্রবদি কবিগীনো চগং চগং?"

"নত্তে-নত্তে ইবুঙ্গো ইমানা হায়বদি অপঙবা নয়াম্বসিবু ইচাশিংনা অদুক কিন-খংনবা বাবকপিরিবা খবসিনা মাগী মবাগগীদি মতীক মপা চাজবে। মসিদগী হেনবা, কা হেনবা, অহুকপা দণ্ডমক্তি মত্তোন্দা পীবিবনু, মা মশা—'

"তানীংদে' তানীংদে হায়বদি তানীংদে, নখোয়না ঐখোয়গী মতম মাঙহনবা য়াব্রো? মীবেমশিংসিদি ।"

"মা মশাখক্তগীসু খনবিগনু ইচাশা, মচা শীশক শীশকশিংসিগীসু খনবিয়ু, নতেমা অসিগী লাইবক থীবা অরাবা দশাসু তাহনবিগনু ।" সুম ঙাঙলম্বদগী চাউবীদু করি হায়গদবনো খঙজিল্লক্তে। চপ লেপখি।

মব ঈফুন ফুনগুম, ময়া চীক্লুনা ফমুংদগীদুনা হায়বকই, "মসি গুম্বসিদি খুদক খুদক্তা লোইশিনগদবনি।"

## অশিবগী মচা অশিবা

ঙাহেংবম লৈকাই পার্কিং, থোং নম্বোনবী, নাগামপালগী দুকান পরেং, উরিপোক মচানগী হৈয়োনফম ইন্দ্রাণীগী লৈফমনি। অয়াম্বা মতমদা অয়ুক থোক্লক্লগা ঙাচৎলবা মতুং ময়াম্বা কৈথেল কুম্বা মতমদা মাসু ময়ূমদা হল্লি। নোংফাদোক থেঙনসু মবাকই। হৈনীংদবা নুমিত্তা ঙম্লসু হনখি। নোংদম নাইবদি নত্তে। অদুবু, মতম পুম্বদা মচীল অদু পোথাবা লৈতনা কবি কবিনো ঙাঙদুনা অমগী মনাক্তা অমুক, অমগী মনাক্তা অমুক ঙাইহাক ঙাইহাক ফমদুনা নুমিৎ চুপ্পা লেম্মুরবসু মহাক ময়ূক-মকৈ কাউথোক্লবীদি ওইদ্রি।

অতৈ অঙাওবীশিংগুম্বা মহাক্তি মফি মোত্তে। মকোক-মক ঙনান ঙনান, চন্দন-চম্বা ইরুং লংদুনতা লৈবা, মায়দা-মীৎতা চুম্বা মহাক্কী শকফম অমদি লেংলবা কুচুনা বাখল চোইরবী অমা ওইবগী খুদম থোইনা মকা ফোংদ্রি। অদুগা কবিগুম্বা মতাং খরদদি মহাক শুকঙাও ঙাওদে হায়বমকসু য়ারি। অশোয়বা অবানবা থাওদনা য়াবী কয়া মরীক চুম্বা লীবা, পাউদম্বা মহাক ঙদ্রি। মাগী মচাদগী ময়াম্বা তানখিবা মলাগী

ৱারীশিংদু অখঙবমখৈনসু অচু ৱানি হায়নে।

উরিপোক মচীনগী হৈবোনফমনি। নুমিৎয়ুংবা মতম্নি। শজিবু নিন্দুংনিদি হায়বনু শাবিবা নুংশাদি লাংবনগীনি। অহানবা শঙ পয়েংগী মচীনমতুন্দা কন্নিবী মোমোনদু মখুত্তা খুদৈমচা অমা শায়দুনা মরোল মরোল লোনখত্তুনা মমাঙদা শৈরিবা শেমশিংদু অমমম লৌখৎ লৌখত্তুনা উকুল ৱাইফুল অসুম তৈথোক্লবগী ওসাইমখৈ মনাক্তা লেপ্লা থাদুনা তায়রম্না রেডিওদু তাম্নদুনা পেন্নখগুম খংযুং যুংথংলগা মাগী মনীং মশাদুদা কনাগীনো কা খরা খেংলদুনা মতৌমতা ৱাৰী নীজদুনা ফমজবিবী ইন্দ্রাণীদা থোক ওনশিন্দুনা হায়বকই, "কবিনো ইন্দ্রাণী নঙনা ওসাইদগী মুরুম মুরুম শোল্লিদুবো ৱাবু ৱাব্রনে?"

হায়বক্লিবা ৱাদু তাদবগুম্মী ইন্দ্রাণী, বা ভাঙবা লেপ্পুল্লিবনি, ফম্ফম লাকফম মমায় মায়থোঙ কবিমতা হোংলক্লিবনি অদুবু মহাক্কা লেপ্তুনা ভাঙলিবা ৱাহৈ পবেংশিংদুগী মরক্তা মোমোননা বা হংখিবা ভাইহক কান্নবগা হায়গী ৱাঙাঙ খোনফমগদগী কবিমতা ৱাংখংপা নেমথবা তৌদনা মহাক্কা চিংনা খুম্লকই, "কদায়দগী মুরুম মুরুম শোনবনোসিংবো?   হো মোই মশাদো, নোই'সাহেবতো," ৱাৰী নীবা মতমদা মাগী নুপাদু ইন্দ্রাণীনা 'নোট সাহেব' হায়। মাগী ৱাহৈদুগী মাগী নুপাদু অংটৌববা অশীকপবা সাহেব ঐমদি ওইবন্নি হায়না মযাম্মা কৌই্নে। অদুগা ৱাহৈসিবু মহাক্কা চাউথোকচবগী খোম্হোক অমা চেলইন্দনসু খক হায়দে। ঐসিসু খোম্হোক অদুমক নীজিম্নবদুনা মহাক্কা হায়বক্লিবনি, "হন্দক মবকসি হেক হেক লাকই হায়বনি অঙাওবী।"

মোমোনদু শিংবা নংহৌদে খংপ্রেক খংনা খংনোক নোকথোকখি। ফনা কুইনা শুক্লী তিংথমখৈ নোক্লবগা মমায়দু ইন্দ্রাণীবোমদা পুন্নে লৈথোক্লদুনা মঙক নোক্লদুনা হায়বকই, "ও ও, ইন্দ্রাণী, নোই' হবে লাকই হায়বা নংত্রদো? হোয়নে ঐসি অঙাওবীনিনে   ।" মপুক্লিংদা অমুকসু হন্না ফাওবক্লিবা নোক্লীংবগী ইহলদু মতৌমতা ৱানা ফাক্লিঙ্গবদুনা ৱাহং মখা চথবকই, "কবি কবি ৱারীদি শানহৌই নঙদি? কৈদৌডৈনো মানা লাক্লম্মিবো? ঙন্নাংলো? নহাক্লো?"

"নোংমতা নত্তে হায়বনি, মীনা মবি মঙাবক হুবে হান্নরমম্না   সিদনে সিদা, খাইদন্দ কৈথেলসিদা, ঐদি মশাক্তা খঙলুম্লবনি উদবা কুইমম্লদনা, মৈগা লাক্লবা নুমিত্তদা লাকপা ওইনা তৌবদনা   ।" ৱাহৈ খবসি হায়রম্লগা খোঙেলদু খংতপ তপথক্লে ইন্দ্রাণী। অদুবু মাগী বা তাবিবী মোমোনদি ৱারী মতাংদুদা হেন্নদুম

মথবায় মাওশিল্লক্রি।

"নত্তগা মবী শানহৈত্রো হায়বা অদুবো?"

"কৈদৌ শানরোইদগেনে, ঙাক্তন-শক্লম্লগবু কদায়দে ।" হায়বম্লগ, অতোপ্পা মারকে অমদা মমায় লৈথোক্নুনা অকল্বা হীরম অমদ মাথল লুপশিনখিবগুম চুপ লুপ্লুনা লৈশিনখ্রবা ইন্দ্রাণীগী মায়থোক্তদুদা চেপথদুনা মথবায় তানা য়েংলদুনা নীংহ্লবা লৈতনা মোমোননা অমুক শমথবক্নি.

"অদো নত্তবু, মাবু নহাক্তখে কদায়' লৈকগে হংহৌবা মাত্রা হায়বনে?"

"হেবা অদুবু । অতোপ্পীগীদা কুনথে কুম্লবগা হক্তিল্লকপদা কবিদা তাই লাদা তাই হায়দনা মবেল্মা ঐঙোল্দা হেক্তা তাববনিদনা ।"

মোমোনদু নুংস্তাইবদা খম থোংল্লে। স্তসাইমখে রেডিও তাকিহৈম্রপ ইমুন-মুক্কবা মপাদু থংতেক তেকখংলক্লদুনা মবী মপূং ফাহ্নবা হোৎনবকই, "ও, সিদা থেংনবনি হায়বা নৎত্রদো, মৃমদা হন্নসি হায়হৌদ্রববা অদুনি নত্তদি? কৈদৌ অমুক হলহনখ্রি?"

"চঙ্সি মদুদ ইবেম্মা ইকায় হায়য়ে মচা মনাউদবু ।"

কেথ কেথা মাত্তে খবসি হায়বা চৌবম্লগা স্তাঙবা লেপল্লে। খেংপা লোইবদা কাদু প্লাষ্টিক থাউ মচাদুদা হাপচিল্লে। মকুদু খোমদুনা হুন্দোকল্লে। মনাক অদুবাইদা লৈবম্মা বাকটি মচা অমদগী টিফিং থাদুনা মখুত্তু শেংনা হামদোক্লবগা হায়াগী ফম্ফমদুদা চত্তশিন্দুনা মখোস্ত লৎ ভিংথোক্লনা ফম্লবে। চেংনা পুক্লম্মা শম্বুলদু থুগায়দুনা শাংলবা শময়ামদু মনীং তক্ল চাইথোক্লনা থাদবকই। নাদা চিল্লম্মা চেথৈদু মখুংনা পায়দুনা মনাত্তোন ময়াদা থাল্লদুনা মহাক্তা মনাগী নুংশাম্লব থনুং য়ৌনা চিংশিল্লখিবা মতৌদু য়েংলদুনা সুব নাইবা মাস্তাত্তদা মোমোননা হায়বকই, "উম , নম্মু নম্মু ইন্দ্রাণী, চৌথেনা মহেম্লবনিকো লৈ মনম নুংশিবসে ।"

মাগী মাদু তাবিদনা থৌ বা শাদনা মবক্তা ত্তংলদুনা ইন্দ্রাণীনা থক্লিকথক অমুক হায়বকই, "সিদেদি, ইত তত্তনা লাক্লনি হায়বম্মী।"

মায়থোক্ত অদু ইস্তানি স্তাদোক্লদুনা, খজাইদু স্তাংলল চত্তলদুনা পাউদম্লিব ইন্দ্রাণীগী মওং-মতৌদু য়েংন-য়েংনা মগী মাখলদু অতোপ্পা লমইদ অমবোমদা হাইদোক্লনা চৎত্তমাক্লে মোমোনদু কবিসু খুক্লক স্তাত্তলক্লে।

মীকুপ অম নীদং শবক শিকলবগা ইন্দ্রাণীনা বাইহপবেং মতং অমমুক চাম্থনা চৌবকই, "মাগী মহৌশাগী মস্তাও খীবদুদি চৌজিককাও হন্নমশ্রিদো ।" ওহেক্তা

পীক্না খোইরুম তৌরম্লগা য়াম্না নৌবা খোঙজেলদা মহাক্না হায়রম্লিবা য়াহৈ খরদু মথৈদা অসুম চনেনশিনখিদুনা য়াদু মৌরুম খঙলাক্লবদুগি যোমোনগা হেক থংনেনা খোক্না মচা অমদা মকোক খাওদুনা মখোঙ কোনশিন্না হীপ্লদুনা নুংঙাইনা য়ারী তানবী তম্পাক্তু তুমিন্না লৈখোকপা ওন্নকুমায়ে, যোমোনগী মহৎ শিন্দুনা মহাক্না লাওতক্লনা হংজিল্লকই,

“মঙাওখীবা হায়বদি ইন্দ্রাণী?”

খুমদে ইন্দ্রাণী মথক্তা যোমোন যোমোন নোকুনা লোম-লোম্না ঙাওদুনা লৈরে। মতৌদুনা হেন্না খোয়রাঙহনরে, তম্পাক্না নমহৎ হংজিল্লকই,

“মঙাওখীবা হায়বু করিনো ইন্দ্রাণী? নঙনা হায়রিদু ঐখোয় ভাব তাদে ফজনা হায়রকউ। য়ারী শীবু অদুম হায়না শীনরো?”

মাগী য়াহৎপুগী য়াহৈ শবেংদুনা লোইফাংত্রিঙৈদা ইকায়খাঙগুম ওইনগুম তৌনা খোঙেল খজিক হাইগৎলপ, ইন্দ্রাণীনা খংহায় হায়রকই, “কৈনোহে মসি নুপীসিবো' অদুম্বা য়াবু ঙাঙই হায়রো?”

“তস কমদোইহ!”

ইন্দ্রাণীনা চৈরকপা য়াগী য়ামৈগা তম্পাক্না মদোম মশাদা কল্লকপেনবা ফোঙদোক্লনা খুমদোক্লকপা য়াহৈগা অমতা ওইশিনমিন্নবদুগী অকোয়বদা লৈবিবা ময়ামদু হৌদুনা নোকমিন্নরকই।

নোকপা চঙদে ইন্দ্রাণীদি। মশমশিংদু মাঙদা পুথ-খোথা অমুকসু নমলোমদা হাইদোক, মথুংনা নাম্র-নাম্রদুনা শব্দক্তা থুংলা লোনশিন্দুনা নোকমি-নোকমি ইশৈদুম ঙংলকই—“তুম হী মেরী মন্দির, তুম হী মেরী পূজা , তুম হী দেবতা তুম হী দেবতা ”

“ভালো ভালো' কোমলাদুম থাদোক্লেদহে, লৈবিনবগা লৈতবনে।”

হীপ্লম্বদগী হৌগত্নুনা ফম্লগা মমাঙদগী পীক্তকপা কোমলা অমা খল্লদুনা তম্পাক্না খোক্লকই। ময়ামদা মতুং অমম-অনীনী য়েন্নি, ইন্দ্রাণীদসু পী, মাসু চায়।

হন্দক অমুক কোমলা চানা চানা তম্পাক্কী পুক্লিংদু য়াখল অমদা মমায় লৈশিনখিবগুম্না তৌরকই। শকফম হক্লিনখিদুনা মমীত্তু ইন্দ্রাণীদা য়াহৎগুম্না য়েংদুনা লৈ। অদুগা ফনাগুম্বা চীনফেন ফবী কৈথেল নুপী খমনা ইন্দ্রাণীগী মরমদা তোমনা হায়গনবা য়াফম অমসু চৈরক্তুদা তম্পাক্কী কোক্তা যাওনা চেনশিল্লকই—'মসি'

অঙাওবীসি ঈরাং পুবনিকো, নমজা পুবা শোয়দবনি নোংমা, কনানবু হৌনগে অঙাওবীনবু সুক কে-মৌ পাম্বনি ।" বাকয়দুগী অচুম চুমদা ইন্দ্রাণীগী মচবীং মতৌদুগা অমুক ডিনশিন্না অমুক থায়দোক্লা মপুক্লিংদা তম্পাক্লা মথোম বায়েন বাতুপচনবা হোংনরকপগুম ৱৌরি। অদুগা বায়ী হৌদোক্লম্বা যোযোনদি মখুৎ অনীদু খুৎনা লোনশিন্দুনা কারন চন্না ভিংথোক্লিবা মখোঙ অনীগী খুড কাররুদা চপশিন্দুনা মরক লূক্লা ফমখিবদগী মমায় অদু হুক্কংলক্লি।

শঙগী নাকলদা, মখাদা, নোংমা নোংমগী মফম হোং-হোংদুনা ফম্বী ইনে শীলক ইন্দ্রাণীখোয়গী লৈকাইদগীনি। নোং-নীনি লেপ্পুবগা অহানবা কাবকপা নুমিত্তু ইনে শীলক তম্পাক্তী পোংফম ময়াদা ফল্লে। নুমিৎ মুংবা মতুং মী লল্লকপা মতমদা ঙসাইমখে তাক্লমদুনা লৈরকপা তাঙ্গা অমা লৌবগুম মাম্না খোয়জঙনা ইনে শীলক্তা তম্পাক্লা বাবী শাবা হৌবকই, "ইন্দ্রাণী অঙাওবীসিবু ইনে, লুপ্পাবীনে হায়দায়নে?"

"কবিনো নঙনা হৌজিক্তা মদু কোথোক্লক্লিবসিবো?" মাই মথাদুদি মপোক অহুম ওল্লম্লনি হৌজিক্তি ।" ইকায় কায়ত্রিবা হৈ মথাদু শেমজিন শেমাঙ্গা ইনে শীলক্লা ইকোম কোম্না খুমদোক্লকই।

"নত্তেনে ইনে, মানা মাই নুপা লাকই হায়ব'মা কাপ্পা চায়বিনে ।" মোবে মতেক্লুনা হৈদা যোল্লিবা হমীংশিংদু অমুকং হুমদোক্লবগা তম্পাক্লা হকচাপ্পা অমুকসু হায়বকপনি।

"হো অদু ওইবগা নঙসু মাই' মতুং ইল্লো, কৈদৌকনি।"

হন্দক্তি ইনে শীলক্তী বাদুনা মহাক্তী পুক্লিংগী বাহং পুম্না নমশিন্দুনা থম্নাল্লে মথা কবিসু তাকনীংঙাই লৈবক্লবগুম কাথোক্লবা য়া উমশিনখিদুনা তম্পাক চুমিন যৌশিন্দুনা লৈশিনল্লে।

ঙাইহাক অমসু অমসু মাগী মাগী বাখলদা লুপ্পুনা লৈনকয়গ' তম্পাক্লা হায়া হন্না তাক্লবা ইন্দ্রাণীগী মুং-লে পুক্লিগী মতেক খবদু ইনে শীলক্লা নীংশিং নীংশিংদুনা চাউবাকপা অমা লীদুনা নৌহৌনা অমুক তাহল্লকই—'ইন্দ্রাণীগা মাগী নুপাগা মনা' মশা শকখঙ মায়খঙনজদুনা লৌন-লৈনবকপনি। অদুবু ইন্দ্রাণীনা মচা অনী শুরকপা মতমদা মাগী নুপানা ওক্তিসত্তা থবক তৌমিন্নাবী লৈশাবী অমা পুদুনা লাকখি। নুপীদু চেল্লকপা হাক্তকুদনি ইন্দ্রাণীনা মীগী মচাদুদা ফুকই হায়দুনা শ লান থোক্লুনা মকু-মনেমগা লোইনা থানানা ফাগৎলুবিবদু। কেস তৌবমখে তৌনবল্লগা

কাইনখৎলা নুপীদু ঠীকাদায় অমনা লৌখিদুনা লান লোইখিবনি।

ইন্দ্রাণীনা অকং অকংবা মীনা হৱিন-হৱিন শীখিবা বারীদু নুপীদুগীনি। নুপীদুনা মহে তৌশিনখিবদগী মাগী নুপাদু নুপী অত্তাং কাউত্রিবনি হায়। লাইরা-ডিনরা থাজনবা মাগী নুপানা ইন্দ্রাণীদা লেম্নবত্তুম বারী পুন্না তেংনা শীথোকই। নুপীদুনা মাবু নুমিৎ থৃদিংগী মযূমদা মু শীথকই। মুমু নিঙিনী মনুংদগী হৈরে-হৈরেনা পুথোরকই। কাথল মনুংদা যেন থোংবা শীজে অদুগা ঈশিং থক্তে হাবদি শীথক্তে। করিগীনো হংনুরুসু শেমজিল্লিবনি খুমদোরকই।

মাগী নুপাগী মকুণ্ডম্ম অহীং চাক্তারুমগা নোংঙাল্লমদাই নোংঙাল্লমদাই মকোলদা হৱিল্লকপা লাজং অদুনা শীরিবা চৈনা মরক্কুনা বারীশিংদু তাহনবিবদগী ইন্দ্রাণীদু নুপা লাক-নবা মন্ত্র-যাদুগী থোজুল শীবদা লল্লায়-ইম্ফাল লাংখি, মণিপুরগী মাইবা মাইবী মাগা লম্নদবা য়াওখিদে হায়নে। হৌজিক হৌজিকসু ইন্দ্রাণী মন্ত্র খবখি চীনফা পুরি, মচীনদা ত্রং ত্রং হেক্তমক হায়বা গুপ্লি। হৌজিকসু মহাক নীংশিংলকপা মতমদা মফম অমদা হেক্তা ফমদুনা মখুবাক অনীদু খুক্তোক শাবদুনা মখুবামনুংদুদা মন্ত্র থীদুনা মমায়দা অহল্লক অহল্লক নাম্বুবি। অদুবু অদু য়ৌনা মখে লাংজরমম্ভবা মাগী নুপাদুবুদি মফম ইখত্ত খণ্ডহৌদনা লাইওং খত্তদবা লায়না অমনা খুদক্তা শং থত্তুনা পুখিম্রে। নুপা খম্মনজবনা খা-য়াই চেন্নশী নুপী অদু মাগী নুপাদু লৈখিদবগী মৈচাক খাণ্ডঙমদদুনা ঙাওনা-কৈনা নাবা হৌখিদুনা লায়েংবা অদুমক ঙমখিম্রবনি।

কুইদে তম্পাক্কী চিংনবদু 'ঐ অচুম্বনি' হায়দুনা মতোমতা চোংথোকচবক্তে। ঙাওন-শক্রুখিবদু খা অনীবোমতগী মমাওদনি। অদুগা হৌজিক্তি কৈথেলগী নুপা নুপী অমতা ইন্দ্রাণীগী কীডম খণ্ডদবা য়াওরক্তে। অনী পুক্নে মাগী বা, অহুম পুক্নে মাগী বা, তবা পুক্নে ইন্দ্রাণীগী বাতনা কৈথেল পোৎলক্কী বারী ওইনরক্তে। কনানা মাবু য়েংলগা মথবাক য়ৈদুনা 'বিক্সু-বিক্সু' শোল্লি, কনানা মতিল শীত্তুনা হুজোইবা উৎলি। মীপুম থৃদিংমক্তা ইন্দ্রাণীবু মনাক্তগী লাপ্ন-লাপ্না ডাম্মোরক্তে। হায়গুম কনানসু মাবু পাখোল শীখিম্রে, মনাক্তা চণ্ডহনখিম্রে, ফাগি-জুগাই তৌদুনা মাবু লক্রুখিম্রে। ইমুং-মনুংনসু মাবু মযূমদগীসু তাম্মোকশীবে হায়নখিবনি অদুবু মফম কদায়দা চৎলুববনো চয়োল খরদি মহাকপু ময়াম্মা উনরুম্রবনি।

অদুগদি, নুমিৎ অমদি মহাক্কা থোয়দাজবা হৈয়োনকমদুগী মপা ওইবা সরক ময়াদুমক্তদা নুপাও-নুপীও য়োমদুনা মাবু লক্রুনীংবনা লক্কা, হৈনীংবনা চৈ, কুস্ম

তৌদুনা লৈরম্বদু ইনে পীশক্লা খেৎনরুরে। লাইপোক্তগীসু হেন্নবা, মণুজিদা অয়ানবা অমতসু তৌখিন্নবা, মতুংদসু অমুক্তসু লোয়নক্লরোইদবা মীওইশিংদুগী মরক্তগী মশানা মশাবু পানি-পীনি থজনবা ফনেকমতি লেত্তবা মী কাওনুপতুদগী খন্না পাজি নাইনদুনা ইন্দ্রাণীদা নোক্রেম হাস্রেমনদুনা হায়রম্মী, হংলম্মী— "ইন্দ্রাণী নঙগী লাইবককবা অঙাং মপাদুবু কনানো? নচাদুবু থা কয়া শুরগে ইন্দ্রাণী?" "নঙ' নচাগী মতিদা লীলা তৌগিকো ইন্দ্রাণী ।" মখোয়না ইন্দ্রাণীগী মহাকচাংদু পাকদুনা নোমদে, নীক্তে, মখোঙ-মখুত্তু চিংদুনা শায়কদে হায়বতা মখাকই। মদুদা শাউবা হৈজবমদবী ইন্দ্রাণীনা অকামপেৎ থাংদুনা মথরায় শোক্লা চৈ থাংলক্লবদুদতনি মখোয়না তৌজমল মহৃয় ফংজবখগুম মথম্মোয় পেল্ল-পেল্লা নোকচরম্লিবদু।

চঙশিন্দুনা কৃষ্ণদু ঙাইহাক য়েংলুবগা খোঙকাপ মখি-মঙাদং হন্দোক্লফুনা কোয়শিল্লিবা মীয়াম অদোমদা মায় ওন্দুনা থাঙ মেত্তুনা লেপ্লগা ইনে পীশক্লা খোজেল হৌনা লাউরকই, "হিয়াং কৃষ্ণেরো তৌবিবশিংদুবো? থৌবৈতবীলা, নশা নশাদা চূকংনীংত্রনহৈ? হো ইবুংঙো সনা কোনশেংখোয়, নচল নচাদা তেকশিন হল্লিমীংত্রো' মীবোনবসিবু নুপা যাওদনা লোনবা মত্রা হায়বনি হুইগী মচা নখোয়বো' অঙাওবী খোজোয়নবগা লেল্লেদকো সৈত্য, ভূকুম ভূক্তংচৈনে তৌ শারিশিংসে থূই ।" মতীলদুম শীংলকই।

মাগী ময়াক হেনবা খোনদুনা হবাউ ভয়ান্নল্লা ময়ামদু অমা তকথোকখি অনী তকথোকখি মীকৃপমুক্তী তুংদদি ইন্দ্রাণী দশা কোককৌবে।

থা খবগসু অমুক হৌখিদুনা ময়াম্লা মাবু কাউথোক্লবগুম তৌরক্লবা মতমদুদা ইখঙ খঙহৌদনা অমুক অমা ইন্দ্রাণী অমুক থোক্লক্লে। গাড়ীমচা, অচৌবা, বিস্না, ওটৌবিস্না অমদি লেংগ-লেংগ বাইনদুনা চৎলিবা, লমী লাম্নোবক্লিবা মীয়ামদুগী মবক্তা মখোঙ থাংগুম থাংদগুম মহাক্লা চৎলম্বদু মোযোম্না চিল্লবা মথৌ মবক্তুদা কম্বদৌননো উরকই। অহানবা হেক উবদদি ইন্দ্রাণীবু মাল্লুদ্রবনি। মাগী শাবান অমদি মায়খোঙগী ফীভম অদু শৃমহোং হোংলম্লে। মশাদু কা হেম্না তোজানমদুনা' প্তুু অদু ইতাই তাইবে। মমায়দু শীলক শীকশিল্লে। মনুংগী ফনেক্তু মশাল ইহেন হেম্বুমদুনা মথক্তা অমসু লোন্দুনা শেৎলি। মমায় মমীত্তুনা মহাক ফনা কুইনা কল্লুরে হায়বা তাক্লি অদুগা হৌজিকসু মচীন্দা করি করিনো শোল্ল-শোল্লদুনা মহাক কল্ল-কল্লা চৎলম্লিবনি। ইঙক-ঙক্লা ইন্দ্রাণীবু য়েংদুনা মীকৃপমুক্তং নুংবংনকরগা মোমোননা মহাকপু মথুং

থবুনা মনাক্তা কৌশিল্লি, "ইন্দ্রাণী! ইন্দ্রাণী. । সিদা লাউনে. , চৈনা কনবিয়ক্রেনি. ।" চৈ পাম্বা থানাশিংদুনা মথুং খিন্দুনা ইজিং তৌই।

ইন্দ্রাণী তপ্না-তপ্না মোমোনলোমদা চঙশিল্লকই।

"কৈদৌরগে নঙবু? কন্নিগী কপ্নিনো? নহাক্লখেদি কনায় চৎলুরে? নহাক্নু ওথোক্না কাংলেনে ইন্দ্রাণী নঙবু ।"

ইন্দ্রাণীনা চঙশিল্লকুনা মনাক্তা নকশিল্লা লেপ্পরবদুদনি বা গাঙনা গাঙনা ইন্দ্রাণীগী তুংগী খিদু উরক্লদুনা মোমোনদু ইখঙ খঙহৌদনা হায়কম খঙদবা শকখম অমা ওনখ্রে। মবাক নৈরবা মীগী মতৌওন্না মখোক্লেল তনীকুম তৌনা মহাক্না পোক্লাংননা পোক্লরকই—"ইস! নখি কনেক্লুদি লোইরেদনা । করি মতৌনোনে তৌবিসিবো!" য়েংলোম ওয়রোম মঙক লয়দুনা অকোয়বদা নৈরিবা, চৎলিবা নুপা নহাশিংদুনা ফল্লপ ফল্লপ য়েংলদুনা মোমোয়া মথন্তা মুক্রম মুকম পোক্লবিরঁও চৈরক গাইহাক্লদা মথং মথং তাক্লখিদুনা মফমদুদা ফল্লিবী পোৎয়োনবী পুম্নমক্কী মমীংশিংদু ইন্দ্রাণীদা লোইনা ওনশিল্লরক্রে। অদুগা লাপ্পপ উবনা পেন্দ্রুবী কনাগুম্বী মখোঙ য়াঙবী খবদি মফম মফম থাদোক্লদুনা লাক লাক্লুনা ইকোয় কোয়শিল্লা লেপ্পদুনা ইন্দ্রাণীবু য়েংনবে। মোমোয়া ইন্দ্রাণীবু মথুদাং পায়দুনা চিংশিল্লগা মনাক্তা ফমহল্লি।

ঈক-ঈক কপ্নুনা ফনা কুইনা নৈকবগা মপি তৈথোক-তৈথোক্লুনা ইন্দ্রাণী মখোল লোনবা হৌবকই—"ইচাদো, শিনা পোক্লে শিনা, অশিবা ওইনা পোক্লে অশিবা অন্তংনি হায়দুনা মখোয়না তুবেলদা লংথখিক্লেদনা ইচাদো , নোয় উহৌদ্রো ময়াম য়েংলবদো ।"

কপ্ন কপ্না মহাক্না হায়রক্লিবা বাদু তারুবদগী নখুল তুরেলদা অশিবা অঙাং অমা তাউথরকই হায়দুনা চয়োলমুক্কী মমাঙদা ময়াম্না হায়নখিবদু পুম্নমক্না নীংশিংনবক্লদুনা অমগা অমগা ওনশিল্লদুনা ক্লুং-ক্লুং ঙাংনবকই। মোমোনদি মশাদু থুক লাউবা অমা পোকপ্লদুনা অকি-অথংননা ইন্দ্রাণীদা অমুক হল্লক্লি, "হা ইন্দ্রাণী! অশেংবরনে ! নঙগী নচাবনে তুবেলদা তাউথরকই হায়নখিবদুবো?"

"মায়ে মায়ে, ঐগী ইচানে শিসু শিদবা মশাদুসু ময়াম্না শিন্ত্রে শিন্ত্রে হায়জিনবিদুনা ইচাসু অশিবা ওইনা পোক্লে ।"

নোক্লুনতা নৈজবী অঙাওবীদু মথম্মোয় কুক্লা কপ্লক্লে। ঙসিদি মহাক অঙাওবীদা অঙাওবী হায়বদু থাজেশেংক্লরে।

কপগাও গাওলদুনা মহাক হৌদাংলক্রে। কৈথেল্লোমদা মমার ওন্দুনা খোঙথাং তপ্প-তপ্পা থাংলদুনা মহাক চংপা হৌরক্রে। মোমোনদু মাখু খামগনি কাউত্রে। ইনে পীশক ওসিসু কায়স্তে। হৈশিংবী তম্পাক ওসিদি ইপক পঙশিনত্রে। মহাক্কী মখি-মরোল চেকশিনদনা মশম-মনা কনা কপ্প-কপ্পা, গাওন-গাওনা, তপ্প-তপ্পা মীরক্তা অসুম চঙশিনত্রিবদু পূমমক্তা য়োংনহৌরি—কনানা হক্তোইনা, কনানা চৈনা ফাওনা, কনানা নুংনাংনা অদুগা কনা অমনা মপান্না মপোং ফাববী ওইনা।'

## হৌদোং তুরেল কূমদবী

‘ঙাইবু ঙাইরদি মতমসিসু হৌদেদকো’ প্রেমিলানা খল্লি। নুমিৎ তারকপদগীনি মহাক্না মাইমবল্লা খালটি অমা পূদুনা লমহাঙ পুখ্রীদগী ঈশিং হোন-হোন্দুনা পুখ্রী মপালগী মৈথাল শুদ্দুনা মী থোক্লবকপ্পা য়েংলক্লিবা। শুমাঙ মচাদা য়ুংলিবা লেপকঙ কংলবা মখোয় নাপাকপী পান্দোং মঙা তবাদুনদা হঙ্গিন-হঙ্গিন হৈবদা পাথবকপা ঈশিংনা শুমাঙ খুবাকমুক পাকপদু লৈখোমনা প্লোক-প্লোক লাউরে। অঙাও'চাকচাগুম তৌবিবা থৌদৌদু খঞ্জল্লুবগা মতোমতা অসুম ইকায়বকপগা মথা নাশিল্লকপগা মথা মথা ঈশিং হোনবা-চাইবদু খংতোক তোকই।

হকচাং থাবদগীদি পুক্লিং খোয়বাঙবনা হেল্লি। ঙসি নুমিৎ চুল্লসিমা লমন খুঙ্গীংবগী থাখল অমনা প্রেমিলা লৈতাফম খঙলক্লুবনি। হৌজিকসু মহাক পোত্থাফম খঙদে। পোত্থানীংদে। পোত্থানীংদে হায়দুনসু ইমুংদুদা মাগী তৌনীংঙাই থবকসু লৈতে। অঙাং লৈতবা ইমুংদু শং নাক্লি, অচাই-অবাক লৈতে। মাগা পাউ ফাওনদবা কুইববা মাগী নুপাদু কদায়দা চংখি, কবন্না মতমদা হঞ্জিল্লকনি খঙবা ঙমদে। লাইনিংথৌ কাদা

য়াম্বক ভাবপ্রম লৈরিবা মনেমদু মাগীদমক্তি লৈত্তমপ্ত্রনি।

চাকশঙ্গা অমুক, ভূম্বক কাদা অমুক হকং-হম্বা চংথৈ চংলগ্গা মপান থোক্তকুনা থরীদা মখোঙ য়াম্নুনা ফমখি। ফমখিবা মফমদগী মশা অদু মচী লেঙদে। অমত্বদা য়েংলিবা মীৎয়েং অদুসু মীৎকম হোংদে। লিরি-লিরি শীংপগ নুংশিংনা যুমথংনবরোমদগী পুরকপা ঙা থোংবগী মনমনা প্রেমিলাগী নাতোলদা মৈরে। লাওনা পাঙলিবা প্রেমিলাগী মীত্তগী মপোপ চাউরবা পিরাং চনুম-চনুম থিংঙমদনা শীজুরকই।

প্রেমিলানা ইশিং শোকপা লেপখিবা ঙাইহাক্কী ভুংনি। ল্যাযা মযুমদগী মোলি-মোলি থোক্তকই। ঙসি মৈ যুংপা নুমিংনি। থাশিরমদাইসুনি। অমত্বদা লোং-লোং লাক্তগা ল্যাযা মৈরাপঙগী কাচিন অমদা তাশিন্দুনা ফমখি। গাড়ী মৈঙাল অমতং লাকপদা মশা থুপচিন্নদুনা যুক-যুক হৌগংলি। ইনথিনা কাও হুম-হুমদুনা খা-য়াং ঙাহৌ-ঙাহৌ চথোক্তরগা অমুক হঙিন্দুনা হায়গী ফম্ফমদা ঙেক হেক্তা ফমথরে।

ঙাইহাক্কী ভুংদা থোজাল অহল্লোম লাপ্পা লেনটর্ন পাযবী অমা পোথা-পোথা লাকপা উই। লাম্নিঙেদদি পুক্লিং চঙনা য়েংলুদবনি ল্যাযা, নকশিল্লকপদদি লাক্লিন্নীদুগী থোঙথাংদুবু মীং কৃপ্তুনা য়েংদুনা লৈ। থোঙ অনীদু তপ্পা-তপ্পা লাক্লগা শঙ মমাঙবাইদুনা চপ লেপখিবদুদদি দঙিগুম্না কৌবকই ল্যাযা, "ইনম্মরা?"

"অইমা!" খংপ্রেক খংনা জামিণীনা হংলকই, "কনানো?" হংনা-হংনা শঙ মনুংদা থোঙ থাংজিল্লকই।

"ঐনি ইনম্মা।"

"ল্যাযাবনে?"

"মান্নি মান্নি।"

"কৈদৌবিবা নঙদি     অমত্বসিদা নতোমতা!"

"সুম হকচিক লাংগে থোক্তম্বনি ইনম্মা।"

"হোয়নে     , ঐসু হকচিক লাংবা থোক্তকপনি, লাযম্দুনা।"

মীং-নাবুদি শোল্লে হায়ববু থাউমৈ পায়দুনা হকচিক লাংবা থোক্তকপগী নাত্তে চাবা চাদবদু খল্লুদনা হায়রক্লিবা য়াদুদা পাউখুম্ফম থোকই মতাগুম হৈনীংদনা খুন্নকই ল্যাযা, "হোয় ইনম্মা, ওলাঙত্রে     !"

মমাঙদা লেনটর্নদু থল্লগা ল্যাযাগী মনাক্তা ফমথরকই জামিণী। ফিদা য়াওবা য়াওদবা খিদে।

জামিণীনা হংলকই, "করি এল্লাং চত্রে?"

"চাক্তা চাম্রিদা.. ।"

"ঐসু চাম্রিদা অদুবুনি।"

শ্যামা মখা তাররক্তে।

জামিণীনা মখা নমথররকই, "কনা কনা চারি নখোরগীদি?"

হায়রদগী হৈনীংলমদবগা হৈনখিত্রবা হাহংদুমগনা মচীনদু পুংফক ফকচিনখনখিবগুম তৌই শ্যামা। থয়হোন অমা হোন্দেক্লগা খুমদা য়াদবগুম তপ্লা খুন্নকই, "পূম্না চারি, মৌ অমতা ঙাত্ররি, করম্না তোঙান শীজন্নদগে?"

"খঙদে ইবেম্মা, হৌজিক্তালগী মচাশিংসিনা নুপী অমবু ফংলদি সংসার পুম্বা পূমকাউ হেক্তা কাউথিবসিদা নঙগীসু তৌরিত্র'না হংজিবনি।"

"মতমগীনি ইনম্মা. ।"

শ্যামা মমায় নুকথদুনা ঙাইহাক তুমিন লৈখি। কাঙ অমুক হন্নকই।

জামিণী তপ্ল-তপ্লা মখা চংবরকই, "ঐখোয়গীদি মহানি তৌনরিবা, অমগী মহাবু লৌগত্রা, অমগী বাবু তাগত্রা, য়ুমদকা লৈজনীংত্রদুনা খোরকবনি।"

মাগী বাদু নাথৈদুনা শ্যামানা খংহায় হায়রকই, "ইহে ইনম্মা' অনাবা কনশিন্নে তায়, অমুক্তা চখোয়রক্কে খল্লগা ঐদি .।"

"অনাবগা চঙনদে হৌজিক ইবেম্মা।"

"কৈদৌনবগেনে ইনম্মা?" মপৃক্তিং ইচঙ চঙদনা হংই শ্যামানা।

"হো ইবেম্মা, মচিন-মনাউ চৈবাপ কন্না কানরিদনা, লৌ য়োন্নশ্মে হায়ত্রা, বন্দপ থন্নশ্মে হায়ত্রা অমুক্তোইবনি তৌনবিবা'"

বাদু তাখিবা খবদুদগী হেন্না তানীংলক্তবগুম তৌরকই শ্যামা। হায়কম খুন্দমসু খঙলক্তে।

জামিণীদি শীথা হৌকববা মবীদু ঙাইঙমদনা মখা চথরক্কি, "মমাঙথক্তা ইংখোল য়োয়বা হাক্তক্তা লৈনখিবা মলোমশিংদু হৌজিক্তদা লোইনা পোপথোক্লরক্কি ইংখোলবু কৈনো, মনীং হায়বা লৈত্রা মমাঙ হায়বা লৈত্রা, সোরোক মহানি কাববাব তৌননি হায়বসু নত্তবা, কগা অমদা কোক মরেন' লোইরেদনা, খাউ অমতদগী তারকগা মচিন-মনাওবু কাউথোক্লদুনা, লম অমমমদগী লাকপা নুপী-নুপীগী পুজিলদা লোইনা চংনবা, ঐ-ঐগী নুপীনা মফরে খল্লবা, মন্না'শি অমতা ফত্তবা, মীগী মমম শীদোকহল্লীংবনা য়ো-য়ো খোংনখিবা ।"

"খঙদেবা ইমম্মা।"

"নুংশিনম্রবনিনা চসু ঊগীংনম্রে, ব্যবহারসু লৈনম্রে, মতৌসু মনাওনুপীসিনা হনু-লমচা, হনু-লমচা চায়রিনে করিনো সিবো?"

শ্যামা নীংবা কাপনা খুম্লকই, "খুগ অসি অঙকপনি।"

শ্যামাগী বাদু লোইরম লোইকাৎত্রিঙৈ জামিণীনা মখা শমখে, "অদুগনে, মতৌসিনা অমুক মনাওনুপীসিবু ভৈরবী থোক্লিয়ে, ভৈরবী।"

পাউদম্লক্লিবা থৌদোক অদু মশামক্তা থোক্লমবগুম মকোক অদু ইকম লুমথরকই শ্যামা। মচাশিংগী তমঙমম্লবা তুংগীদমক হেম্না হেম্না নুংনাংলকই। ফি হাইগাত্তুনা শংম্মদা হন্নুরগা মথক্তা শোক্লরকই, "ওম্বোকপনি !"

মতাংসিদা, মৈরা সেক্রেটরী রাধামণি প্রান্তিক কক অটৌবা অমা, মোরে মৈ অমা, মচীন চুববা কাওইদাক পুদুনা চাং-লেম্না থুংলৈ। শ্যামা জামিণী উবদা লক্লবোই অশেংবওই নোক্ল-নোক্লা হায়রকই, "করিনো ঙসিসিবো? অহল অনীবো, ঘুম-ঘুমদা কৈদৌনবা মাওরগে? অমধি, লোইদগী হল্লকপবু মাল্লিদা !"

অহল অনীদু নোকসু নোক্লক্তে। খুমসু খুম্লক্তে। শ্যামাদি হৌগত্তুনা চেম্নীংলকপগুম্বু তৌবকই। জামিণীসু অদুমঙায়। রাধামণিগী চীন্ক্তা অবং-অবংননা পাউখুম্না অহল মতিক নত্তে। হৌজিক্তি রাধামণি মহৌশা ডাইরেক্তর বীরেননা লৌরে-লৌরে লৈবাক শারা শল্লম্বা গঙা লম্নোল্লগী রাধামণিদু নংত্রে। মাগী মিংদা লৈখম্না দাগ পূম্বা শবেং, য়েন, থরোই, উংতী, চগেমপোম্বা তেজোং-তেজোংনা, অচৌ অচৌবা পোংমোং চৈমোংনা নোংমা নোংমগী অসুম অসুম কোকথোক চামথোকখিদুনা হৌজিক্তি রাধামণি লৈকাইসিদা রাধাদা রাধা মণিদা মণি ওল্লবনি। মচা মমৌনা থওইবিদ্রবা হনু-হনাদি হরিনাম শোনবৈ মহূত্তা রাধামণি মিংখৈ শোল্লবসিদা শ্যামা জামিণীনা রাধামণিগা কময় মায়োক্লকনি।

হোয়-মাই হায়দনা রাধামণিনা পুরকপা ফকতু মখোয় অহম চঙদুনা থামিনৈ। থাববা ফক্তা নে তানা ফম থম্বিবগা হান্নদগী খরা হেম্না মথরায় মাওশিন্না রাধামণিনা অমুকসু হংলকই, "কনাগী বারীনো'মি, মখাদগী অমগা অত্রাংদগী অমগা অদুক চীকথনা শান্নবল্লিদুবো?" মখোয় অনীনা ঙাইহাক পাউখুমল্লিঙৈ মখাসু তাবকই, "মনেমনা মমৌ শামদবা, মমৌনা মনেম শামদবা, মতুনা মবা শামদবা, মবানা মতু শামদবা 'সি ঙাক্তা ঙায়রেনে হা মতমসে?"

রাধামণিগী বাদুদা পাউখুমগুমসু তৌ, হান্নগী বাবী মখা চম্বগুমসু তৌ, জামিণী

হায়গুম মমাংদু শ্যামারোমদা হাইরগ অসুম ওন্থুনা খাঙতগুনী বরী লীবা অমুক হৌরকই, "অদুগা অমুক, মনাওনুপা অতোপ্পগী মচৌনু মপা নুপ্রেমনা— মদুবু করি হায়গেদা, মমাপ্পসিগী মথক্বায়দু মমৌসিদা চঙলক্লনি শায়জখিপ্রেদা হায়নেহে মনাওসিনা।"

"কনা শাউনীংবা, নুংঙাইতবা লৈরক্লসু লিরবা হায়বসি লোইরবনি, হৌনদেদকো ইনম্মা ।"

"কনাগী বানো'মি হায়নরিসিবো?"

খঙনীংবনা হেক্তিক্লিবা রাধামণিগী বাহংদুবু নাকোয়ননা থন্নগা হায়গী বাঙাঙদুদা জামিণীনা মখা তারকই, "হৌনদবা হায়ববু গোপাল-সমনায় তাহ্নিদি অহন্নক শুরে, অদুগা তৌনরিবা কীভমসিদবু কনাগী থরায়নবু কথক্লা লানবা ঙমদৌবিনোনে শ্যামা?"

"অচুপ্পনি ইনম্মা।"

"সোমদনা করি হায় অঙাওবীসিনা, অসুক নুংশিদবা মীশিংসিদি সেবাদুম তৌহন্নগে, লাক্লুম লাক্লগেদো হায়দনা নুপাসিনা মথক্বায়দু থওইনা মখোয়গী মমৌসিদা চঙক্লিবনি হায়নেদো।"

শ্যামা স্বর চৃইনা হোল্লকই।

রাধামণিদি খোক্লেন হৌনা নোকখোক্লকই। নোকপা থরা হন্থক্লগা হায়রকই, 'ঐ খঙত্তে ঐ খঙত্তে, বারীসি জ্ঞান তাবে ।" রাধমামণি নীংশিং-নীংশিং ঙাইহাক নোক্লুনা লৈ।

হন্দকসু জামিণীনা বা ঙাঙবা হৌই, "মতাংসিদা হায়কবা য়াবা নংত্রেদি হায়ববু লৌরী যুম্ফম কায়বা হায়বা থবকসি পামদি পামদেদকো শ্যামা," ঙাইহাক অমুক পান্নুবগা, "খোকচোম শাংগে তাকশিন্নক্লিবসি য়েংঙুদনা, মমাঙউঙেদদি লৈকাই অসিগী মমিং ফাওবা খোকচোম লৈকাই কৌবক্লিবনি।"

"অওইরনে ইনে?" রাধামণিনা হংই।

"অওইবা নংত্রদি ঐনা হেক্তা হায়জিনবা য়াবা বারনে সিবো, অইমা' য়েংঙুসে ঐ হায়গে, সোমদননে ইবেনিখোয়না লৈরিবসিদগীননে আ অসোম থংবা লিতাইখোয়গী অসি ফাওবসি খোকচোম্মক্তনি লৈরম্মিবা, লৈকাইসিগী শরক অহম খোকপগী অনীদি মখোয়গী শাগেগী ইংখোল পয়েংনি, মরক্তা হৌজিক লৈরিবা, খাক্তেম্ম, পেবম, থিংবাইজমকাসি হোংলকপা মক্তনি। বামোনকাসি মখোয়না

পুরক্নুনা থল্লক্লিবনি, লাইনী লৌ, মন্দির, মাণ্ডব খোল্লা মখোমনা কংলক্লিবনি হায়দুনা মহৌশাদি বামোল্লা থোকচোমসি কিনা চংলম্ব্রপোংনি, খুরাইহুংঙো, ভাইহুংঙো, ইমাইবেম্মা, ইনমবেম্মা হায়নদা খুরমদেদা থক্লক্লিবনি।"

"ও-ও, অদুনা সিনা লৈরম্বশিংদুনা কদায়-কদায়দা চংনম্রবা?"

"নম্বাম্বরোমদা লোইনা হাইথনব্রেদনা, মোইরাংদা থরা, লাংজিংদা থরা , কদায় কদায়দনো ইকাউবু কাউশিল্লক্রে।"

"হোয়নে ," রাধামণিনা করিওম্বা অমা থংনীং নীংশিংলকপওম্না হায়রকই, "লোংমা জাতিশ্লনা দু ওাওরদা পুল্লীদা দিয়োবা অল্লাংশিংদুদা পুল্লীসে ইনাকখুনবা হৈক্লুজমগী নত্তে, লোংমাইথেমগী নত্তে, বামোনগী নত্তে, থোকচোমগী পুল্লীনে থোকচোমগী, হায়দনা লাউব'মা থেংনখিনে ঐ, ঐদি থঙদবনিনা নোক্লরিয়ে।" নীংশিংদুনা অমুকসু নোকই।

"মাল্লি মাল্লি, পুল্লীদা নত্তে, লম্পাকসিমকসু মখোয়না লৈকাইদা শীথোক্লশ্মিবনি হায়দনা অহলশিংনা হায়রশ্মিবনি। হৌজিকসু্ঙায়নে, মরোন-মরাং তাক্লবসিমকসু মথবায়দি অদুম চাউবনি থোকচোম কাঙবুসি।"

"হোয় হোয়," মরৌ লৈনা নেক্লরগা লকখম হল্লিনখি রাধামণি। জামিণীনা রা ঙাঙবা শাইহাক লংলিঙৈ কদোমদগীনো কোংশিন্দুনা হংলকই, "সিনা মীনী রানি, অদো ইনেশ্যামা, নঙবু কৈথৌঙৈ লাক্লে?"

কীং নল্লকপা রাহংদুদগী লীংকম লৈত্তে শ্যামা, হৈনীংদনা খুল্লকই, "ঙসি লাকই ।"

"কদায়' চংলুগেনে নঙবো?" জামিণীনা হংই

"অ, খুমদা লুহোংবা অমা ঙাওবা, মদুদা, লোং-নীনি লৈথোক্লয়ে ইনম্মা।"

"নমৌগা শাউনে হায়না তায়দা ঐখোয়দি, লোংকন্দুদা অহল ।"

থৃপচাল্লজবিবা ময়ম্মাই রা থরদু নমদুনা চিংথোক্লবা হোংনল্লিবা অঙম-অরায় থঙল্লবা মাগী রাঙাঙদুদা শাউখুন্নম থঙদনা শ্যামানা শাইহাক লকক তৌরিঙৈ মথা অমুকসু শমথরকই রাধামণি,

"নচানুপানা নঙোন্দা, নখুংগী মচা লুহোংবগী পোংমেংলেল শী হায়দনা চাল্লা হেল্লি হায়থাইনে নমৌ শকহেনবী, নুপা রাওদনা চেল্লকপীদুবো, মদুদগী ইনেসু লুহোংবা চংখিবদগী হল্লকদবনি হায়নেদা ঐখোয়না তাবদি।"

শ্যামা স্নম খুল্লকই। শাইহাক ভূমিন লৈরম্বগা খুল্লীংদনা খুল্লকই, "তারবা বাদুদি

কৈদৌনা অদুক হৎলি?"

"চুহ্-চুহ্না হায়বনে. ?" চিংথদুনা ওঙলকই রাধামণি।

ভাল্লকসিদা রেনুগা অচৌবীনা পোত্ত-পোত্ত থেনায়নদুনা খুদোঙ্বীনা খুদোঙ্বীনা কোৎনদেদা থাক চুক্ত-চুক্ত ওৎনদুনা লাকখিরে। মথোয় অনীবু ভরাম-ভরাম কৌশিল্লি রাধামণিনা, "লাউহৈ-লাউহৈ, রাধী অনৌবা তাপি ওসিনি , ইয়ে! নত্ত ওইহ্রে রেনু, ঐদি ইন্দু ওইহনবোই নীংদুনা হৃয়াউরম্রে।"

মথোয় অনীদি রাধামণিগী য়াদুনা থোহ্‌না পৃক্রিং চঙশিল্লকখিবা মাল্লি। রাধামণিগী পাউখুম পীবা শংদবমখৈ মচীন ওক্লেপ লেপ্লদনা চঙমিল্লক্লকপা রাধামণিখোয়গী থজিত্তং হৃন্দেক্লেন, মতাই অমদা মকোক্তা মকোক্তা য়াইহনবমখৈ কমথনিল্লত্রগা লাকপদা লোয়নরকপা চুক্ত-চুক্তদু মথা চথখিল্লখি।

মখোয়দা য়েংদুবা মীংশিংদু হপ্পোক্লক্লবদা জামিণীনা রাধী মথা চথরকই, "হায়রিসিনদি নত্ত'নমৌদসু লাই অমা য়াওরিনে? কৈদৌনা অদুক থোরহল্লিবা নত্তদি? হৌজিকসিদিনে লেমথোকপসি অপত্ত ভারবনি, লেমবু লেমথোক্লবা নকোত্তা কারক্লদৌনি, কাগে যাম্রসু শাউবনি, মতম লৈরিত্তেদা লাকহৌ ইবেম্মা।"

"পোকত্তেদগী কনাগুম্বা অমভগা চীন্দা-পাউদানবা হায়বদু খত্তজরক্লি, শিরমদাইসিদা করিগী লৈথা ভারুগাদগে? মীনা মচৎ কজদে হায়দুনা ঐসু ইচৎ থীরম্রা?"

"এঃ মমাত্তৈত্তে, নত্ত-ঐগী মতমদুরনে হৌজিকপো' হৌজিকসিদিনে নুপা খত্তদে নুপী খত্তদে, ইকায় খত্তদবা, কোয়ো-করাম্বা, চনপ-থোইনপ্রবা মীভনা মী ওইনা পালবা, চীনথীবা, চীবোল-খায়োল হৈবভনা অচুম্বা শক্লবা মতমনি ইবেম্মা, নাথেদনা চেনবনা কাররোই, হয়েং ভুংথা নপি কংলোইদৌরিসে নত্তদনি।"

"ইনেনা হায়বিসি চুম্মীবনি ইনে, হৌজিক্কালগী মৌনাউশিংসে মমূম-মমূমদগী মপা-মমানা মীগী মমীং কোথোক্লগা নমীত্তা পানশিল্লুচো হায়দনা ভম্বীরগা থারকপ্রা কৈনোম ভৌবনি।"

রাধামণিনা রাসি হায়বা লোইবগা জামিণীনা অমুকসু হায়রকই, "য়াওরিয়ে ঐথোয়সু, মীগী মমূমদা লৈগনি হায়দনা লাক্লগা মীগী ইমুং মথক-মথা থোক ওল্লবা, মথুত্তা লোইনা হেক্তা পায়শিল্লীংবা, অ লোয়ানেম্বগী ভারকপা নোংগী ইশিংদো, মদুকওবা মপামদগী উল্লকপদৌনা ভৌবা, য়াওরিয়ে , মুম পানদগে হায়দনা লাকপনা অমা, নুপাগা লৈমিল্লগে হায়দনা লাকপনা অমা, নুপী মথক মাল্লদবনি শ্যামা!"

রেনুনা মহাক্কী হাকথা মৈরাঙ্গা রা পাইরিবু মথা চঙনরকই, "মথক নোংমনবুনি তোকপু তোকত্রো, মাই কনাহৌবী হায়দে, মনুংগী পোৎথেবো পুরক্লিবনি হায়রদনা পুরক্লগা, মীশী সনা বাঙ্গলগা মকান থম্মগা পুরক্লিবনি সনা হাবুমৌরিবনি হায়রদনা মীনা থাদনরগা অঙাংগী দান মথেবু লোইনা থোকনবুনা পুখিবা ওখ্রিবা নুংশীনি "

"ইহেঃ থুইনা পুশিনরুবি জাং-জাংসি অরকনকো" জামিণীনা লোয়ে।

"মমাদুমি লানবু লাপরিনে ঐনি," রাধামণিনা মায়া থঙনা হায়রকই, "মনুংগী অঙাং ওঙ্গুক মৈরমুক চাউবীদুনা লীলাবতীনা নুংঙোংলকপা নৌমিৎতে অবাইদা থোকহনখিবা কুপ্পমদুনি ঐনা ওকাউ হেক কাউবা ওমখ্রিবনি।"

"করি তৌনখ্রগেনে?" জামিণীনা হংই।

"অস, লোইহন্ত্র-লোইহন্ত্রে ইনে' লমতা থাংজগী শরোয় ওয়েরোয় মমায় পুরপ ওমশিন্দুনা মী লেত্তনা চৎদু ওয়ায়ব্রে , মীত্তবু নাং-নাং উবকই, মুংয়াং য়াংপা মমীং থুয়-থুয়বশিংদুনা তুক-তুক লাওনা লংথোক্লমনা," বা হায়না হায়না, মথুং থুবীগা থুদোন্নীগনা চাং তমই রেনু, "মখোয়কা দত্ত-দত্ত থীরদনা মীশী মাঙোলদুদা, মপু শাবশিংদুনা তৌখিবশিংদো, অঙকপনি অঙকপনি !"

"মদুগী অঙাং লাইহোবীদু, মশাগী কীভমদুগা মালা তৌথোরক্লিদুগা মায়া চানদবগী রানি," রাধামণিনা মায়া পুক্লিং চঙনা হায়।

"মীওই চাদবা, ময়ামগা মীমান্নদবদুনা মপুক্লিং হন্থবিগনিকা হায়দনা থরা নুংকা তৌবজাংনি মখোয় ইমুংদুদা, অদুদা নাউসু থরা চাউবজাংনি অঙাংদু," রেনুনা ইত্তপ-তপ্পা ওক্রকই।

"দুনা তৌবগী অর্থদু মশানা খঙজন্নবনিনা " রাহৈ থবসি হায়রুবগা রাধামণি লোকই।

"করি রাহৌদগীনোনে অদুক থীনা তৌনরিদুবো?" জামিণীনা অমুকসু হংই।

"রাহৌদুনি ওকই হায়রিবসে ইনে," হায়া কন্নবা কন্থমদগী জামিণীরোমদা থরদং নকশিন্নরুগা নে-তানা হায়রকই রেনু, "হো, অদুকাদু মখোয়গী থুম মথকসি লোইশিল্লিয়ে, কক্লাং থাদবা মথকুদা থারিকহোয়সে লৈয়ে। মা চেন্নকনি হায়দনা শাখিবা থুমসু নত্তে, অদুবু মরায়বক কথা হায়বসে ইনে—"

"উং-উং।"

"মীনা রানা শাজবা থুম অহনবদু মালা শজাব্রেদনা, মদু করিসু হায়দেকো, মপুকসিদা করিসু নুংঙাইতবা তৌদেকো, থারিকহোয়সি মী মওং অমনি।"

"হেন্নরে, নুপীমচা, অঙাংমচা ওইরবসু তোপ তোন্না অঙাংনি চুম্মি," জামিণীনা অসম তমনা খুম্মি।

"নুমিত্তু, থারিক উনবা মী অমা লাকপনিনা, মধুনা থারিক্তা মথক্তগী কুপ্পাথনা মীনু ইমুংদা কৌশিন্দুনা ফমহন্নগে তৌরবদি থোক্তসু মনুংগী লোয়েন্নবা। থারিক্তা কনা লৈগে থোক্ত হাংদুনা হায়রনা হক্তিল-হক্তিল কৌবদসু সুকমুক খুন্নথুনা, কনাবুত্তনা।"

"অ-আ"

"থোক্তদু হাংলক্তুবমুদদি থারিকতু মীদুদা ইকায়-ইকায় ঙাকীদু তুঙমাঙদুদা লেপ্ন-লেপ্না অদুম শাবকো। মীদি মথুমথু শাবদুনা মসিনা মী কম্ফম কা হায়রনা অথমনা হাপ্পুনা শাজন্ত্রবনিদো মপা সজ তৌজরিবনিনা, ঙাবু হায়বা ।"

"মান্নি-মান্নি," জামিণী থবায় যাওনা খুম্মি।

রেনু থুনা মথা চংথে, "মীদু চংজকপদা থারিক্তসু লাউনীংলবনিনা, মনুংদা লৈরিসিবু কনালো, ঐবু মীতোপ্তু তাম্মরেনে, ইমুংদা লাকপা মীবু ফমহনবা ফংদ্রেনে, হেক হায়বজাংনিদা। মখোয় তামোমকসু মাঙোলদা লৈবা তাঙ্গা থোক্তুনা তাদৌই হায়রিনি। কৈসু অকায়বা না হায়বা নত্তে'মে, থারিক্তা ঙাঙদনবু কয়াম ঙাঙদৌরিনো নংত্রনে ইনে?"

"সিপ্তুদ্নসিদনি, মীবক তিনবা তিন্দবা, লাইরিক লাইত্তু তন্নকপা তন্নক্তবা থায়বক্লিবসি।"

জামিণীগী মহক্তা রাধামণিনা মঙক নোমদুনা য়াম্না খুম্নীংনা খুন্নক্লিবা পাউখুমদু তারগা ঙসাইদগী রেনুনা মখোয়গী হান্নগী ঙরীদা হক্তিল্লকপা ঙানা ঙাইথম্না অচৌবীনা যংহং হংলকই, "লীলাবতীসিবু লাইরিক হৈত্ত্রা হায়রিসিবো?"

"লীলাবতীদা নত্তে ইবেম্মা, মখোয় মচিল-মনাউ ওক্তিসকাবী মানবী কোন পায়বীশিংদো 'অ' মশক থত্তবা অমত্তা য়াওদে," য়াম্না থওই উশিত্তবা ঙাঙাঙদা রেনুনা হায়রকই, "নঙদি নহালম'থ খঙদজাং ওইরে।"

"য়াম্না থাজদেয়ে ভ লেংবা মতৌশিংদুনা মশমকাদু চকাগা লোইনা কত্তাইনে মখোয় চপ মান্নরা," অচৌবীনা ঈংনা তপ্না হায়রকই।

"মথা তাউ মথা তাউ," ঙরী চথহন্নীংই জামিণী, রেনুদা ঙাইত্তমদনা তকশিল্লি।

"অ , " ঙাইহ্নাক নীংশিংবগী মওং তৌকয়গা রেনুনা অমুক হায়রকই, "থারিক্তি, ঙসায়দগী ইমুংদা লৈরিদু লীলাবতী ওইরবোই নীংলিনিদনা অদুগদি, থোক্তসু যংহাং হাংদেক্লকপা অঙাং কোকতাঙবীদু থোক্লকপদুদদি থারিক্তি ইঙক ঙক্তনা

অমুক শমজিল্লকই, "নোংমৈগী পব্বারনা মখোয় তৌবা যাবা তৌহৌরে, মচানু নিঙ্গ্বাওবনুদসু অমুক পেল্লকুনা মকুমদা নোংমৈ পাম্বনী মকোল শাহনুনা, থবক মনা অমা পুনবমখৈ নোংমৈ পাম্বনী পাখোন চত্তনা মপুনি হিংনরে। অদুগা মকুমদা য়েকপা নোংমৈ পাম্বনা মচানুপী চেনদুনা পুখিদৌরকুনদি, কপাবদা কনা দৈ নমশিনবা য়াবা হায়নবা কোকবি থিদনা সোয়দা কীং নমশিল্লক্লিসিনিনে, মচানুপীবুনি নুপ্রা ওইহল্লীংগ্রি হায়বা, নোংমৈ পাম্ববুনি মরা ওইনীংগ্রি হায়বা মখোয় , নোংমৈ পাম্বনি হায়দনা তৌরিবা মখোয়সুত্তায় নুপী পাম্বসু খত্তিনে ।"

"করি য়ানো ইবেম্মা, নোংমৈ পাম্বসু নূ-তোংনা শাবনে, য়োংকা কাল্লুকনা শাবা নত্তেরে," রাধামণিনা নোক্ক-নোক্কা হন্দ নাইনা মখং মথং হায়রকই, "নোংমৈ পাম্বসু লৈরাংগী লৈনম খত্তই, হৈরাংগী মহাউ খত্তই, নুমিৎকী মৈশাসু কাওই, থাবলগী মঙ্গালসু খত্তই, হা-হা-হা-হা" ত্তাত্তনা ত্তাত্তনা নোকখোয়রকই রাধামণি।

নুংশা থীনা অচৌবীনা মখোয়নীবু থামজিল্লি, "হৈ-হৈ, হত্ত হায়মু হত্ত হায়মু"

"অদুবু লীলাবতীসিবু য়ৌজিকপু নমদুনা পীরকপনি থাজরিব্রা য়েংউনে?" বেনুনা ঈংন-তপ্পা মপুক্কিংগী নুংনাংবদু কোত্তদোয়রকই, "করি যাদুবু পাম্বনো, কৈথেল কাওদৌনা ত্তাওরম্বা মজিসিবু নারেং থাংদনা লীজিল্লব্রেদনা ।"

"অদুবুনি ইবেম্মা, নুপা পত্তথহনবসিদি লায়ব্রপোংনিদা," বেনুগী য়াদু রাধামণিনা ঈংনা তাইশিল্লি, "নুপা শুম্বা য়াইফদগী ফবা মত্তদিনে, উ-দৈ তা-মুক পত্তজবা, কবিমতা খত্তজ-উজদবা, য়াম্না মীওমজদবা, মিনুংশি য়াম্না চাউবা শাগদবা, দরকাম্বু লৈরবদি ভয়ত্ত-গা খবা খন্না চংশকাওবা শাবা য়াই।"

"কম্মাদনো লৌম্রাওবীসিনা ত্তাত্তলিবসে!" জামিণী খংনোক নোকখেল্লেকই। অচৌবীসু নোকই।

"মদুনা কল্লিশীনো হায়বদা, নুপানা মসিদি শোনো চংশনি-কা হায়দনা মরাল থুদিংমক ভুকা থিদনা হেক্তা ত্তাকশিদৌরিবনি, মরু ওইনা, য়া ত্তাত্তবদা শেমদোক শাদোক্লপা ত্তাত্তবসিমা য়াম্না হৈবা তাবা, শিসিনা থুদক-থুদক্কী ওইনা হেক্তা তাহনবা ত্তমশদবা। অদুগা, মখোয়না য়াদবা পামদবা থবক্তু মমাত্তদদং তৌবীব্রবা, বস, নুপা অনুম কুপ্রে!" মসি হায়বা লোইহ্নপা রাধামণি শেম্না নোকখোকই।

"হায়সু হায়বনি, হৈসু হৈকো মখোয়সি," মরক্তা ভংব্রবা য়ারীদু বেনুনা অমুকসু শমজিল্লকই, "মচিল-মনাও অসুক য়াম্বসি নুপা মকম অমতা হেক শোয়দেম্নসে।"

"অশোয়বদুসু মখোয়না অদুম শেমদোকই," রাধামণিনা পাংখিল্লি।

"শেমদোক্লিবনা করি?" ইশাও পক্তনা অচৌবীনা হংই।

"হেয়া, লীলাবতীনা হেক থংনবা খোংমন ওইবীদুবু শেমদোকপা নংত্রো?" রাহংনা পাউখুমখিল্লি রাধামণি।

"মাহাক্না অমদা চেন্থরে হায়বুরো?" অদুকসু হংই অচৌবী।

"চেন্থবদুদি অরাম্ববনি অচৌবী," রাধামণিনা তাব তানবা তাকই, "মা চেন্থবা নুপাদু ছু চাদনা শিথিরবনিনে।"

"হৈয়া!" অচৌবী ওকপা হেক্লিক্লকই, "অদুসু থওদেয়ে ঐদি!"

"নুপাদু হেন্দিমেন্নি হায়রে," রাধামণিনা মচা খাক্তনা হায়রকই, "অদুনা পামদনা থাবদোক্লরেদনা, অদুগা, মতুংদা অমুকহন্না চেন্দনবা হায়দুনা অয়োইবীদা তৌরম্লাংনি। নোংমৈগী থপনিদনা, মদুদা ইকাইবগা নুংঙাইতবগা পাথিরকাংনি, হেন্দিমেনসু মীনিদনা, মীপীসু ইকায়খুম হায়বা অমা লৈজরি, মীনা লাকচখিবগী মৈচতসু তৌবা ওগ্নোইদবু করিনো?"

"উস!" মখা তানা হায়নবা বাহে মচান্দগী খোক্লক্কে অচৌবী।

জামিনীনা তপ্না লোক্লকই, "হরে কৃষ্ণ !"

ঞাওন শানরিবা মারীশিংদু থরসু তাওম থরসু তাদওম নুংথংননা অসুম কপ্লুদগী কৃষ্ণ চৌগংলকই শাগা। অদুগা জামিনীদা "ঐ চৎলে ইনন্দা," হায়বন্নগা হন্না তুনা হোংলমদনা চুমথিং খোকল্লে।

মানা চৌগংখিবগা ভন্থাইবেন্দা খোক্লেল শেমদুনা সুম তানা ঈশ্বর শংদুনা লাইহিক্লরকপগা লেংখিনে। শাগাবু খামগে থল্লবা জামিনীসু ভন্থাইবেন্দগী মতৌ হেংবোই, ঈশ্বর ভাবোই দুইওক হেংওক্লবিতে যা কাদুনা লৈহৌই।

মদু ফংলবরসু ভন্থাইবেন্দা উননা তিংবতা নওনা পুক্লিং-থম্মোয় তদেক তথেক্লি। হমাং শৌরবা কাকেনগী নুমিদাংসিদসু নাতেন্দা, লাইরক্তা কেন্দ্রী চন্দনগী মমি লৈবি। কনা উবিক্লবসু পোমশাংনবা অন্তাংবা গুলাপ লাদা থেংলি। কিমায় চন্নবা মোইবাং ইনকি অমা লেপা ওন্দুনা ইরি। ঈশ্বর শক্তিবা চীননা বা ঞাওবা হায়দুনা কনাসু কৌরম লাক্লমদনা মমাম থাইগী মমাঙ, মমায় ওইরন্না মপা, মাগী নিতিগী কন্থমদুদা চওশিন্দুনা কমথবকই।

মহাক্লা কমথরকপগা মঙোয়োমদা মমায় পৃথওন ওনশিল্লকুনা জামিনীনা হায়রকই, "মোন নুংঙাইবা হায়বসিসু পুথি নুংশাংনবা কত্নবা ইদাক্লি।"

হায়নে হায়দুবো?"

প্রিয়ানা লৈশিন্নরা মমাংদু লৈখোক লৈথেক্লগ খুম্লকই, "কনোমনেনো অমুক ভরাম্বিসিনা?"

"কররা মওংদা কপ্পরগে হায়রিসিবো?" তরুণিনা পন্থনা হংলকই।

প্রিয়া, রাণীনা খুমল্লিগে রাধামণিনা মখত্ত্রা পাঙথোকলকই, "ইমুং লায়রবা ইমুং লায়রবা হায়না কয়েরে, অদুগনে চুম্না-চুম্না কয়ু অদুগুম্বাইনা কপক্নু হায়রকএরে।"

"ইহে, অদুদি ইনে গোমতীগী মমৌনুগীনা নাহেংগনু চাকচা রাদে হায় হায়দুগুমজাংনিদনা।" হায়রগা রাহং মথা চম্বরকই তরুণি, "কনানা কররা কনানা হায়রিনো'মি অদুনা?"

"কৈসু নত্তেদা," ইথায় লায়না প্রিয়ানা খুম্লকই, "নিংতোল হাল্লকপীদুনা, কাম্মিবনিদনা লায়রবা ইনাকখুনবা হায়দনা, মদুদা লায়রদবা মীদুনা শাউরক্লিবনিদনা।"

অহল অমা রাওরি হায়বগী করিমতা নাচুংদনা ঙাওনরিবা রাহৈ খোম্বাশিংদু ভাবদা জামিণী থুক লাউই। মখোয়দি মনীংতম্না ঙাওনরি।

মঙক নোম্নদুনা তরুণিনা হায়, "ও-ও, য়াম নুংঙাইহবিজাংনিনে, শিবগী নুংঙাইহতবগা লোইনা হক্কংনবক্মনিদে।"

"হক্কংপা হায়বু," প্রিয়ানা খুম্মী, "মদুগী নুমিত্তুপগী, মীদি লায়রদনা নুংদাং-নুংদাং লম্বীদা কপ্লন্না হুইশিংদুকাও অমত্তা কপ্পখিদ্রেদনা।"

"মসি'অঙাংসিনা ঙাঙথোরকপা অমা," পেল্লা নোকই রাধামণি। নোকপা লোইরগা হায়, "অদুগা অমসু রাংলি।"

"অমনা কবি?"

"মীনা অশি হং লাকপদা লফোয় পুম্লগা কা ওইনা পুরকউ হায়দনা হলহান্নি হায়দুনা কনা?"

রাহংদু ভাবদা মোকে ন নোকই প্রিয়া। হংলকই, "কনা মাক্নি?"

"রবিতা নংল্লো?"

প্রিয়া খুম্লক্তে। মানি হায়বগুম ভূমিন লৈম্লিনখি।

"ঙাইহিথোনেহে," করক ভানা তরুণিনা রাণী থদংলকই, "রবিতাসিবু খনা লৈখংগ্রনে?"

হন্দকসু মরৌ লৈনা নোকফেংতমক তৌরম্লপা তোকখি প্রিয়া, কল্লিসু

পাউখুমকে।

তরুণিনা মখা তানা হংলকই, "মা ওাঙনবদা পাউ অমা ইকাও কাওনখৎলোনা তৌইনে, কাপিনি কাইদনসু মতাং ইচা চানবা অর্থ লৌশিনকম ঙমদবা কানিসু তৌরনে?"

"মাইবা মাইবীনা মমূম ইংখোল লৌখিনদবা কুইরবনি মা'মা।"

রাধামণিগী মা তাবদা তরুণি, প্রিয়াদা ইতক ওন্না অমুক হেংলকই।

প্রিয়ানা চিংনা ঙাওলকই, "নোংমাদদা শরীক মখোলগা তানীংলক্লমি ঐখোয়রোমদা কোয়রকউ ইচে।"

রাধামণিনা অমুক হায়, "মচা লায়রৌনা কর-করা হাইবদু লাইওকপনি, পোৎশোন্নি হায়কুনা গুলী পীজদে হায়রাইনে।"

"লাইনিংথৌ মমাওগসিদি চান্নরক হুরন্দনি পোং লৌথোক্লিবনি হায়দনা তৌথোক্লিবা।"

প্রিয়ানা হায়বা লোইখিবগা রাধামণিনা মতীং কুদোক্লুনা ঙাওলকই, "মবলনদি টাংমুক মাংনা শৈবনবনিনা, মশক্লুমি ফজরবনিনা, মতিক্লুমি চারবনিনা মীনা কল্লকুনা শেমজিনবা তাবা।"

"অমূখী নুংদাংগী চুম্না মূমগী লাই খুরম্বগাসি মাইবী মখোলদৌনা লোন লোম্দনা খুরুমজাংনি।"

"মীগী পোং চামিন্নবসু মুখাক চান্নিবনি হায়দনা মীনা পায়থিংঙদা মানা হায়া তাপ হেক্তা লাকপনি।"

"অদুমি লায়রদনা, মীগী মপোং মাফুগা মপোক নুমিংনি হায়দনা পীরকউ য়ান্নিবনিনে।"

মখোয় অনীনা মীকুপ অমা খোইদনমথৈ ওক্ত-ওক্ত ঙাওলিবদু থাদোইই-লাকপোই তৌনা তরুণিনা হায়, "নহেনে, অমু মৌরদুবু ভোক্টর অমা তায়া খোংনগ্নিদুবু মখোয় যাম্বুংদুসু পোকরিনে।"

"অস' ঙানুগা খোংবানগনিবা, মান্নদনা তৌরিনি কান্নদেসে মখোয়' বাসি।"

প্রিয়ানা বাদু হায়বা লোইশিন্নকপগা মপা চায়া রাধামণিনা হায়রকই, "খোকদা কান্নদে মসি'বাসি, ঙাসাইশীদুমু ঙাওনাসি।" লোইশিনখিবা কুইরবা বাদু চিংখোক্লুনা মমাঙদা মানা হায়নীংলগা মা থরা হায়দৌনবা খোংনরকই, "ঙসাইগীদো, ঐনা হায়মি, নিঙোল খুমশঙবীদুমু নহাকমথৈ মনম্মা অতোপ্পা মীকাকপীবীদুদি য়ায়া

অনিংবা নাসানা ঐখোয়' কোকসে য়াম্না হায়কনু অশুম্বা মীনা হাইদংদিয়কপদুবদি করি তৌননা নৈতৌবজাংনো হায়জানিবা?"

"হে অদুকাম্বুনদিনে মাগী মকোক্তু অমাংচনু ওইহৌরেবে অমাংচনু!"

প্রিয়ানা কম্নক পেম্না বা অসি হায়বা লোইরবা তরুণিনা তপ্না অমুক ওক্লকই, "ঐখোয় কোকসেগাসু হায়রিজাং ওইরে—মামি মহাকমখৈ, মীগী পেল হাংপদা, নৌজনাম-পুজনামদা য়াম্না চানাক নৈবা মকোক্তুগীদমক য়াম্না চাউখোকচরম্লিবা ওইরেকো।"

পুম্নমক্তু ভূমিদা তাদুনা অসুম নৈম্মিনবা শুম্লকুবদা জামিণীনা খোঞ্জেল কম্না হায়রকই, "করিনোনেহে নখোয়বো, পেম্না-পেম্না হায়নন্ত্রবকো' মী হায়বসি অশোয়বা, অম্বাংপা অমম্ম লোইনা নৈনবমশুনি, নম থুদিংদা কম্বা, মশাদা অশোয়বা অমত্তা নৈতবা তাইবং মী নৈবা য়ৌনব্রো? মীদি নায়রদনা নাইকাওবা গুণ-শক্তি অমমমশুনি চেন্নিবা, অদুনবু—মৈগী নাই, ইদিংগী নাই হায়দনা মখল মখল খায়দোক্লিবনি। মীগী মখল তোম্নীংবা, হম্লকপী ওইনীংবা, মীঙোন্দগী চাং তানা হিংনীংবা কনাবু নৈবগে, মখায়বক-মরায়বক্তা য়াদ্দুনা তৌনবিবা শক্তি। নশা-নশাদা থোক্লবদি খগুগদবনি নখোয়।"

জামিণীগী য়াদু খরনা তায় খরনা তাদে। অদুবু ময়ামদু শাঙবদি ঙাইহাক লেপ্পী। তাঙ্গা অদু লৌদুনা লোক চেনবগুম তৌবা খৌনাউদু শেংদোকপগুম অহম-অহা খৌদেম-খাদেম্লদনা প্রেমিলা মমীত্তু মী শুনবা কুফেং-কাফেং য়েংলদুনা বা ঙাঙবা হৌরকই,

"মীবাসু কম্না ঙাঙনবি, মবকসিদা ঐসু পাউ অমত্তা তমজগে ।"

অনী-অনী, অহুম-অহুম, পুনশিন-পুনশিন্দুনা পংঙাঙদা ঙাঙনরিবা ময়ামদুগী নাকোংদা মাগী য়াদু অমত্তা চঙদে।

জামিণীদু ফম্নবদগী কুক হৌগংলকই, "ঙাঙনহৌরো ঙাঙনহৌরো নখোয় পেম্নবা।" হায়রম্নগা অদুম চংখ্রে।

প্রেমিলা, পুক্লিবা য়ারীশিংদু পুনশিনহম্নীংই। মবুক্তি মখৌশিং শীজিন্নদুনা মখৌ পাঙখোক্লবা হোংনরকই। নাই হৌদোকপগুম থুবাক অহম্নক থাদুনা সুর নাইনা হায়রকই, "হো ইবেম্মা মীবা ঙাঙবীনা' মীবা ঙাঙ ঙাঙদনা নৈরগে, মীনা করি হায়রিগেগা অমত্তা অয়ম্নোই হায়ব্রো নখোয়বো?"

"ইবেম্মা মীবা ঙাঙদবী নাইবা ঙাঙবী," থারক্লিবা চৈদু য়ৈথদুনা তরুণিনা

খুমকই, "নোংমেগী মীওন্বা চক-চক অমুত্তং তৌহৌরবনি চাক চঙবদে নোঙাদু তৌরনু, কনাবুনো নঙনা কাহৌরিদুবো? মরাম পুম্নমক ওয়া তাকনজরেলা, নংম্নি ঐখোয়বু নুং শৈথদৌনা পুক্লপ থিন-থিন্না লৈরনি হায়রো?"

"লৈত্তারেদনা, মদুনে ঐনা তমগে হায়রিসে," হাইকেং শাউনীংদুনবা প্রেমিলানা ইত্তে তেথদুনা নোকশিন্নদুনা হায়রকই, "ঐখোয়না লৈরা খোঙ্গিসে, ইখৌ লৈতদুনা মীরা তাঙবা খোঙ্গিনেরে, ঐখোয়গীসে লৈরা শঙ নত্তে মীরা শঙনেরে, মীগী ইমুং কায়নবা হীগায়রবা তৌকমনেয়ে, ঐখোয়সে নুপা নুপানা লাক্লবা ওয়াদনা শাখোয়ক্লবা ওঙকনেয়ে।"

"মখৌনা লৈনা ওঙকেদকো সৈতা' " তকপি মখোয়দৌ চাক্লা শোঙনদুনা ভুম্নিন লৈখি।

অমমম্ মথং মথং খুমকই,

"মানে মানে, কনানা নত্তে হায়রগে, কনা কনাগী ইমুংদা কবি করি খোঙ্গিগ'না ওঙনবা খোঙ্গিনি কৈদৌগে হায়বনো হংঙো।"

"হো ঐখোয়দি নংচদেকো, থুমদা থুঙাওবগা ওনশিন-ওনশিন থংনা লৈদৌ শকক খাইদা মতম লেনবনা যৈ হায়দনা থোকচবকপনিকো।"

মখোয়না শংখুম খুমববসু প্রেমিলাদি থজিত্তকাও শেজ্রি। থাথামদি কবিসু হায়রক্তি, তন্থাইবেন্মসু হায়গুম খোঙ্গায় চনদুনা তান থা-থাদুনা ঈশৈ শঙুম ওংগুম তৌদুনা অদুম্মক কল্লি।

খোঙ্গেল থবগমুক লৈথতুনা প্রেমিলা সিঙ্ক শান্নবা পুক্লিং চঙনা নিশান তৌদুনা তেন কাপ্রকই, "মদুদসু নংত্রিকো বাসে, হয়েংনে হায়বীদে হায়বক্তনিকো , নহান চাক চানবা নুমিত্তা জগোয় শাখিবা মীদো, মদুমদি পুবা লোইত্রবনিকো ।"

ওসাইদগী ওঙনবিবদু কবিমতা তাশিন্নদবমখে, প্রেমিলাদা মীংচিনকাও য়েংলত্তনা লৈরম্না তন্থাইবেম্মা প্রেমিলাদা থংয়েং য়েংলকই।

মীংয়েং অদু উই প্রেমিলাসু। পুক্লিং চঙনা নিশান তৌখিবা তেন অদু শোথত্রে হায়বগী নুংঙাইবা অমগা লোয়নননা মখোই কানা প্রেমিলানা মখা তাথকই, "কবি করিনো, আ, চক্কী মতাংসিদ ঈরাং অসুক কান্নসিনদি নহা ওইরিঙেদ মখোয়সিবু কমদৌরমদৌনো, মচা মখোশিংগী মমাঙদা কবিমতা ইকায়খমাত্তেনে তৌরিশিংসে কায়দনা, ইমাইপেন্মা ইমাইপেন্মা তমজবগা লৈক-লাকচদেদা ।"

ইতপ তপ্পা তন্থাইবেন্মনা হায়রকই, "ঐথুয়ো হায়রিসি? ইসে ইসে'

.. ঐঙোন্দনু ওইরনি হায়নীংবমখৈ হায়জৌসে, ইতুংদা ঙাওবা হায়বসিদি কল্লকুনা ঙাওজবনি লাউবে লাউদে ঐ।"

"মীনা কল্লক-য়েংশিনবা, মীশী মীশৌ কা হেল্লা চঙবসে অক-নুংঙাই ঙানবংলকপনা খুংগৌ শরোই হায়নবদি লৈবনিকো ," প্রেমিলানা তম্ফাইবেম্মবু লাকহল্লীংবা মাহ্রক্কেনা তিনবা হোংলে।

"এ, কদায়দগী কদায়দগী," তম্ফাইবেম্মনা হুং লৈথোক্লুনা খুল্লকই, "মীনা কল্লকচবনু ঐনা খিংলুবা গুপ্লনে? মী কল্লকপসিদিনে মতোমতা লায়না ওইজবনি, ঙানবা কংদবা, অহেনবদুতমু মীনা কল্লক্লবনি, ঐনা হেল্লি খনবা মীবুদি কনানবু কল্লক্লবগেদো। ঐনা নোংমতমু কনাবুসু য়েংবা শংজরদে, ঐবু য়েংদুনা হিংজবিবা মীদুসু ঐনা কবিগী লাউকপদগে? লমচুইনা লাক্ল মংদবা অকুমদু শীল্লি হায় হায়দাইদো। হায়জসনু হায়জসনু, মপুক্লিং পোখাজনবা ঙাওজসনু, লানু লাদোক্লেসে হৌজিকসু।"

কোথ-কোথ ঙাওলুরগা তপ্পা ঈংনা হৌগংলকই। লাখেক নাইনা জগোয় কোংলকই। হাল্লা গুংলম্লদু তোক্লগা অনৌবা ঈশে হোংদুনা লক্লকই,

"লাবী লাউ লাউ, চংসি লাউ
কল্লকপা য়াম্মী, কণ্ডাউবা য়াম্মী
মাঙদা থাবো লাউ ।"

মখোয় খবা তম্ফাইবেম্মা য়েংদুনা থাম্বমখৈ নোকই। নোক্লনল্লবা রাধামণিদি চীপ্পালফাও লেঙদে। হন্দক্তি রাধামণি থাজদনা মায়থোঙ কনশিল্লকই। য়াঙাম্ভ হোংলকই, "হায়বিবা মীশক্তু কনানো'দুদি অমুক্তা তাকউদনা?"

তমীংদুনা লৈবল্ল প্রেমিলানি। ঙাউঙমদনা হায়বকই, "হো কনা ওইনি হায়গে, ঐখোয় যুম ময়ায়গী ইবেম্মা লেম্বীসনা, পেদংনবী, পেংনা চেঙজঙবী লবেং অপুম্মা মানবীদুনিদনা।"

"হে-হে, হৌদোং চুবেল কুমদবীদু ওইবে, মানা হায়দনা কনানবুদি হায়নেগে। হৈ হৈ, বাৰ্ত্তোন তৌববনি-না মনীং খুংহনবীবা তাবেদনা।"

রাধামণিনা অততা'ই ওইনা লাউগংলকপা উবদা প্রেমিলা মথুম মবাঙ হৌবকই। হায়বকই, "অদুনি অদুনি, মচানথীবা, মঙক হাইগংলা মীসিদিনে মতাং চারিঙেদা মমু থৈথেকহৌগদবনি।"

"নঙমক্তা হায়রক্লিনিনে?"

"ঐঙোন্দা হায়রকপা নত্তেদা, অা , মাগী পোংপা অরাংলোমগী মথুম

নাহি'খঙমবী, মন হনুবীগী মদুনা খাঙনরম্বনা অহৌবনি। ঐসু কনাবেনো মীনা মীবা খাঙনরিঙেদা হেক চঙখ্রে।"

"লৈশাবী অবোখ্রুনা করি অমুক হায়রিবা?"

"হুরোই মমীং পানবীদুনা অমুক, খঙদেনে মখোয়সিবু অঙকপনি অঙকপনি, নুংশা মরকসিদা অদুক নুংঙাইহৈরিসিবু করি কনম্বা য়াগনো কায়দনা । মঙকপমদুনা খুইহৈরিবদুনি মশানমি উজমবনিনা মা খাঙবকাসি মরে তম তমদনদসু খাঙহিনে মদুমসু।"

"উ-সু পুন্মদি, পংলদি কংনায়েন, উয়েন, উচিনা চোংলকইহনা" মোং হাদনা প্রিয়ানা মখোয় অনীগী মরক থংলকই, "মদুঙ্গনি, মীসু মতম য়েঙ্গদি অনৌবা মপোক অমমুক থৌরকপা মশানা তাবনি।"

ময়াম খোনগায়দা থেকথনরকই।

"মদুকাওদি হায়মল্লে ইবেন্মা," নোকপা হন্নরকপদা য়াণীনা দিংনা ওক্লকই, "ঐখোয়গীসু মূমদা ইচে অনী লৈরিদুনি, মখোয়দৌনা তৌবদি হায়রন্নু, নুপা কোয়নবী যৌ ময়ামসি উবদা মখোয়দি কিজরে নবদ্বীপতা লৈজত্নগে'না খাঙ ঙমদে।"

"কাউজবু কাউইহে পেন্মা, নখোয় ইচেখোয়দুদি," নোক্লা নোক্লা খুম্মী প্রিয়ানা।

"ঐখোয়খক্তা নত্তেনে, মুমখোং খুদিং মমুম পান্দবা লৈশাবী লৈতবা ইমুং লৈরিক্রো থৌজিকপো?" ইত্তিং তিংনা য়াণীনা হায়।

"লৈ লৈ চুম্মী," হকচনিবা মাঙাঙদা ভরুণিনা হায়রকই, "অদুগা মপান্দা লাইবিক তমখিবা নুপীমচাখেসু অমতা হন্নকুদ্রবনি। খঙদে, ঐ' ইচানুপী তেম্বোল অমা লৈরিবসি কমদৌদোইহনো, ঐখোয়দি মীদৌনা মপান্দা মহে তন্না থাবসু ঙম্মোই, তঙায়কন্দনা আশ্রম অমা লিংখৎপবা করিনো?"

অমুকসু ময়াম নোকই।

নোকপা লোইশিন্নখিবগা, নোকপা শুকময়াও মাওদবা য়াধামদিনা হায়গী শাউখিবা চাংদুন্দগী কবিমতা হন্নদনা হায়গী কাঙাঙদুনা হায়রকই, "অদুবু ঐনা হায়দি, মাদু হায়নরিঙেদুনা তাহৌবা নঙনা খুদক্তুনা কোক পায়থংহৌবা কৈদৌগেবা? নঙনা কিরণা ঐখোয় কৌরকপা মাত্র'মি?"

"নোয়োয়নদি খঙম্রিবা ইচেন্মা ইবেন্মা, নুপা কঙবনিননে ঐখোয়দি...।" প্রেমিলা খংশোন শোম্বুদি।

মাগী অর্জুন লোইনমক খঙনে। শুধাং নহাল য়েনবীন কেন মাঙলী, উৎসবতা

কেৎথৈ মাঙথগী লোইহনিনবা থুইনথিরবনি। মমা পুক্নুংদগী মথৈ লাংঙক্লবা ঙাঁচুনা মিনাসু চানিংলে, ইথুং-মথুং তুরেল-কৈরোইবা থাঙবা ওন্না নত্তে। অদুবু ঙসিদি পুক্মক্না প্রেমিলাদা ঙাঁচুংনি উৎলে।

প্রেমিলানা তপ্না তপ্না মখা তারকই, "চঙঙরোই মনা খনবনি, লামরবনিনা হেক্না মচঙখুই ঐসিসু, ।" মতাংসিদা অমুক্তগী ইশিংদগী হেন্না তারক্লিনবা চকখাউসু লান কনখৎলকই। মপাদু হথাং অনগী কাররকই। থুন চমীং-চমাঙ শাগৎখবৈ করা ডাকখৎলকই, "অহাউ-অহাউবনা চারিদি, অমুক হায়বা নুংদাং হায়বা লৈত্তে, লাইগী নুমিৎ হায়বা লৈত্তে, থৌবু থৌব-ও, তাউবু তাউব-ও, ওসাইদসু ঙা থোংথ্রিবনি অকায়বনি খঙদে সনানেসু খঙদে শিবি চাবিসু অঙকপনি। লৈথিরবনি, ইমা ইচানি হায়বগী হৎখ্রবনি, দুপা চন্দ্রথক্তীদবক নুমিৎ হল্লি চুপ্পা ঙাঙনরকপবু মানা হেক ঙমদুনা শীদেনে, লৈত্তে হায়দনা শিভং হেক তংপা ওন্নী। অসুক থর্ম লৈতবদি ," মথম্মোয় শোঙ্গুরকই, মখোল্লেল নীক্লকই, "লৈত্তেদা হায়বা মাদি লৈতবদা ওইসনু, মখোয়না ঐখোয়বু মেক্লবদু ঙায়নে। মখোয়দা তুন্নসনু ।" হায়না হায়না মদি টিবা চেন্নকই।

প্রেমিলানা ঙাঙবা তপথখিবগা রাধামণিনা খোল্লেল হৌনা হায়বকই, "করি খনখিবিগে ময়াম্বো? ঐদি রাসি থুনা লোইশিন্নীংল্লেদা নুংদাং ওইবমন্নদি খঙদৌনি।"

রাধামণিগী রা তাবদা শোঙ্গকরবা প্রেমিলা খনকন অমুক কনখৎলকই, মথৎ-মপা মাওনা খংহায় অমুক হায়রকই, "মশম খবা হৌরিদো কোগোক-কোক্লা কোয়দংবন্দবনি। মদুদদা শেনগদবনি।"

তাল্লকসিদা থংনবা লৈকাইগী মৈরা সেক্রেটরী বিনাপাণী, মপাং অনী একাশিগী, থবাতোল্পী লোয়নদুনা কদোমদগীনো শং হেক থুংলৈ। শঙমাঙদা লেপ্পুনা বিনাপাণীনা কাপি তৌদুনা হায়রকই, "কনাবুনো মক কোকশিদৌরিদুবো? করি থোল্লদগীনো? কনাগা কনাগা করি করম্না নাম্বুংবা মরী লৈনরম্না মাওরবগে?" ঙাঙনা ঙাঙনা ময়ামদুদা চাউয়েং ঃ মুত্তং মেংদুরগা মখা তারকই, "মী-কাদি মান্না মপুং ফানা থোক্লিপোংনিনা, মেংবা নুংঙাইল্লেদা।"

মৈ হৌগে তৌরুরবা রাধামণি পুংথীং ইংথদুনা মখোয়বু কৌশিল্লি, "লেঙশিল্লকউ ইচেম্মা? করি থবক্তী? চুম্না কোয়রকপবা?"

মানা হংলিবদু থুমদনা বিনাপাণীনা খংহায় হায়বকই, "উ, মনমসিদি" কোয়না মেংলগা, "কনাদগীনোনে? ওন্নোক্লা কনল্লেবানি, কোকসি থুং হেক লাউইদা ।"

কনাসু করিসু হায়রক্তে, মনা মানা খোকপা পাংলে মঙ্গেনে।

চঙশিন্দুনা কমথক্লবদা মখোয় থরা ওমশিঙ্লিবদু উরবুনা ইঙ্গক ওক্লা অমুক হায়রকই, "অহিঙা' করিনো নখোয়না তৌরিবুবি" মনুমি কক্লেনা, মীনা উরবা কনাগে, কনা কনানোনে .?" মমায় ওনশিঙ্লরিবশিংবুনা চেনথ-চেনথা য়েঙলম্মা, "য়েনু, সত্যবতী, নুংশিতোন, সোমশীসিনা কনা .. মৈয়া পুনিংমক লোইনা চেক্লা অয়েনে নখোয়না তৌরিশিবো, হায়দগী মীনা মচা-মক্লা কয়বা মৈয়া থোক্লিনি হায়বিদুনা লৈরিসিদা, মদুমগা অমুক য়াওশিন্নবি ইবেম্মহোয় তৌনু তৌনু।"

"ওসিদনিদা ইচেম্মা, নহাকমখে অমুক্তা তৌবা নত্তেদা," খোক নৌথদুনা রাধামণি না থৈদোক্লবা য়োংনরকই, "খঙদে ওসিসি ঐখোয়সি চোয়দা নংত্রে, মীনা ডাঙনৈ হায় হায়বা পাউ অমমুক তাবদগী হৌজিক্তা মমাম লাউনরক্লিদুনি।"

"ওসিদা তৌবা ওইরসু অকবা থবক্তি নত্তেনা, মীনা ডাঙনৈ হায়বনা কনানা হায়রিবা?"

"কৈরিয়ে ম্মাইদা," রাধামণিনা থোয়চৎ বাংচৎননা হায়রকই, "ঐদি কায়জম্লবনি কাইদনগদি শংচৎ চৎচবা, মশাদা মতমগী নুংশিংনগদি থেংদবা কুইববা মী ।"

"শাউরুনু শাউরুনু। মী হায়বসিমক্তনু ঐ ঐগীনা উংনা বাইনা কুপ্তুনা থম্লগা মীগীনা থরা হেক চিংখোক্লরি, মীনা শিবসে টীন্দা শিবনি হায়বসে বা ঙাঙলমদাইদদি কনাসু হেক নীংশিনদেদো। তৌরুনু-তৌরুনু মদুইমমক মী খোজোইনবা হৌনদে।"

"অদু ইচেম্মা," প্রেমিলানা নংহৌব্লরোইদৌগুম শং ফেজিল্লকই, "ঐখোয়বু মাপী বাদি অমতবু—"

"কাম্লদে কাম্লদে'" বিনাপাণীনা শমজিল্লকই, "ঐগী বাদিনে, ঐ ঐগী চাওখৎনবা, নচা ইচা মী ওইনবা হোৎনসি হায়বসিদা লৈবে। তেনজ্রবা পুন্সিসে মী য়োংবদা হৌহনগুমসি। মীনা নুংঙাইরগা ঐনা য়াওরুদৌ লৈতে, বারে য়াওদৌ লৈতে। ঐ ঐনা ফরগা পুম্নমক ফম্বা হায়বদু ওইগদৌরিবনি।"

প্রেমিলাদু কবিনো অমা হায়নীংলম্লনি। অদুবু তুমিন্না লৈত্রে।

রাধামণিনা ম্লয়ত্তা ঙংবোই-করিওই হায়রকই, "খঙদেদা, মীগী মচানবু কনানা য়েক্লদৌনো?"

রাধামণিগী পুক্লিংগী চাউরাকপা মীতম অমা খঙলদুনা বিনাপাণীনা থেমজিনগুম করিগুম হায়রকই, 'চিন য়েনবসুদি কনানা কন্নুনেখে রাধামণি। মদুসু

হৈজিক মতমগী চিনা থীজ খোল্লবা হোৎনবদা মরাল লৈতবা মীপু হন-হন্দুনা থাজবদা কোকখোং তমা, মপা-মপাগী অরোনবা কুপশিল্লবা হোৎনবদা ভনটা চর্ম তৌশিল্লবদা কোজায় তমা, ঐনা হায়বদি বারী বারীদুবু হায়বনি।"

"বারীগী বাদি করি বানো নুপীনিদনা, অনী পূনবদা ওল্লবা।" রাধামণিনা অমুক গ্রেমিলাদা অমুক হাইকেং হাইকেং হেৎলুরগা বা থৈদোকুম করিগুম একাশিনীনা মথা শমথরকই, " অদৈখনে ঐখোয়রোমগীননে অমুক বারীসে মওং অমনি ইদায়বা লোয়বমতনি তৌনরিসে, ঐখোয়গী লেৎনপা হাইজিল্লুবা ওক্লাৎ নত্তে। সনাগী, লুপাগী, অনৌবা গাড়ী লৈবগী, দুকান গ্রোটকী, ফিমাগী, অকনবা স্কুল-কলেজগী, মচ ড্রেসনগী, মদে অমুক হেন্দোরক্তনা মখোয় মখোয়গী নুপাশিংদুনা থাম্বনা মখোয়বু কোয়বা লাকপগী বারীকাও থাওরক্লিপোৎনিদা।"

কংনোক অমতং নোক্লরগা রাধামণিনা হায়রকই, "ইচেম্মখোয়গীনা নুংঙাই থাইকবা, লাইরিক লাইক্ত হৈবা, থৈওর লৈবা ভাক্তগী বাবীনিদো, ঐখোয়গী বারীগদি অদুম খোল্লবা ভাবনি।"

"মানি মানি, খোয়নি খোয়নি।" তকশিনা বাধামণিগী মতেং পাংশিল্লকই।

বাদু তুমিনা ভাথোকপা ওমগ্রদুনা বিনাপাণীনা নোকমি-নোকমি হায়রকই, "নুংঙাই থাইকবা, লাইবিক হৈবতনা থৈওব লৈবা কৌগদ্রনে? মীগী মচৎ, মীগী থাক হায়বশিদি মপাদা অদুম থাওজপোৎনি। মবল মথুয়া, শিনকমনা, সক্লনা, চষীনা, মীগী থাক, মীগী মগুণ লেপ্পা থাবা নত্তে। মেংঙু, তোম্বুং অপগুসিগী মচাসিনা কাষ্ট দিতিজনদা থাওবক্লিসি কল্লক্লো? অমুবৈবমি কয়া নুংঙাইজবগ্নি' মমাসিনা হোৎতেল মচাসিমা তিং-তিং তৌদুনা বানা হোৎনজবা মচাসিনা লেল পায়বা মমা মপাশিংগী কয়া হোৎনবা মচাশিংসিদগী হেম্পোকপ্রদনা'"

লোইশিল্লকপগী বাসি বাধামণিদা দং পাল্লি। বাধামণি লৌ ইংখোল গাড়া অচৌ-অচৌবা লেপশিনবা ওমই। লোইবা নাইদনা যুম লাই। মচা লেপ্পদগি মণ্ডমগ্রে। বিনাপাণীনা হায়বক্লিবা অচুম্বা বাদুদা মপান্দা পাউদোকপা ওমদদুনা মংতেমতা মপূক্লিংদা হায়কৈ— 'মাগী মচা থরা ফরে হাবদুনা মীংঙান্দা লগুজিন্দুনা বাৎ তৌরিবা হায়বদু ওইরমাদ্রে।' মপূক্লিংগী নুংঙাইতবদু লোৎশিন্দুনা অমুকসু কংনোক্লগা লোয়ননা রাধামণিনা পাউখুমকই, "চুম্মীদা ইচেম্মা, হোৎনবগী মথক্তা লাইথক হায়বা অমসু লৈরি। অমুরেগী লাইবকসি ঐখোয়দদি হেক থোক্কেদো।"

বিনাপাণী শানরিবা বারীশিংদুদগী থৈদোক্লীংলকই। থংলম লমজিন্দুনা

হায়রকই, "ঐখোয়গী বাহীসি অমরোমখা চংখিদৌরে। ঐখোয়না লাক্লিবসে, হৌজিং নোংমাইজিং নুমিৎসি লৈকাই অসী পুন্নগা লম-দু শেংসি, মরাম পুন্নমক লেগুথোকপিরকউ হায়গেনা লাক্লিবনি।"

মরামদু করি খল্লবনো কনানা করিমতা খুল্লক্তে।

নাক-য়েং লল্লুনা হাপ্লিবেং য়েংলুরলা বিনাপানি থাগী চুমথ্রিং ওকখা থাওজনূনা ইত্তিং-তিংনা হায়রকই, "মৈরা লিংখংপনি লিংখংলগা ইতা লৈশাবী মরাম থাদেক্লগা কেশিদেট থুংনবা শেন খায়হন্নুনা থাবল চোংবা ওাকপখক্লনি কৈকখ্লনি? খোকপনি হায়দনা থোক্লবনিনা ঐখোয়না ওন্না লৈকাইখক্তীদা ওইরুবসু অমখা থবক খরমি তৌবা কৈকনা।"

হন্দক্তি রাধামণি শিং লাউই। মপুক্লিংদা বিনাপানীবু পেন্না চৈরকই—'মা মওায়রেনে খওবা হৈবসে, শক্তাথী, নুপানা খৌশাবীদবীসিনা তৌ শারিসে' লাইরিক হৈ হায়বগী নাপলনিনে ফুমদুনা ওাওলিসে, নোক্তুম নোকচনীংই হং ' কোচি কোতুনা কোংনা ওাওলকই, "ইচেম্মহোয়বুদি ঐখোয়না লন্না খংবা নম্তেদা।"

"তৌগেবু নীংলবদি ওয়োইদবা করিসু লৈতেদা রাধামণি," হায়গে য়াওনা হায়রকই বিনাপাণী, "খওদবা হৈতবা য়াওরক্লসু থিরগা, তানরগা, তেংবাওনরগা থোকপা ওাক্তনি। কনাবু খওনা হৈনা পোক্লকপা য়াওবগে? ঐখোয়সু করি হেন্না খওবা নম্তে। মীয়ামগী থবক তৌনি, লৈবাক্তী সেবা তৌনি চোংথোরক্লবা ঐখোয়দি ইশাগী ওইজবা খরা থাদোকপা, খরা তন্দবা, পুকচেল খবা শেংনা চংপা 'সি মওাই ।"

মতাংসিদা ওসাইদগী মমায় হক্লংপা লংনদমখৈ লুকথ-লুকথ শাচ্চরগ্নশিংদুগী মরক্তগী রেনুনা খংশাউ শাউনা লুডো বোর্ডতু মরায়দা থোক খুপচিনখি। মখোয় মশেল অমগা অমগা তওক-তওক য়েংনরিঙৈ ফুক হৌগংখিদুনা রেনু মীরক্তা কান কান্দুনা থোকখি। নুংশিতোন, সত্যবতী, ইবেতোম্বী, মথং মথং হৌগংনরক্লুনা খোত্তলৈ থুনা থোকত্রিবা রেনুগী মতুংদা মরী মরী ইল্লখি।

রেনুবু তান্ন-তান্ননা নুংশিতোন্না হায়খি, "ওাইখো ওাইখো তোংলিবা নওনা শাউশিন্নদুনা কান্নরোম, ঐখোয়দা কল্লুখিসি ."

মখোয়না থোকখিবগা বিনাপাণী, একাশিণী, থবাতোম্বী হৌগংলকই।

খারোইশিন ওইনা বিনাপাণীনা হায়রকই, "অদুদি ঐখোয়সু অমুক চংলগে, খরা ওাওনম্রে খারৌনবা খাদেকো মরাম পুন্নমক, নোংমাইজিংদা শোয়দনা থোকপিরকউ।"

"কৈদৌ য়ারৌরম্নদে ইচেম্মা।"

মথন্নোয় পূমনোং শেংলবগুম য়াথামণিনা নোক্ক-নোক্কা খুন্নকপগা তরুণিসু খুন্নখই, "থোক্কলনি-থোক্কলনি, থোক্কত্তা য়াত্রনে ময়ামগীবো।"

একাশিণী, খবাত্তোম্বী, বিনাপাখী অমুক্তদা চপ মান্নবা হায়রম্মী, "চৎলে-চৎলে।"

মথোঙনা চৎত্রিবা মায়কৈদা পূক্লিং চঙনা ঙাইহাক তূমিন য়েংলূরগা ময়ায় তগ্না লৈশিন্নকুনা য়াথামণিনা হৈংনা হায়রকই, "মসিনা হৌদোং ভুরেল কুমদবী মকোক ."

ময়ামদু হৌদুনা অমুক্তং নোক্কখই। তুফক-তুফাইনকরবা মায়থোঙশিংদু মকা লোইনা লামথোক্করকই। ময়ামদুগী অমকপা লৈতবা হয়াউ-তমান্নবা মত্তৌশিংদু উরম্নগা অমুক্তগী ওমচাক্করক্লিবা প্রেমিলাগী নুংদুদি মপূং ফানা মায়থীবগী মৈচাক্কা মৈরী থোক্কা চাকখৎলকই। কনাদসু করিসু হায়রমদনা য়াম্না নাইত্তোম তাজনা ইকায়-নুংশি মাননা মফমদুদগী ময়ায় লৈথোক্কুনা থোরকই। চৎনা-চৎনা মপূক্লিংদা নীংঙমদনা শোঙ্গবকই—'ঐনা তৌরকরিবসিবু কবিনো, করিগী মীবু শাউকরিবা, করিগী লমন খুম্নীংলূরিবা, ইশাগী লৈত-লায়বা পূথোক্কুনা মীঙোন্দা য়োম্নবগী তোংজববু করিনো, ওম্বোক্কা তোল্লেদকো ঐ অসে    ।'

খণ্ডহৌদনা মৈরাশঙদগী অমুক হৌনা নোকপা তাই। প্রেমিলা খংপ্রেক খংই। ময়ায় লৈথোক্কুনা য়েংথোক্কে তৌরকই। য়েংথোকপা ঙমদে। মপূক্লিংদা, ময়াম পূম্নমক্কা মঙোন্দা খুদোম্নী খিন্দুনা লাউশিন্নকপগুম খম্নকই—'হৌদোং ভুবেল কুমদবী' হৌদোং ভুবেল কুমদবী।'